[illegible]

# তপ্য়াংব(শান্তি)গী খোঙজঙ্

শগোল্সেম্ তরুনি লৈম

সগোল্বন্দ





কংলৈপাক্ লোয়নসিল্লোন্ অপূব মরূপ্ (কলম্)

ময়ায় শঙলেন্ঃ নিত্যাইনন্দ মসাইকোন্, রিমস্ রোদ্, ইম্ফাল্

# [illegible]
# তপয়াংব (শান্তি) গী খোঙজঙ
## (ব্রারেঙ্ লাইরিক্)




অইবী : সগোল্শেম্ ত রং নি,
শগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রি লৈকায্, ইম্ফাল্

অফোঙ্ব : ঐচ. প্রেম্কুমার্, থাঙ্মৈবন্দ ন 'কলম' গীদমক্ ফোঙ্জব

চহী : ২০০৭

মশীং : ৫০০

ফংফম্ থোক্প : অইবী

মমল্ : লুপা ৮০

নম্ফম্ : হে-মা কম্প্যুটর্, মৈত্রম্ অৱাং, মেকোলা, ইম্ফাল্

# 'কলম্''গি মায়কৈদগী.

শক্লাইব খুম্নাই থৌগল্লোয়্, নোংগাম্লব সগোল্সেম্ইস্লমনিগী মচাসিংগি কোক্‌হন্-লাইহন্ ওইরিবী, ইকায়খুম্নজরবী ঈচে তরুনি(তরুবীনি)সু মপাবুংগুম্ লৈবাক্‌সিগী থৌরম্ সিহ্বা কয়াদ, মশাগী চহী ৮০ সুজিল্লক্লফাওবদ হকচাঙ্ফন, ল্লাখল্ লৌসিং মহাও লৈন, শাকবগী, লৈঙাক্লোন্গি, খুম্নাই থৌগল্গি, নূপীগি থৌদাংগি, অমদি লোয়্নসিল্লোন্গি, অসিনচিংব হীল্লম্সিংদ নহা অমদগী নোপ্থদন, মোং হাদন সিহ্বা পাঙ্লিবী নুমিদাংল্লাইহগি অরঙ্ব থল্লান্মিচাক্লুবীনি হায়্জনীংই। হৌজিক্ মতম্গী পথাপ্ মখল্-মথেল্ পাম্লিব নৈনল্লোইসিংগি পাদম্সিংন শেৎ-শা,শেৎ-শামক্ থাহঞ্জনিংদব ল্লাখল্ পোক্চল্লব, লাইল্লিক্ ১০রোম্ ফোঙ্লক্লবী ঈচেগি হন্দক্কি ''তপ্য়াংব (শান্তি) গী খোঙ্জঙ্'' কৌব লাইল্লিক্সিদি 'কলম'গি ২৪সুব খূদোল্ ওইন, 'কলম' লৈমল্লোল্গি য়ায়্তোঙ্বীগি ফম্ পূল্লিবীগি খূদোল্ ওইন পুথোক্চরি। 'কলম'গি চৎন-পাথাপ্কি পল্লীংগ চূশিন্নবসু হোৎনব অমদি ঈচেগি হাম্নগি লাইল্লিক্কি মশক্সু য়াল্লিমখৈ হোংদনব মায়্কৈ অনীমক্কি পূজ-থাংজমিন্নঙৈদ 'কলম'গি য়েংশিল্লোই লূপ্ল অহল্ ওইরক্লবী অঈবীগীদমক্ হীল্লম্ কয়াদ নীংতম্হন্বীরক্পদ নুংঙাইজে অদূগ ঈরৈচাসিংনসু ঙাক্পিগনি। লাইল্লিক্সি খৃঃ ১৯৭৪দগী চহী ৩৩রোম্গী মতম্গী খোঙ্চৎত ফাওরক্প পূক্লিংগী ইথিল্সিংগী পল্লীং অমনী। অমত্ত ঙায়জব মালেম্ লৈমগী চীক্খোন্ নাউখোম্ব তপ্য়াংব (শান্তি)বু ঈখৌ লাংজব অমদী মৈচ্রাঙ্ পাইল্লব মীওইব খুন্নাইবু খল্লদংওইরবসূ ঈংথহন্বদ মতেংওইনিংঙাহ ল্লারেং লাইল্লীক্ অমনী। পথাপ্ পাদম্ কয়ানসু নংশিন নাম্বিগনি নীংজৈ। অঈবীগী পূম্পিগী তাক্কক্সিদ তম্বীরক্প খূদোল্শে লোয়্নসিল্লোন্ লৈকোল্সিদদি চেৎন-চান্ন ইকায়্খুম্নহৌরনি। চহী সাংন পুম্নীবিদুন নুমিদাংল্লাইরম্গি খূদোল্ কয়া নৌল্লিব মীরোল্সিংদ সিন্নবিরম্বদ তাইবঙ্ মপূন থৌজাম্বিব পীনবিয়্ নিজরি।

*নোম্লুক্ চরিব*

*কৈল. সনাহোংব*

*য়ায়্তোঙ্ব 'কলম'*

# ৱাহৈ খৱ

''তপ্ন্যাংব (শান্তি) গী খোঙ্জঙ্'' হায়্রন মিংথোল্ পীব অবোক্ ইবেম্ম তরুনিন ইব লাইরিক অসী ফোঙ্দ্রিবগী মমাঙ্দ পাজরে। ঈমা ঈবেম্মন সাংলব চহী ৩৩রোম্সিদ মীওইববু ঈঙ্ তপ্হম্নীংবগী ৱাখল্দ খোঙ্কাপ্ মথঙ্ মথঙ্ নাইন তপ্ন্যাংব (শান্তি)গী খোঙ্জঙ্গী খোঙ্চৎসিংবু লাইরিক্ ওইন ইথোক্পিদুন মীওইবগী মফম্দ শ্পিরিচুএল্গী ঈঙ্লব নুংসি পাউজেল্বু চেন্নক্পদ লাইরিক্ ওইন পুথোক্লব ভুম্জব থৌদাং মচা অমত্তং লৌজদুন কলম্গী ২৪সুব লাইরিক্ ওইন ফোঙ্দোক্চরিবসিবু তরাম্ন লৌশিন্বিদুন নৈনবিনব ঈরৈচাসিংগী মফম্দ নোন্জরি।

ঐচ. প্রেমকুমার্
থাংমৈবন্দ

# অইবীগী শন্নপ্প ৱাহৈ খর

ঐন খৃঃ ১৯৭৪ দ তপ্ৱাংব(শান্তি)গী খোঙ্জঙ্ হায়ব লাইরিক্ অসি ইব হৌরক্খি। মালেম্ অসীন শা-ভাদৌন হাৎন-সুনবগী ৱাখল্লোন্দ লৈদুন ঈংব, তঙ্দূ লৈতান লৈব ফংদব অসিদ থম্মোয় অসীদ অৱাব অম ফাওরক্পদগী ঐন নুংঙাইতদুন তপ্ৱাংব(শান্তি)গী খোঙ্জঙ্ হায়ন মিংথোম্ব লাইরিক্ অসী ইব হৌরক্খিবনি। মসী ইজরম্দাইর্দ লাইরিক্ কয়া অমগ, অখঙ্-অহৈ কয়া অমগ তান্নজদুন মখোয়গী পাউতাক্সু লৌজখি।

মসীগী লাইরিক্ অসি মীহৌরোল্দ য়ুম্ফম্ ওইদুন লৈহৌরদ্রা হায়বগী থাজবগ লোয়নন অখঙ্-অহৈসিংদগী পাউতাক্ লৌজবনি। মথঙ্-মথঙ্ লাইরিক্ কয়া ফোঙ্জপ্ৰবসু তপ্ৱাংব (শান্তি) গী খোঙ্জঙ্ হায়বসি খর তপ্লপ্ ফোঙ্জরে। ফোঙ্দোক্লিংবগী নুংনাংবন থম্মোয় অসী মচেৎ তান কায়খিগদৌই। অদুবু ঐগী লাইবক্ ফবদগী ঐগী ইশু প্ৰেম্কুমার্ অমদি শ্যাম্কুমারগী মতেঙ্দগী লাইরিক্ অসি ফোঙ্জবনি।"কলম্"গী লূপ্লোয় পূম্নমক্কী মফম্দসু তৌবীমল্ খঙ্ব উৎচরি।

শগোল্সেম্ তরুনি লৈমা
সগোল্বন্দ

# তপ্‌য়াংব (শান্তি) গী খোঙ্‌জঙ্

''স্পিরিচুএল্ নোলেজ্ পাক-সন্ন সন্দোক্‌পতন
অমসুং
প্রেক্‌টিস্ তৌবতন মালেম্‌দ ঈং-তপ্প, তপ্‌য়াংব (শান্তি) পুরকপ ঙমগনি''

**খোঙ্‌কাপ্ ১ঃ** লাইনীংলোন্ সন্দোক্রম্‌ব অফাওব মালেম্‌গী লূচিংব কনান তাইবঙ্ মপূ অমতনি, তাইবঙ্‌পান্ অসিদ লৈরিব ঐখোয় পূম্নমক ঈমা অমতগী মচানী, ঐখোয্ পূম্নমক ইচীন-ইনাওনী হায়্‌রম্‌দব য়াওবগে? ঙসীদগী চহী লিশিং কয়াগী মমাঙ্‌দ মীওইব কাঙ্‌লূপ্প শা তাম্দুন নারক্ মোংশোংদ পূন্ন-পূন্ন লৈমিন্নরিঙৈদগী, ঙসীদি মীৎকূপ খরগী মনূংদ মালেম্ থুংন কোয়্‌ব ঙম্রব মতম অসীফাওবদ, মালেম্‌সে হোংব য়াব কয়া হোংলে, চাওখৎপ য়াব কয়া চাওখৎলে। হৌজিক্তি মালেম্‌সু অচৌব ইমূং অমগুম খনব ঙম্নরক্রে। অদুবু চৈরক অসিদ অচৌব ইমূং মনূং অম ইমু নাইমু তানরকপগী মওঙ্ অম লাক্রিব অসীন মীওইব ঐখোয়্‌গী করম্ব অশোয্‌ব লৈবগীনো, হৌজিক্তি ঐখোয় হীবম অসিদ য়াম্ন মুন্ন খম্থমিন্নদুন মালেম অসীবু ঈং-চীক্‌প, মবূক তপ্প ইমূং অম ওইহনব তঙায়ফদ্রে।

**খোঙ্‌কাপ্ ২ঃ** তাইবঙ্‌গী মপূ ওইব খোইয়ুম্ মাগী মরীদ মীওইবগী ওইব ব্লাখল, ব্লাখলসীন মাঙ্‌ওইনরগ, নুংতিগী চাং নাইন মপূ মাবূ ফংনব হোৎনব, লাইনীংলোন খুদীংমক চপ মান্নে, লাইনীং-লাইশোন খেন্নরবসু লাইদি অমতনি হায্‌ব ব্লাখল অসীগ লোয়্‌নন মালেম অসীদ লৈরিব মী পূম্নমকপূ মান্নব মীৎয়েংন য়েংব ঙম্রব মতমদ ঐখোয়্‌দ তপ্‌য়াংব (শান্তি) গী ব্লাখল্ পোক্রক্কনি। থম্মোয়্ সেংলবদ ব্লাখল্‌সু নুংঙাই, ব্লাখল্ নুংঙাইরবদ হক্‌চাঙ্‌সু নুংঙাই মায়্‌থোঙ্ মকা লাম্মী, পূম্নমক্ক মোমোন্ নোক্রবদ পেন্দব হায়্‌বসি লৈররোই। মতম্ অদুদ তপ্‌য়াংব (শান্তি) হায়্‌বসে মতোম্‌ত লাক্‌চগনি। অদুবু পূম্নমক অসি ঐখোয়্‌গী ব্লাখল্‌দ পোক্রক্লব, মপূ মাবু কাউদব হায়্‌বসী ঐখোয় পূম্নমক্কী তঙায়্‌ফদ্রব ব্লাখলনি। অনেম্‌ব থাক্কি ওইব ব্লাখল্ পূম্নমক থাদোক্‌প ঙম্রব অমসুং তসেংনমক্কী থাগৎনফম্ ওইরব, অব্লাঙ্‌ব থাক্কি হায়্‌বদি মোরেল্ স্পিরিচুএল্ ব্লাংখৎলকপ

মতম্ অদুদ অচূম্বগী মীৎ পাঙ্থোক্লব অমদি মী অদুন মক্লব ফজবদু উজনব অমশুং অঙক্পগ লোয়্নন অরাঙ্‌ব থাক্ত পুক্নী ং লৈরব মতম্দ মালেম্দ তপ্‌য়াংব (শান্তি) পুরক্পা ঙম্‌গনি।

ঐঙোন্দ তৌহন্নিংব অদু ঐন মীঙোন্দসু তৌফম্ থোক্‌ই। লাইনীংলোন পুম্নমক হৌরক্‌ফমদি অমতনি হায়্রবসূ অতোপ্পগী লাইনীং-লাইশোন, মখোয়্‌গী চৎনবী লীচৎ-শাজত্ত ঐখোয়্‌ন খূৎ থিংজিন্নরব নৎত্রগ য়েখায়্-খিন্‌গাই তৌরুরবদি খোই মহম্মদ চৈন খিন্নগুম্ থোক্লনি। ফজব লৈ পরেং অম মপূ মাগী খূয়াদ কৎচব ঙম্লবদি লাই ফাওব ফজব লৈ পরেংবু উবদ মোমোন্ নোক্লনি। ফজব লৈ পরেং অদু তোঙান্-তাঙাম্ব মচুগী মথেল্ শেম্দুন লেংসিন্নগুম তোঙান্ তোঙাম্ব লাইনীংলোন, তোঙান্-তোঙাম্ব মীওইবগী চৎনবী কয়ান ফজব মালেম্ অম শেম্বদুন ঐখোয়্ পূম্নমক তরাম্ তরাম্ন লৈমিন্নরবদ মপূ মান মোমোন নোক্লোইদবগী মরম্ লৈতে। মতম্ অদূদত মাগী-মাগী লাইনীংলোনবু নুংসিজবগী মহৈ অদু মপূ মান পীনবিগদৌবিবনি। মতম্ অদূদ ঐখোয়্ পূম্নমক্ক মপূ মাগী খূয়া য়ৌব ঙম্‌গদৌরিবনি। অদুবু মসীগী ওন্ন-তৈনবদ লাইনীংলোন্ন মরম্ ওইদুন তাইবঙ্ অসিদ অমত ঙায্রব তাঙ্লব ঐখোয়্‌গী মালেম্ অসীবু মীৎকুপ অমগী মনূংদ মৈন তুম্ন চাক্থেক্তুন মাঙ্হনখিবদি চুম্দব থবক্নি। মসীন ঐখোয়্ পূম্নমক্কী পান্দম ওইফম্ থোক্তে। অমরোম্দ অমূক্ তপ্যাংব (শান্তি)গি মায়োক্ত অকন্ব ইথিল পীবিব অসীন কম্যানেল ওইব ব্রাখল্ লাক্লিব অসীনি। অচৌ-পিশক্ নাইবগী খুরব মীৎয়েং অসী ঐখোয়্ পূম্নমক্কী চাউরব অশোয়্‌ব অমনি। মীবু তোম্নী খন্নীব মী অদুন খাইদগী তোম্ব মীশক্ ওইরম্রে। তেম্নব মীওইবগী পুন্সি খোঙ্চৎসিদ অনেম্-অন্নাঙ্ খাযবগী থবক্ অসীমক্তি তাইবঙ্ মপূ মশামক্ত শুকয়ামক যাদব থবক্নি। মপূ মাগী খূৎশেমদ ঐখোয় পূম্নমক চপ মান্নন শেমবিরক্‌ই। অনেম-অন্নাঙ্গী ব্রাখল্ন লিচিঙ ওইদুন অমন অমবু হন্থব মীৎয়েংদ য়েংব হাযবসিমক্তি মপূগী খূৎশেমবু সান্নবনি। হুইন য়োকপীব মপূবু ওনখত্তুন চীকপগুমবনি। কাঙ্লুপ অমন কাঙ্লুপ অমবু ইকায় খুম্নব, লাইনীংলোন অমন লাইনীংলোন অমবু নুংসিব, অরাব তাববদ মহৈ-মহৈ মতেঙ্ পাংমিন্নব হাযবসিন মপূ মাবূ অন্নাঙ্‌ব থাক্ত থম্দুন ইকায্ খুম্নব হাযবদু ওইগদৌরিবনি। মতম অদূদ মীওইব ঐখোয়্‌গী মরক্ত লানগী খুৎলায্ থাদোক্তুন তপ্‌য়াংব (শান্তি)গী পাউজেল চেন্দুন তাঙ্লব ঐখোয়্‌গী মালেম অসিবু নুংসিব হৈনম লৈনম মবক্ত নিঙায্দন পোত্থাজব ঙম্লগনি।

**খোঙ্কাপ্ ৩ঃ** মালেম অসিদ তপ্‌য়াংব (শান্তি)গী পাউজেল পুদুন অমগ অমগ নুংসি চান্নন মচিন-মনাওগুম লৈহন্নবগীদমক নুপীসিংন তপ্‌য়াংব (শান্তি)গী পাউখোম্লোয়্ ওইন থৌদাং লৌদূন লাক্‌ই। মতাঙ্ অসিদদি নুপীসিংগী থৌদাং মপান্ নাইদন চাউই। নুপীসিংবু থাক ব্রাংন থমব হায়বসিন পান্দম অসি য়ৌবদ অচৌব মতেঙ্ ওইগনি। থবক মফমদ, লৈঙাক্লোনগী থৌরম কয়াদ, অমগ অমগগী মরক্ত নুং-পান্‌গী মরী থম্বদ নুপীসিংবু চপ্ চান ইকায়

খুন্নকম থোকই। ব্লাশক চেৎপ অখাঙ কনবদ নুপী হায়বৈ। নুপীবু নমথদুন থম্রবদি, মখোয়ন অরোনব থবক্ কয়া তৌরুনবগী লম্বী য়াংপীবনি।

**খোঙ্কাপ্ ৪:** অমরোমদ কাঙলুপ অম চাওখৎহন্‌বদ মীপুম্ খুদীংমক্ লইরিক হৈহন্‌ব তঙায়্‌ফদে। অঙাঙসিংন মালেম্‌গী তুংগী য়ুম্বীনি হায়্‌নরিবনি। অফব অচুম্‌ব কাঙলুপ অমগীদমক অফব অঙাঙ্ য়াম্ন তঙায়্‌ফদে। অফব অঙাঙ্ পুথোক্লবগীদমক অফব মমা চঙ্ই। অফব মমা ওইহন্নব হোৎনবদ নুপীসিংবু মতীক্ চাব মহৈ-মসিং পীব তঙায়্‌ফদে। ঙসী মালেম্ অসিগী মচী-মচীদ থোক্লিব থৌদোক ব্লাথোক কয়া, হাৎন-সু নবগী, য়েংথিনবগী মখল্ কয়াগী থৌদোক ময়াম্ অসিগী হৌরক্ফমদি অফব অচুম্‌ব ব্লাখল্ খন্‌ব ঙম্‌দব হায়্‌বসিনি। নেপোলিয়ন্ন অফব মমা অম পীয়ু মালেম্ খুদুম্ চন্‌গে হায়্‌ন হায়্‌রম্মী। মসী হায়্‌রগ ঐখোয়্ নেপোলিয়ন্‌গুম লান্ তৌশি হায়্‌বদি নত্তে। অফব মীওই অমগীদমক্ অফব মমা অম কদায় ফাওব তঙায়্‌ফদবগে হায়্‌বদুনি। অঙাঙ্ অমগী মোরেল্ ভেল্যু অমদি স্পিরিচুয়েল্ পব্লান্ অসী মতিক্ চান ফংলব মতম্‌দ অফব মত্রিক্ চাব অঙাঙ্ কয়ান মালেম্‌গী তপ্‌য়াংব (শান্তি) পুরক্কদৌরিবনি। মসী পুম্নমক্ অসিগী অমত ঙায়্‌রব লম্বীদি অফব মমা হায়্‌বসিনি।

**খোঙ্কাপ্ ৫:** মালেম্‌দ লৈরিব মীওই খুদিংমক্ স্পিরিচুয়েল্ মোরেল্ ব্লাংলব মতম্‌দ অমসুং লৈনিংবগী ব্লাখল্ লৈহন্‌ব ঙম্রব মতম্‌দ মালেম্‌সিদ লান্ অমুক্ লাক্লবেহি, তপ্‌য়াংব (শান্তি) লৈরগনি। স্পিরিট্ হায়্‌রগ ঐখোয়্‌ন লাইগ অমদি লাইনীংলোন্‌গ মরী লৈনন উই। অশেংবমক্তি স্পিরিট্ হায়্‌বসি ঐখোয় মীওইবগী ইশা-ইশাদ য়াওদুন লৈরে। মীওইবগী হক্‌চাঙ্ অসী অহুম্ থোক্ল খায়্‌দোক্‌প য়াই-(১) মীৎন উরিব ঐখোয়্‌গী হকচাঙ্, (২) ঐখোয়্‌গী ব্লাখল (৩) থব্লায়্, মসী ঐখোয়্‌ন খায়্‌দোক্‌চবগী ব্লানী। শরুক্ অহুম্মক্ পুন্ন চৎমিন্নগদবনি। মরম্‌দি অঙাঙ্ অম য়োক্‌প মতম্‌দ হায়্‌রিব থব্লায় হক্‌চাঙ্ অমদি ব্লাখল্ অহুম্মক্ পুন্ন শেমগৎ শাগৎনব হোৎনব তাবনি। মদুতদ অঙাঙ্ অদুন চাউবব পোৎলুম্ পুব মীশক্ অম ওইবক্লব (মপুংফাব)চাং পুব ঙম্ব ওইগদৌবিবনি মবম্ অদুন স্পিবিট্ হায়্‌বগ লাইগী, লাইনীংলোন্‌গী ওইব ঙাক্ত ওইন উ তৌরোইদবনি। লাইবু থাজব, লাইনীং লাইশোন্‌বু য়াম্ন থাজব ইউরোপ্ নত্ত ময়ায়্ থংব নোংপোক্ লৈবাক্‌সিং হায়্‌ন খঙনব খায়্‌দগী মওং তাদন লান্ শো খি। মরম্ অসীন স্পিরিট্ অসীঐখোয়্ ইশা ইশাদ য়াওগদবনি। ইমুং, স্কুল্ লাইনীংলোন্‌গী ওইব ওর্গনাইজেশন্‌সিংহায়্‌রিব সোসিএল্ ইন্সটিট্যুসন্ সিংঅসীন মতেঙ্ পাংই। পুম্নমক্ অসী শেম্‌দোক্লব মতম্‌দ মালেম্‌দ ঈং তপ্ন পুরক্‌প ঙম্‌গনি। মপু মাগী মরীদ থম্মোয়্‌গী ওইব ব্লাখল্ অমসুং নুংতিগী চাং নাইন মপু মাবু ফংনব হোৎনব - লাই অমখক্তনি, মালেম্ অমখক্তনি, মসী খঙলব মতম্‌দ থব্লায়্ পান্‌ব পুম্নমক্ত মান্নব মীৎয়েং অমসুং মান্নব থাক্ত থম্‌ব ঙম্রব মতম্‌দ অমগ অমগ নুংসিনব ঙম্রবদত মালেম্ অসীদ তপ্‌য়াংব (শান্তি) পুরক্‌প ঙম্‌গদবনি।

**খোঙ্কাপ্ ৬:** ঐন থেংনজরক্পদ মালেম্গী লৈবাক্ কয়াদ নুংসি চান্নন লাইনীংলোন্ খেন্নরবসু মপূ মাদী অমতনি খন্দুন কয়াদ নুংসিনন মালেম্ ফন্নাক্থক্সিদ সান্নমিন্নদুন নুংঙাইব ফোঙ্দোক্লদুন মতম্ খরগী ওইন লৈমিন্নরিব অসীগুম্ন স্পিরিচুয়েল্ মোরেল্ ব্রাংখৎলকপ মতম্দ মালেম্গী তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্পদ মতেঙ্ পাংব ঙম্গনি খল্লী।গান্ধীন হায়রম্মী ঐগী তঙায়্ফদব অদুত থম্গদবনি। তঙায়্ফদবদগী হেন্ন পৈসিন্দুন থম্ব গান্ধীন য়ারম্দে। তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্কে হায়্রবদি মপূ মাগী মিংদ মীওইব কাঙ্লূপ খুদীংমক্ক খুন্নাইগী চৎনবী চুম্ন চৎলব মতম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্গনি, থাঙুন নোংমৈন, ব্লাখল্ লৈতন কাঙ্লুপ্ত অঙ্গৈংব পুরক্প ঙম্রোই। লাই অমসুং থম্মোয়্গী ওইব স্পিরিচুয়েল নোলেজ্ লৈনব য়াম্ন নৈনফম্ থোক্ই, মদূগী অথোইব থাক্ত য়ৌগে হায়্রবদি চাং নাইন হোৎনবতন ঙসী মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্পদ মতেঙ্ পাংগনি হায়্জনীংই।

**খোঙ্কাপ্ ৭:** নুংসিনবন,লাইনীংলোন্ন তপ্য়াংব পুরক্প ঙমগনি। অফব মীওইব ওইব ঙম্রব, অফব থবক তৌব ঙম্রব লাইনীংলোন্দু মপূং ফারবনি। মীগী ফনব তৌব অদূন অফব ওই, লাই মশামক্সু লাইনীংলোন্নি। মপূ মান মরোন্ অহুম্ থাঙ্গত্তুন তাইবঙ্পান্গী ফনব তৌরিব অসী লাইনীংলোন্নি। ''লাইগী মরীদ লাইনীংলোন্গী ওইব ব্লাখল্ অমসূং নুংতিগী চাং নাইন লাইবু ফংনব লাক্ক ব'' হায়্ব অসিন খ্বাইদগী ফরব মীওইবগী হীরম্নী। লাইন ঐখোয় পূম্নমক্পু নুংসিবী, মহাক্ক ঐখোয় খুদিংমক্ মহাক্কী থৌজাল্গ লোয়্নন হরাও তয়াম্ন অমসূং নুংঙাইন থম্নীংই। মরম্ অসীন মহাক্ক ঐখোয়্বু অচুম্ব লম্বীদ চৎননব নুংঙাই য়াইফন লৈননব মহাক্কী লৌসিং ফংননবগীদমক্ত মতম্-মতম্গী ওইব লাংওন্সিং থারকঈ। ঐখোয় মীওইবন লাইগী ওইব স্পিরিচুয়েল নোলেজ্ লৈনব য়াম্ন নৈনফম্ থোক্ই। অয়ৌব থাক্তু য়ৌনব হোৎনগে হায়্রবদি ঐখোয় মীওইব খুদীংমক লাইগী ওইব অশেংব থবক্সিং অদূ খঙজিন্ব তঙায়্ফদে। মপূ মাবু ঐখোয়্ন মতম্ পূম্ন মক্ত কাউদব অশিতন তপ্য়াংব (শান্তি) পুরকপ ঙম্গনি। মালেম্দ লৈরিব মীওইব খুদিংমক্ উপাল্ অমতগী উহৈনি তাকপীরম্মী লাংওনসিংন। ঐখোয় নোংপোক্লোম্দগী ওইরবসু, নোংচুপলোম্দগী ওইরবসু ঐখোয় খুদিংমক্ ঈমা অমতগী মচানি খল্লব মতম্দ অচুম্ব কদায়্নো থিরব অমদি থিমিন্নরব, ঐখোয় খুদীংমক্ অমত্ত ওইরক্কনি। মতম্ অদুদ ঐখোয় মীওইব খুদীং পীন-হৈব মীশক্ ওইরক্প মতম্দ অরান্ খুভম্ ফংলক্কনি। নৌরিব পাম্বী চারা কয়া তাদুন লাক্কদৌরিব মীওইসিংদ উহৈ পীব ঙম্গনি। পুক্চেল্ চাউথোক্প অরেপ্প মফম্ অমদ থাজব থম্রব থৌজাল্ হৈবগী লম্চৎ চৎনবীসিং থুগাইদন হৌন লোন্চৎ চুম্ন চৎপ মতম্দ, হায়্বদি অচুম্ব হায়্বসে মপূ মশামক্কি, লাই হায়্বসে চুম্ন ঙাঙ্ব, চুম্ন চৎপ, চুম্ন খন্ব, চুম্ন থবক্ তৌব, চুম্ন হিংব , চুম্ন হোৎনব, চুম্ন পুক্নীং চঙ্ব, চুম্ন হীরী কোন্ব অসীন লাইগী মরীদ থম্মোয়্গী ওইব ব্লাখল্ অমসুং নুংতিগী চাং নাইন লাই ফংনব হোৎনবন মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্গনি।

তাইবঙ্পান্ অসিদ হিংলিঙৈ মনূংদ অপাম্ব অশাউব থাদোক্নুন মপূ মাগী মফম্দ চঙদুন মাগী চৎন লোন্চৎ ঙাক্ল চৎনব হোৎনব অসী তঙায়্ফদে। লাইগী মরীদ থম্মোয়্গী ওইব ব্লাখল্ অমসুং নুংতিগী চাং নাইন লাই ফংনব হোৎনবন তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্গনি।

**খোঙ্কাপ্ ৮:** তাইবঙপান্ অসিদ হিংলিব মনূং অসিদ অপাম্ব অশাউবগী অথিঙ্ব খাঙ্ব ঙম্বদু ওইগে হায়্রবদি মী অদু লাই থাজব তাবনি, অপাম্ব অশাউব লৈত্রব মীদো লাই ফংনবগী লম্বীনি। মশান মরাল্ লঙ্জব লৈত্রব লৌসিংন পীক্ থল্লব, থব্লায় পান্বসিংগী ফনবত খল্লব মশাগী অপাম্ব লাকশিন্ব ঙন্সব, অঙৈংব, অশাব, নুংঙাইব, অব্লাব পুম্নমক্ চপ্ মান্নন খন্ব ঙন্সব মীওইবগী ফনবত নীংলিব মী, মরুপ্, য়েক্লব, নাপল্ অনিমক্কী মীচঙ্ ওইদ্রব,খৎনব তাইসিন্ব, অফ-ফত্ত মীওইসিংবু চপ্ মান্নন খন্ব ঙন্সব মী অদুন স্পিরিচুয়েল নোলেজ্ পাক সন্ন সন্দোক্প অমসুং থিজিন্বতন ঙসীগী মালেম্দ অঙৈংব পুরক্প ঙম্গনি।হিন্দু লাইনীংলোয়সিংন শ্রী কৃষ্ণগী ব্লাখলদ লুপ্লব, মশা-মশাগীঙাক্ পেন্নবগী ব্লাংমদ অমদি কৃষ্ণগী থৌগল্দ খ্বাইদগী পুমহেন্ হেল্লব, তাইবঙ্পান্গী অমোৎপ য়াওদ্রব অসীগুমব লাইনীংলোন্গী মরী অসিদ পুক্নীং চঙ্ব ঙন্সব মীওয় খুদীংমক্ল হোৎনমিন্নরবদি ইব্লায় লায়্ন তপ্য়াংব (শন্তি) পুরক্প ঙম্গনি।

**খোঙ্কাপ্ ৯:** খ্বাইদগী মরুওইব স্পিরিট্ অনী লৈ। অহান্বদ লান্ মুখৎপ, লৈবাক্ অমগ অমগ লান্ তৌনগুম্শি, ব্লাতায়্নসি অদুন ওইব য়ারোই, মরুওইবদি মী মশা মশান লান্ অসী কান্নদে হায়্ব থব্লায়্গী ওইব ব্লাখল্ অম লাক্লব মতম্দ থব্লায়্ পান্বসিংবু নুংসিব ব্লাখল্ অম লাক্লব মতম্দ, হায়্বদি তাইবঙ্পান্ অসিদ লৈরিব থব্লায়্ পান্ব পূম্ব ঈমা অমতগী মচানী খন্ব ঙন্সব লাইবু থাজব ঙন্সব মতম্দ, লান্ হায়্বদো অদুমক্ লেপ্থিনি। মীওইবগী থব্লায্ সেংদোক্প, লৌসিং তাহন্ব লান্ হায়্ব অসী মীওইবগী মোরেল্ য়াম্ন নেম্বগী ব্লানী। খুন্নাইগী ব্লারৈ চেন্ব থৌদোক্সিংদ মীওইবগী স্পিরিচুএল্ পব্লার্ হেন্গৎহন্দ্রবদী মীওইবন তপ্য়াংব (শন্তি) পুরক্প ঙম্রোই। মালেম্গী লূচিংব ওইরিব খুদীংমক্ অসী স্পিরিচুএল্ পব্লার্ ব্লাংন লৈরব মীওই ঙাক্তনি। মখোয়্সিং অদূদী ময়াম্গী কান্নবগীদমক্ হিংলবনি। মীওইবদ অফব ওইহন্গে হায়ন খন্দুন অব্লা অনা কয়া খাঙ্দুন মখোয়্গী পুন্সী লেম্নী। ময়াম্গীনিবু হায়্রবদি মহাক সিব কিদে। লান্ অসী তৌনরোই হায়্রবদি খুন্নাইসিবু নৌহৌনহন্ব অমসূ তঙায়্ফদে। লূচিংব অমন স্পিরিচুএল্ পব্লার্ ব্লাংদ্রবদি খুন্নাই অসী করন্ব মওংদ লমজিংব ঙমগনি। লৈঙাক্লোন্ খুজী পায়্রিব মীশিংন ব্লাখল্ ব্লাংলবদি মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্পদ মতেঙ্ ওইরক্কনি, মীওইব ঐখোয়্ অসী অমত্তনী হায়্ব ব্লাখল্লোন্ অসী পুরক্কে হায়্রবদি অশেংব অসী খঙ্ব, লান্গি ওইব থাজববূ থাদোক্পিব,

মীগী কাংলূপ্ অমদগী ঐগী কাংলূপ্ন হেল্লি খল্বীদব, ঐখোয় পূন্নমক অমতনি খনবীব, অনেম্ব থাক্কি ওইব চিংনব পূন্নমক্ থাদোক্পা ঙম্রব, মীপুম্ খুদীং অমত্তনী হায়্‌ন খল্ব, খেন্নব থম্‌দব, মাগী মাগী চৎনবী লাইনীংলোন চৎলিব পূন্নমক্ ইকায় খুম্নন লৈরব মতম্‌দ ময়াম্‌সিং অসী তঙায়ফদে। তপ্‌য়াংব (শান্তি) পুরক্কে হায়রবদি কাংলূপ্ নাইবগী ব্রাখল্ থাদোক্পা ফৈ, কাঙ্‌লূপ্ নাইবগী ব্রাখল্ অসীন তপ্‌য়াংব পুরক্পদ খ্বাইদগী চাউরব পন্ অমনি, মসীন পূন্নমক্ত শোয়্‌রক্কনি। মীওই পুন্নমক্ অমতনি হায়্‌বসি ময়ামদ খঙ্‌হন্‌গদবনি, পূন্নমক অসী ওইরব লাইবু থাজব থম্নব মতাঙ্ অদুদ মালেম্‌দ অফব ওইরকপ শোইদ্রবনি।

**খোঙ্‌কাপ্ ১০:** স্বামি ভিভেকানন্দন হায় '' ঐন লাইনীংলোন্ পূন্নমক্কী 'ঋষি' অমসুং চীংউ (প্রোফেট)সিংদ ইকায়খুম্নব উৎচরি, লাইনীং কাংলুপ পূন্নমক্ লাইনীংলোন্ পূন্নমক্, লাইনীংলোন্দ থাজব পূন্নমক্পু ঐন ইকায় খুম্নব উৎচরি। ঐন পূন্নমক্পু থৌগন্‌জৈ, পূন্নমক্ নুংসি, পূন্নমক্ তোৎনৈ-তিন্নৈ অমসুং মপূ অদূ পুন্নমক্ত উই।'' মহাক্কী অসিগুম্ব মতীক্ ময়াই অসী চেন্‌ব ঙম্নব মতম্ অদূদ মপূ মাবু উব ফংদুন মাবু মশক্ খঙ্‌লব মতম্ অদূদ তাইবঙ্ পূন্নমকপু নুংসিব ঙম্‌গনী, তাইবঙ্‌পানসিদ লৈরিব মীপুম্ খুদীংমক্ত তপ্‌য়াংব (শন্তি) লৈহন্‌ব হায়্‌ব অসীসু মপূ মাগী পাউতাক্নি। হৌজিক্কী চক্ অসীদ মপূ মান ঐখোয় খুদিংমক্ চান্নন লৈমিন্ননব তাকপী, মপূ মাগী ওইব লাইনীংলোন্, হৌন লোনচৎ কাউদনা লৈরব মতম্ অদূদ ঐখোয়্‌ন ঈং তপ্ন মালেম্‌দ তপয়াংব (শান্তি) পুরক্পদ লায়্‌না থোক্কনি। মপূং ফান মপূ মঙোন্দ চঙ্‌জরব অমদি মপূ মাগী পাউতাক্ লৌরব, অদূগুম্ব মীশক অদো মাগী থম্মোয়্‌দ অমোৎপ অমত লৈত্রে, মক্রবনি, সেংলবনি; চহী লিশিং অম হীরী কোন্দূনসু ফংব ঙম্‌দব মহৈ অদো মপূ মাবু নীংজবগী মপান্ন মীকূপ অমগী মনূংদ মহৈ ফংই। অসূন্ন থম্মোয় সেংলবদি মপূ মাগ মরী নক্শিন্নরকপদগী মহাক্ অদো লাইনীংলোন্ করিনো খঙ্‌লক্কে, মতম্ অদূদ মপূ মাগী মঙাল্ ফংলবনিনা ফত্তব চৎনবী পূন্নমক্ মশান থিংজিন্‌জরে, মহাক্ অফব মীশক্ অম ওইরে।

মালেম্‌দ ফাওরব সোক্রেতিস্‌ত গ্রীক্‌কী পাখঙ্ অমন হংলম্মী- ''চাওখৎপ হায়্‌বসে করম্ তৌরগ ওইরক্কদগে'' মতম্ অদূদ সোক্রেতিস্‌ন খুম্‌থি- ''চাওখৎকে হায়্‌রবদী নঙ অসী নঙন মশক্ খঙ্‌জৌ''। ঐ হায়্‌ব অসী মশক্ খঙ্‌লব মতম্ , মালেম্‌দ লৈরিব খুদীংমক্ ঐগী ঈথৌ মশক্ খঙ্‌ন অফব থবক্ কয়ামরুম্ তৌরব, মপূ মাবূ মতম্ পূম্বদ কাউদব, ঐ খুদীংমক্ স্পিরিচুএল্ নোলেজ্ পাক্ সন্ন সন্দোক্পা অমসুং প্রেক্টিস্ তৌবতন মালেম্‌দ তপ্‌য়াংব (শান্তি) পুরক্পা ঙম্‌গনি''

**খাঙ্‌কাপ্ ১১:** মপূ মাদী মীপুম্ খুদীংগী থম্মোয়্‌দ লৈ, মীওইবন ঙসী মপূ মাগী মনাক্ত নক্শিন্নব মতম্‌দত তপ্‌য়াংব (শান্তি) ওইব ঙম্‌গনি। মপূম্বী কখোক্রব মালেম্‌গী মীওই পুন্নমক্ নোংমদি পুনসীন্নরব মতম্ অমদ তপ্‌য়াংব

(শান্তি) পুরক্কব হঞ্জিন্-হঞ্জিন্ হোৎনমিন্নরবসু করিগুম্ব থৌদোক্ অমদ হেক্ত অকায়্ব লাক্কনি। মন্ব হায়্বসীন মীওইবদ অকায়্ব কয়া থোকহন্দুন চৎতব য়ারোই, তৌদব য়ারোই,- হায়্বদি জর্মনগী হিটলর্ন অমদি ফ্রান্সকী নেপোলিয়ন্ন থৌনা ফব, মরৈবাক্ নীংব, মীথোয়্-মীহেম্ব ওইরবসু মথোয়্গী মন্ব হায়্ব মতৌ অদূন লৈবাক্ অদূবূ অৱাব নংহম্বত নত্তন মালেম্ পূম্বদসূ শোক্হন্খি। লাইনীংলোন্গী মবমদসূ ওইদব যাদে, চৎতব য়াদে হায়্ব অযাক্প অহক্পন খুদূম চন্বদী ঙম্লোই। নিংথৌ অমন অকন্ব মতীক্-ময়ায় শিজিন্নরবসূ মীয়াম্ন মান্নখ্রবদি নিংথৌগী থবক্ অদূ অদুম্মক মায়্থীব হৌনসানি। ইশা ইশান থন্ব ঙম্নবক্কব ইশান ইশাবু থৌদাজবক্কব মতম্, মপূ মাবু মশক খঙ্লক্কবদ, কোন্ডি এাবগীদমক শেম্-শাদুন উংখৎনদুন থম্নদব, মীপূম্ খুদীং অমতনি থন্ব ঙম্নক্কব অমত্ত ঙাযবব মালেম্শিগী অথোয়্ব ঈরৈচাদী মীওইবথক্তনি) মসী খঙ্ব ঙম্ন এক্কগদি মালেম্দ চীক্থোন্ নাউথোন্ব পুরক্প ঙম্গনি।

**খোঙ্কাপ ১২:** মপূ মাবূ মশক্ খঙ্দব মীদি তপ্যাংব (শান্তি) লৈতে। থৱায পান্ব পুম্নমক্কী মপূদী মপূ ইবূংঙো মহাক্কি হায্ন খঙ্ব গী অদূতন ওসেংন তপ্যাংব (শান্তি) ফংগনি, মীপূম্ খুদীং তপ্যাংব (শান্তি) ফংলবদি অৱাব কোক্কনা। মপূ মাবূ মশক্ খঙ্দব মীদী পুক্নীংগী অবোয়্ব পম্বুংফম্ লৈতব মবম্ন পুক্নীং লৈতাব ঙম্দে, পুক্নীং লৈতাব ঙম্দব মীওই কযামকম্ন মালেম্দ লৈরবদী মাঙনবগী মচাক্ অদুম্মক ওইবক্ই। মসীবু কন্নব হোৎনব অসী অচৌব মীওই চংগ চাংথোক্কক্কব মতম্দ থন্ন-নৈনব অমদি মী-মীগী থম্মোয্দ অচূম্ব অফব থবক থৌবম্ কযা, হায্বদী মপূ মাগ মরী নক্কন মপূ মাবূ মশক্ খঙ্ন, মপূ মাদী অমতানি, তোঙান্-তোঙান্ব কাঙ্লুপ্ খায়্দোক্পগী ৱাতনি, মীপুম্ খুদীং ঈমা অমতগী মচানী, মপ মাগী মচা ঙাক্তনি, ঐথোয় খুদীং অমত ওইন নুংসি চান্নন লৈমিন্নব মতম্ অদুদ ঙসীগী মালেম্ অসীদ তপ্যাংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্গনি। মপূ মান ঐথোযবু অচুম্ব থবক্ তৌরুচো, মীওইব খুদীংমক্ক নঙগী মতৌ তম্জবগ অফব কয়া, চাওখৎপ কয়া তৌব ঙম্নবগী থৌনা অদূ লৈজনব হায্দূন থারক্পনী। মীওইবন অফব থবক্ কযামকম্ তৌদুন লাক্লগ মরক্ত ফত্তব অমথক্ তৌরুব মতম্দ মহাক্ অদো মপূ মান চৈবাক্ পীব তাবনি। মীওইবগী পুন্সী অসী শূপ্নগী অমতনি, মসীবূ য়াম্ন ফজব মওঙ্দ সিজীন্নরবদি পুন্সিগী সাংখ্রব থোঙ্থাঙ্দূ অচূম্বগীত ওইব মওঙ্দ ঐথোয়্ন ঐথোয্গী পান্দম্ অদূ য়ৌনব হোৎনবক্পদ মপূ মান অদুম্মক্ মতেঙ্ পাংবিব তাবনি। ঐথোয়্গী নোংমগী হৈনবীন কবি মাঙহন্ব, অদূগ করি কান্নব হায্বদো কূপ্ন থিজিন্দুন অফব মায়্কৈ হায়্বদি মপূ মাগী মায্কৈদ চঙ্জব মতম্দ য়াম্ন কোম্ন নুংঙাইন মপূ মাগী পাউতাক্কী মতূং ইন্ন থবক্ তৌব মতম্দ অঙ্গংব মীপূম্ খুদীং তপ্য়াংব (শান্তি) পীব ঙম্গনি। তপ্যাংব (শান্তি) লৈরব মতম্দ লৈবাক্ অমগ-অমগ নুংসি-চান্নন লৈব অমদি তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্গনী।

লৌসিংগী মঙাল্ ফংলব থবক্ তৌদুন ঐখোয়্বু অমুক্ হন্ন হকচাঙ্গীদ য়ুম্ফম্ ওইব থাক্ অসিসূ হন্থদব য়াই। মদুদগীদি হকচাঙ্সি লোইরবদ ঐখোয় তাইবঙ্পান্গী অমোংপসিংদগী নাহোক্প ঙম্গনি অমসুং ঐখোয়্গী ম্পিরিচুএল্ নৌহৌন অমুক্ হৌরগনি। লৌসিং অসীতন মীওইবগী চাওখৎ থৌরম্ কয়ামরুম্ পুখৎপ ঙম্গনি। ঐ-ঐসে মশক্ খঙলব মতম্ অদুদ চাওখৎপ লাক্কনি। চাওখৎপ ওইববদি মশান রাখল্ লাক্কনি, রাখল্ লাক্করবদি মালেম্দ তপ্নাংব (শান্তি) পুরক্প লায়্ন ঙম্গনি। তপ্নাংব (শান্তি) পুরক্কব, ঈংন তপ্ন মীওই খুদীং লৈমিন্নরক্কব মতম্দ মালেম্সে লৈবাক্ মরা তপ্ন লাইরৈবাক্কুম্ য়াইফন পাব হায়্বসীদী অদুম্মক মশান লাক্চগদৌরিবনি।

## খোঙ্কাপ্ ১৩ : *ঐখোয় পুন্নমক্ মপূগী শক্তম্ ঙাক্তনি।*

ঐখোয়্ন পুম্থোই থোইব লৌসিং অদু তাক্পীব মায়্কৈ মতূং ইন্ন থবক্ তৌব অন্রবদি ঐখোয় অফব অমদী ফত্তব থবক্কী মহৈ পুন্নমক্কী রাংম লান্ব ফিভম্দ লৈগনি। ঐখোয় পোক্প-সিবগী অফা-অপূম্বি লাম্হোক্প ঙমগনি। অমুক্ হন্ন পোক্প সিব নংলরোই। পোক্প সিব অদূন ওইরক্পগী মরম্দ ঐখোয় করিসু খঙদে। ঐখোয়্ন মসীবু নাকল্ অমরোম্দ থৈদোক্তুন থম্মী। কনাগুম্বন ফত্তব থবক্ তৌবব, ফত্তব ফংই অদুবু অফব নত্তগ ফত্তব মহৈ অনিমক্ কূপ্ন খন্থরবদি অরাব ঙাক্তনি। অফব থবক্ তৌবদ মপোক্ অফব ইশক্ ইতৌ ফজব অমদি ইহৈ ইসিং হৈব ওইরে। অশিগুম্ব অফব পোৎশক্ অসীবু ঐগী লৈরে হায়্দুনসু তাইবঙ্পান্গী অরাব নংলরোই হায়্বদি য়াদে। পোক্প সিব হায়্বসি মীওইবগীদী তোম্দুন লৈবব লমন্নী। ঐহাক্ ইনাক্ খুল্লি, ইহৈ-ইসিং হৈ শাগৈ চাউই হায়্দুন সিবোই হায়্ব য়াদে। মরম্ অদূন অফব অমদি ফত্তবগী মরম্দ থোইন পঙ্খন্ খন্লোইদবনি। অফব ফত্তবগী খন্লবদি তপ্নাংব (শান্তি) পুরক্প শুক্ঙম ঙম্রোই । তাইবঙ্ মীওইবন মপান্গী ওইব খুৎশেম্গী ওইব নুংঙাইব থিরি। খূদম্ ওইন হায়রবদ ময়াই কাব পোৎশক্সিং শিজীন্নদুন নুংঙাইব ফংনব হোৎনরি। মদূন কৈদৌঙৈদসু অঈংবদী ফংলোই। তপ্নাংবদি অমোংপ খিবিক থাদোক্প ঙম্রব অরু ব রাখল্ন ইশাদ লৈরব ঐগী মীৎয়েংদ অরুব ঙাক্ত উব ঙম্রব, ঐগী মীৎ অসী পাঙ্থোক্প মতম্দ তরু-তরুব ঙাক্ত উব তাইবঙপান্ অসী মপূ মাগী কুম্মৈনী, মপূ মাদী অমতনি, মতম্-মতম্গী লাংওন্ থারক্পনি পুন্নমক্ অমতনি, ফুরূপ্ মশেল্ হায়্দনা পুন্নমক্ নুংসিনা চান্নবা মতম্ অদূদা মালেম্দা তপ্নাংব পুরকপা ঙম্গনি।

## খোঙ্কাপ্ ১৪: *শ্রীকৃষ্ণনা গীতা'দ তাক্পিখি।*

হক্চাঙ্ অসীগী মনূংদা মপূ অমা লৈ, ঐ হক্চাঙ্ অসীগী মপূনি অদূগা ফুরূপ্সিংসূ মখোয়্গী হক্চাঙ্সিংগী মপূনি । ঐনা করিগুম্ব অমা পুথোক্লে হায়্দূনা

নাপল্ তৌই। কনাগুম্বা অমনা মেচিন অমা পুথোক্লে হায়না মাগী অঙম্ব অদু হরাওজন নাপল্ তৌজে। অদুগুম্ব অনৌব পুথোক্লিব পোৎসিংদো মী য়াওদ্রবদি কৈদৌঙৈদসু ওইব য়ারোই। কম্প্যুটরসিংসু হৈসিংব মী অমন সেন্নদব থক্ য়ারোই। সেন্নদ্রবদি মতোম্ত লেপ্তুন থবক্ তৌব ওইথোক্তবনি। মতৌ অসুম্ন ঐখোয় মীওইবন খঙ্গদবদি অসিগুম্ব অচৌব মেচিন্ ওইরিব শকফোংব তেংবাম্ব নত্তুগ মহৌশা অসিসু অথোইব মীশক্ অমন শেম্বন অদুগুম্ব মীশক্ অদো তেংবাম্বগী মপু ওইরিব, লেংলি পাল্লিববু সেম্বীবিব অথোই অহেম্ব অদো শ্রীকৃষ্ণনী। হৈসিংলব লৌসিং লৈরব মীওইসিংন হৌজিক মহৌশা অসিগী মরম্দ থিজিন হুমজীল্লি' অচৌব মেচিন্ অমগী মকুম্দ মীওই অমন ফম্বগুম্ন চাউরব মহৌশাগী মরুম্দ পুন্ন মক্ শেম্বিবিব মতিক্ ময়ায্ লৈবব তাইবঙপান্বু শেম্বিরিব মহাক্ লৈরি। পুন্নমক্ অসী খঙ্লব মতম্ হায্বদি মপূ মাবূ মশক্ খঙলব মতম্ অদুদ মালেম্দ তপ্যাংব (শান্তি) পুরক্প লায্ন থোক্কনী।ঐখোয্ মীওইবদি অমন অমবু য়েংসিন্নে, অদু মপূ মাদি যেংসিনবিনব কনাসূ লৈতে। মপূ মানদি ঐখোয় তাইবঙ্ খুদীংবু য়েংসিন্বিবিবনি। ঐখোয্ কনাসু হৈবগ পোক্লক্প নত্তে, তম্রগ হৈব ঙাক্তনি। অঙাঙ্ ওইবিঙৈদ মচান মমা মপাদ বাহং কযা হংই, মমা মপান মচাদ চুম্ন তাক্পি। তাক্লিব ব্রাহৈসিং অদু মপূ মান পীব পাউতাক্সিং অদূনি খল্লগ মচান লৌব তাবনি, মতম্ অদূদ পাউতাক্ কযাসিং অদূন মচাদো অফব মিনুংসি খঙ্ব, মীয়াম্গী ফনব তৌব ঙম্ব মীশক্ অম ওইবক্লব হায্বদি মচান মমা মপাদগী লৌব পাউতাক্ অদুন লৌসিং মপূং ফাবক্লব মতম্দ মপূ মাবূ মশক্ খঙ্লক্কনি, মপূ মাবূ মশক্ খঙব হায্বদি লাইনীংলোন্ চৎলবনী। লাইনী' লান্ হায্বদি মপূ মাবূনী, মপূ মহাক্ হায্বদি অচুম্ব অদুনি। খুদীংমক্ আম্ব তে ব মতম্দ মালেম্দ তপ্যাংব (শান্তি) পুরক্পদ লায্ন থোক্কনি হায্বদ হায্মন্ব থোক্লোই।

**খোঙ্কাপ্ ১৫:** ঐখোয্ন লৈঙাক্লোন্গী মতাঙ্দসু মওং তান লৈবাক্ ইবাঙ্ থোক্তনব কবম্ তৌবগ লৈবাক মরা তপ্কনি, ঈংন পান্গনি হায়্বসি খল্লব মতৃংদ হায্বদি লাইনীং... মম্দ ব্রাখল্ খজীক্তং চঙ্বীরগ লৈবাক্কী লৈঙাক্লোন্ তৌবিব ওইরগদি ... বাক্ খুদীংমক্ ইকায্ খুম্নব উৎলক্পগ লোয্নন অদুম্মক্ মবা চেৎপ মওঙ্ তাব লেবাক্ অম ওইব তারবদি মশান তপ্যাংব (শান্তি) পুরক্পদ ইরায্ লায্ব ব্রাফম্লি

**খোঙ্কাপ্ ১৬:** মালেম্গী মীওইবন হিংবদ চঙ্লিব পোৎশক্ খুদীংমক্ তাইবঙ্ মপূগী মতীক্ ময়ায়্দগী থোরক্প ঙাক্তনি। মসী পুন্নমক্ অসী খঙ্ন মপূ মাবূ য়াম্ন থাজবগ লোয্নন ঐখোয্ মীওইবন মপূ মাবূ নক্শিন্ন হায্বদি মহাক্পু নুংসিন, থাজন, মতম্ চুপ্পদ কাঙ্দব অদূতদ অফব নুংঙাইব পুন্নীংদ তপ্যাংব (শান্তি) পুরক্প ঙমগনি। ঐগী খোঙচৎত অচুম্ব লম্বেল্দ অদুম্মক্ চৎলবদি ঐগীত নত্তে অফবদো ঐগী শাগে নাতৈ পুম্বগী অফব ওইগদৌরিবনি ঐন ময়ায্ কাব চীঞ্জাক্ চাদুন পুন্সী অসী মাঙ্হম্ব তারবদি ঐগী পুন্সী অসী

নত্তন, য়ুম্লোন্ কৈরোন্নবদ নত্তন চাউখ্নব খুন্নাই অসীগীসু অমাঙ্ব অম পুরক্কদৌরিবনি। খুন্নাইগী মাঙ্নব তৌব মীদো খুন্নাইগী য়েক্লবনী। য়ারিবমখৈ খুন্নাইবু য়োক্খৎপ ঙম্নব হোৎনগদবনি। মতম্ অদূদ কংলৈপাক্ হায়্ব নুংসিখ্নব ঈমা লৈবাক্ অসীগিদমক্ হিংনব হোৎনব হায্ব অসী ঐখোয়্গী থৌদাংনি। পীকখ্নব ঈমা লৈবাক অসীগী ফনব চাওখৎনব হোৎনরবদি ব্রাং-চাউবব লৈবাক্সিংগ চাংদম্নবদ লায়্ন থোক্কনি। অসুম্ন চাওখৎপ থাক্ত লৈরব মতম্দ লায়্ন লৈতারক্প ঙমগনি।

**খোঙ্কাপ ১৭:** ঐখোয় মীওইবন অপামব মিহৌব কল্লকপ পূম্নমক অসিদগী নীংতমব ঙম্দে। নীংতম্ন, ইনীং-ইখা তৌন হিংব ঙম্গে হায়্রবদি ঐখোয়্ন অথোইব থরায় ওইব মপূ মাগ অতৎ-অখম লৈতব মরী লৈনরগ ফংব ঙম্মী। মপূ মাগ মরী লৈনব হায়্বসে, মহাক্কী নুংসিবব খোম্লোক পূম্নমক অমত ওইব, অমগ অমগ নুংসিনব ব্রাখল অফব ঙাক্তুন কবম্ তৌরগ মীওই খুদীং চপ মান্নব মওঙ্দ হিংমিন্নদুন মসীন ইন্দিয়ানি মসীন অমেরিকা, অষ্ট্রেলিয়ানি খন্দন ঈমা অমতগী মচানী, *''মালেম্সীন ঈমুঙ্ অমখক্, তাইবঙ্ মপূসু অমখক্, লাইনীংলোম্সু অমখক্, মীওইব ফুরুপ্সু অমখক্''*, অশুম্ন উ পামবী অমতগী মসা লোঙ্খোকপ অমন লৈবাক্ অমমম্নি খল্লব মতূংদ নীংতমব ফংলনি হায়্বদি মপূ মহাক্তি অমখক্তুনি, মতম্ মতম্গী লাংওন অমমম্ থারক্পনি খল্লগ অমগ অমগ চান্ন চিন্নন লৈমিন্নব ঙম্রব মতম্ অদূদ মালেম্দ তপ্যাংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্গনি।

**খোঙ্কাপ ১৮:** স্পিরিচএল্ মেদিযম্দগী কূম্থরক্পগ, অসীগুম্ব মতীক্ মযায়্ লৈব মপূ মাবূ মতম পূমবদ থাজদুন মহাক্পু চেৎন কেন্জদুন মহাক্কী মতীক্ মযায়্তবু মতম্ পূম্বদ কাউদব অদূগুম্ব অশেংব অচুম্ব চৎলব মীওই মীশক অদূতন মখোয়্গী স্পিরিচুএল্ ক্লালিতিসিংদু তাইবঙ্পান্গী অমোৎপ অমত্তন মোৎহনব ঙম্দবন পূম্নমক তরু তরুন উব ফংই। মখোয়্দি খ্বাইদগী অহেনব মতীক লৈব মবম্ন মালেম্ অসী অমত্ত নি পূম্নমক্সু অমত্ত নি থরায় পান্ব পূম্নমক্সূ অমত্তনি খল্লগ পূম্নমক্ নুংসি চান্নন লৈব ঙম্বগী মখোয়্দ মতীক্ লৈ। মতীক্ লৈব হায়্বদি মাগী মাগী মিং, মাগী মাগী মতীক ময়ায়্ মাগী কুম্মৈ মাগী পাউতাক অসীগ করিগুম্বদসু খেন্নব লৈতে হায্জবনি। মরম্ অসীন মপূ মাগী মরম্দ নৈনবদি মপূ মশামক্ক নৈনবগ চপ্ মান্নে। *''খাস্নী মৈগ মৈশাগ অমত্ত ওইবগুম্ খোইয়ুম্ লাইগ মাগী মতীক্কশু অমত্তনী''* পূম্নমক অসীন তাইবঙ মপূ হায়্বসে ঐগী নংগী মাগী থস্মোয়্সিংদসু ঙাম্লোহিরি। ঐগী থস্মোয়্দ মপূ মহাক্ক লৈব মরম্ন ঙসী ঐখোয়্ন থবক্ খুদীং তপ্ন ঈংন তৌব ঙম্বগী মতীক্ লৈরিব অসীনি। ঐখোয়্ন চৎপ থবক্ ইনখাঙ্ অম তৌব ঙম্রিব অসী মপূ মহাক্তি ঐখোয়্গী ইনাক্তগী লাপ্ন লৈতে নকশিন্নন অদুম্ লৈ। মহাক্তি ঐখোয়্গী ইশা ইশাদ অদুম্ য়াওরবনি। মহাক্তি অশুক্কী মতীক্ নকশিন্নন লৈ মদূদি ঐখোয়্ন হম্ন হম্ন মপোক্ ওন্নবসু মহাক্তি অদুম্ ঐখোয়্গ লোয়্নদুন লৈ। মপূ মহাক্ক করম্ব মতম্দ তাইবঙ মীওইবন ঐঙোন্দ মমায়্ ওন্নক্কনি, ঐবু নীংশিংলক্কনি হায়্দুন ঙাইদুন মতম্ পূম্বদ



লৈ। ইবুংঙো মহাক্তি মতম্ পূম্বদ মীওইবগীদমক্তা য়াইফনব খঙ্জদূন লৈজে। মমা মপান মচা ফত্তব অদূ করম্ব মতম্দ চাউরক্কনি খন্দুনা মতম চূপ্পদ লৈব অদূগুম্ মপূ মহাক্কসু মচাসিং, থরায় পান্বসিং অসীবু ঙাইদুনা লৈ। মহাক্তী অশুবকী মতীক্ থৌজাল্ হৈ। মহাক্পু ঐখোয়্ন কাউরবসু মহাক্কদি ঐখোয়্বু থক্ কাউদে। ঐখোয়্গী তোঙান্ তোঙান্ব হক্চাঙ্সিং লৈব য়াই। মখোয়্সিং অদূদি মাঙ্খিব য়াব ঙাক্তনি। ঐখোয়্গী অশেঙ্ব পোৎশক্ অদূগ করিসু মরী লৈনদে, ঐখোয়্গী অশেংব শক্তম্দি অশেংব থরায়্নি। 'বসরাজশ্রী কৃষ্ণ হায়্ব লাই, ইসকোন মনিপুর' হায়্ব লাইরীক্ অদুদ য়াওই- (১) থরায় পান্ব মখল্ ৮,৪০০,০০০ লৈ (২) মীওইবগী কাংলুপ্ত ৪০০,০০০ থোক্ক লৈ (৩) অতৈ থরায় পান্বসিংন ৮,০০০,০০০ থোক্ক লৈ। থরায় পান্ব খুদীংমক্ অসী মপূ মহাক্কী মচা ঙাক্তনি মরম্ অসীন ঐখোয়্ন মপূ মাগী মনাক্ নক্তব যাদে। মপূ মাগী পাউতাক্ লৌদব য়াদে। মহাক্ক নক্শিন্নরব,মহাক্কী পাউতাক্ লৌরব মতম্দ ঐখোয় অসে রাখল লাক্কনি, রাখল্ য়াওদ্রবদি হাৎনব সুনব,অমন অমবু শীংনব, মী হাৎলগদ নুংঙাইব, চাওখৎপ থৌরম্ পাম্দব মীওই ওইরক্কব মতম্ হায়্বদি,অমন অমবু হাত্তোক্রগ ঐখোয় ঈংগনি খল্লকপ শোয়্দবনি। মী হাৎলগত নুংঙাইজব, বোম্ পোক্খায়্রগ মী কয়ামকম্ সিবে হায়্ব তাবগ নুংঙাইজব মীওই ওইরক্কনি। রাখল্ য়াওদদুন বাল্মিকি মুনিন মী কয়ামরুম্ হাত্তোক্রিব অদূনি। কোন্ন মপূ মহাকপূ ফংলব মতূংদ অফব থবক্ কয়ামরুম্ তৌরক্তুন মালেম্দ ফাওখিব অদুনি। মবম অসীন রাখল যাওদব মপূ মাবূ থাজদব, মপূ মহাক্ লৈতে খন্ব মীওই খিবিক্ক ঙসী হাৎন সুনদুন লৈরিব অসী মপূ মাগী মনাক্ নক্শিল্লব হায়্বদি মহাক্কী পাউতাক্ লৌবব মতম্ অদুদ মালেম্দ তপ্যাংব (শান্তি) পুরকপ ঙম্গনি।

**খোঙ্কাপ্ ১৯:** অমোৎপ কয়ামকম্ ঐখোয় মীওইবন থম্মোয়্দ খোম্জীন্দুন থম্লি। ঐখোয়্ন ঐখোয়্গী থরায় অসিদ রাখল্ ফত্ত-ফত্তব, তাইবঙপান্ অসীদ মাঙনবগী মশক ওইব রাখল্ চমম্নব কযামরুম্ মক্শিন্দুন লৈবি। মী অমগী মযায়্, নাপল্ কাব হায়্ব অসী মাঙনবগী মশক্কি। মপূ মাগী মতীক্ ময়ায় খঙলব মতম্দ অমোৎপ পূম্নমক্ কোক্কদবনি। মপূ মহাক্ক ঐখোয়্বু কয়াদ নুংসি, মীচঙ্ মীখায় নাইদন মতম্ পূম্নমক্ত মীওইবন মহাক্কী মনাক্ নক্শিল্লকব, মহাক্কী পাউতাক্ লৌনব হায়্দুন ঐখোয় মীওইবদ মপূ মহাক্ক মমায় ওন্শিন্দুন হায়্বদি নুমিৎকী মঙাল্ন মফম্ অমতদ নত্তন মফম্ পূম্নমক্ থুংন মঙাল্ পীবগুম্ন মপূ মহাক্ক মীওই খুদীংমক্ত থৌজাল্গী মীৎয়েংন মতম্ পূম্বদ য়েংবিরি। মহাক্কী থৌজাল্ন ঙসী লেঙলি পাল্লিব অচৎ চত্ত থরায় পান্ব খুদীংমক্ থৌজাল্ মীৎয়েংন য়েংবিরি। ঐখোয়্ন মহাক্কী থৌজাল্গি রাহৈ-রাতাসিংদু মতম্ পূম্বদ কাউদন অচুম্ব খিবিক্ তৌরব মতম্দুদ তপ্যাংব (শান্তি) পুরকপ ঙম্গনি। তপ্যাংব (শান্তি) ওইরব মতম্দ মীওইব খুম্নাই কয়াদ নুংঙাইন পুন্সী লেন্নগদৌরিব হায়্বদো খন্বদ নুংঙাইব অম পোক্চৈ। রাখল্ লৈব মীসিংন অশেংব লৌসিংগি ...াক্ত লৈদুন অফব থবক্ তৌদুন হীরম্ খুদীংদ ফনব রাখল্ খন্দূন থবক্ অফব

কয়ামরূম্ তৌরগ মীওই কয়াগী য়াইফনব তপ্‌য়াংব (শান্তি) লৈনব ঙসী মালেম্‌দ হোৎনবী। অসীগুম্ব লৌসিং লৈব মীওই হায়্‌বদি মপূ মাগী মনাক্ নক্‌শিন্‌ব ঙম্লব মীওইসিংগি খুন্নাই অম ওইরব মতম্ অদুদ মপূ মহাক্সূ কয়াদ হরাওজগদব। *"কংলৈ লাইনীং লীক্ৰম্‌গী ব্ৰাংউলোন্‌দ মীওইবগী হক্‌চাঙ্ মপূ মাগী শক্তম্মক্তী। থশ্মোয় লাইয়ূম্ হায়্‌দুন মীওইবগী লৈফম্ থোক্‌প ব্ৰাখল্লোম্বু উৎপীরি। মী অমন মী অমবূ মমল্।"* ঐখোয়্‌ন নোম্লুক্রব ইকায় খুম্নবগী মতৌ লৈব তাবনি। মসীগী ...াহঙ্গোক্তি নুংসিব,অফব থবক তৌব হায়্‌বনি। কনাগুম্ব নূপা অমন মহাক্কী ইমূং মনূংগী নূপী অঙাঙ্ থাক্‌নব হায়্‌দুন নোং ঙানবদগী নুমীৎ তাবফাউব থবক্ শুদুন সেল তান্‌দুন মখোয়্‌সিং অদূগিত খন্দূন কন্ন নুংসিন থবক্ নোম্‌লী। মহাক্ নোম্‌দূন ফংলিব নুংঙাইবদো মহাক্কী অনীংবনি। মহাক্ মদুদ নুংঙাইজরি। অমরোম্‌দ মরৈবাক্ নীংব মীওইসিংন মরৈবাক্কীনি খন্দূন মতম্ পূম্বদ অৱা-অনা থিদবমখৈ অহীং নুংথিল্ তূম্‌দন হোৎনজরিব অদূসু মহাক্কী নুংঙাইব মখল্ অমনী। মীওইবগী ঙসী নুমীৎ চূপ্প মীন ঙাঙ্ব তাদবমখৈ লাইরিক ইদুন মহাক্কী লৌসিং লৈজবমখৈ পুথোক্তুন অৱা অনা খঙ্‌দবমখৈ ইরিব থরসূ য়াওরি। মখোয় মখোয়্‌গী থবক্তুদ নুংঙাইজরি,হরাওজরি, অশুম্ন মাগী মাগী থবক অদূ নুংসি চান্নন ঈংন তপ্ন তৌমিন্নদুন শিংনব য়াওদন মালেম্‌দ নুংঙাইন মরা তপ্ন মপূ মাবূ খুরুমজদুন মহাক্কী পাউতাকসিং হায়্‌বদি নুংসিব ময়াই অসে নুংসা মঙাল্‌দগীগুম্ মালেম্ শিনব থুংন শন্দোক্রব ঐখোয় মীওইব খুদীংমক্ হোৎনরব মতমদুদ কয়াদ নুংঙাইব মালেম্ অম ওইগনি। লাইরম্রেন্দগী মপূ মহাক্কী অফব পাউজেল কয়ামরুমগী মরক্ত- 'পূকচেল তিন্নন লৈরবদি খৎন চৈনব অমত থোক্রোইি।'

তপ্‌য়াংব (শান্তি)গী খোঙ্‌জঙ্‌গী লম্বেল্‌দ থেংনরক্লিব ৱাফম্ অমদী মালেম্‌সে লোইবগী মতাংসূ অমনী। তৌইগুম্বসূং মালেম্‌সি হেক্তমক্ লোইনখিগদব নত্তে। অদূবু মীওইবগী হৈসিংলব, চাওখৎপ থাক্ত লৈরব কাংলোন্ (সাইন্স)ন হায়্‌নিংঙাই লৈতন ৱাংখৎলক্রব মতম অসিদ লাইনীংলোম্ন নেম্ন লৈব তারবদি মালেমসী লোইব তাবনি। মখোয় অনী অসী চৎমীন্নগদবনি,লৈমিন্নগদবনি। কাংলোন্ (সাইন্স)ন ঙসী ৱাংলবনিনা সুইটচ অম নমবদ লৈবাক্ অম তুম্‌গদৌরিবনি। লৈবাক্ অম তুম্নব হোৎনবদ লাইনীংলোম্ন খাম্ব তাবনি। চাওখৎলকপগী মতূং ইন্ন নোংম নোংমগী ককাঙ্‌লোন্ (সাইন্স)ন খোঙ্‌থাঙ্ য়াঙ্‌শিল্লক্রে। যাঙ্‌শিল্লকপগী মতূং ইন্ন মীওইবন ঙম্‌দব লৈত্রে। মালেম্ পূম্বসে অমুক্তুংদ তুমহন্‌গে হায়্‌ব কাংলোন্ (সাইন্স)ন লায়্‌ন ঙম্মী। মদূ পূম্নমক অদূ লাইনীংলোম্ন থিংগদৌরিবনি, মরম্ অদূন লাইনীংলোনগ কাঙ্‌লো্ (সাইন্স)ক লোয়্‌নদব য়াদে।

**খোঙ্‌কাপ ২০ঃ** মীওইব খুন্নাই হায়বসি হিংদব যাদবনি। মালেম্ হায়্‌রিব অসী খুন্নাইগী মীওইসিং অদূবুনি। নোংম নোংমগী ময়েং তাসিল্লক্রদি করম্ন মালেম্ ওইগদৌরিবনো। শম্ন হায়্‌রবদ মীওইব কাংলূপ অসী করম তৌরগ ফজব মওঙ্‌দ হিংন ঙমগনি। হিংব তারবস্ মওঙ্ তাদন হিংলবদি হিংবগী কান্নব

ফংলোই। মওঙ্ অসী করম্ন তাগনি হায়্বদো অহৈ অসিং অফাওব লৌসিং লৈব মীওই হায়্বদি থব্লায়্মিচাক নিংথৌ সিদবগুম্ন ঙসী মালেম্দ হিংলম্ব লাইগী ঙম্থঙ্ ওইরব তোঙাল্লব তোপ্ তোপ্ল ময়ায় চেল্লব মীওইসিং অদূন করম্ব মওঙ্দ হিংলমব, মখোয়্গী থৌজাল্ন মশীং থীঙম্দন লৈরম্ব, নোংমগী ওইন মমল্ য়াম্ল্লব মতম্বু ফজব মওঙ্দ শিজীন্নরম্ব, করম্ তৌন মীওইব কাংলূপ্ল মমল্ লৈন থাঙ্গৎপিরম্ব হায়্ব অসীগুম্ব মতীক্ ময়ায়্সিংবু নীংশিংলগ হায়্বদি মখোয় অদূদী মতম চূপ্লদ মপূ মাবূ থাজন কোক নোম্দুন লৈব মীশক্লি হায়ন নীংই। অসীগুমব ব্লাখলসিং খনব মীওই ঙাক্তুন ওইব খুন্নাই অম ওইরবদি মালেম্দ করিগী তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্লোইদগে। শান্তিদি মশান অদুম্মক ওইগনি খল্লি। করম্ব মওঙ্দ মীওইবন হিংবদ মওঙ্ তান য়েক্ল তিঙ্খং লৈতন লৈব হায়্বসে ঐগী-ঐগী নোংমগী থৌদৌ অদুদ ময়েক্ লান লৈরে। মরম্দী অফব থবক্ ঙাক্ত লাইনীংলোনগ মরী লৈনন য়াম্ন মওঙ্ তান ঐখোয় খুদীংমক ঈমা অমতগী মচানী খন্ন লৈমিন্নব ঙম্রব মতম্ অদূদ মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্গনি। তপ্য়াংব (শান্তি) লৈরবদি লৈবাক্ খুদীং অফব হাৎন সুনব থোক্লরোই। মপূ মহাক্তন ঐখোয়্গী অশেংব মরুপ্পী, মহাক্ল ঐখোয় তাইবঙ্ খুদীংমক্ চান্বিব মীৎয়েংন মতম্ চূপ্লদ য়েংদুন লৈবীরি। মপূ মহাক্কী মতীক্ ময়ায় শক্পতন সোম্বতন মালেম্দ অথোয়্ব ওইগনি।

মীওইব কাঙ্লূপ্ য়াম্ন থীন ব্লারে, ঐখোয় ঙসী নুমিদাংকরম্ তৌগনি খঙ্ব ঙম্দ্রে। ব্লারব মতম্ অসিদ করম্ন তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্কনি। চহী নৌরিব অঙাঙ্ কয়া মফম্ খঙ্দন মাঙ্খ্রে। কাঙ্লূপ্ মশেল্ নুংসিনদব অমগ অমগ হাত্তোক্ন্ব মসী কন্নব করম্ব পাম্বৈ তৌগনি। মালেম্ অসী য়াম্ন ব্লারে, হৌজীক্ হক্চাঙ্ থক্-থক্ নিক্লরে হোরেন্দি করি তৌগনি মিপাইনরে, অব্লাবগী ঈপাক্ত তারে, মসীনদি অঈংব পুরক্প য়াদবনিনা মালেম্ অসী ব্লারে, মফম্ খুদীং, লৈবাক্ খুদীং মচী-মচী খুদীং হীক্ল-হীক্ল কপ্লরে। করম্ব মতম্দ অঈংব লাক্কনি। মপূ মাবূ খুরুম্দুন মতম্ ঙাইদুন লৈরে, চান্ন চিন্নন ঈমা অমতগী মচানী খন্ন নুংসিনব পুরক্লব মতম্দুদ হায়্বদি তাইবঙ্ মপূ মাগী মচা ঙাক্তনি খল্লব মতম্দ মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্গনি হায়্বসী ঐন হায়্জনিংঈ ।

**খোঙ্কাপ্ ২১:** ঐখোয়্ন হৌজীক্ লাইনীংলোন্ চৎলী,মপূ মাবূ নীংলিবনি হায়্দুন মীঙোম্দ উত্তুন লাই খুরুম্বনদি মপূ মাবূ মশক্ খঙ্ই হায়্বদি য়াদে। ঐগী ঈথৌ তৌব হায়্বদি, মপূ মহাক্ল ঐখোয় মীওইবসে নথৌ তৌরুচো তাইবঙ্ পান্বদ, নঙ্ন অফব থবক্ তৌরম্ব অদূন নঙ্গী তুংদ লাক্কদৌরিব মীওইসিংন নত্তৌ তম্জদুন অফব থবক্ পাঙ্থোক্প ঙম্লব মীওইব খুন্নাইগী ফনব হায়্দুন ঐখোয়্বু থারক্পনি। মদুদ মপূ মহাক্কী মব্লা লৌদদুন মাগী তৌফম্ থোক্প থবক্ মখৈ তৌদন লাই খুরুম্রিবনি হায়্দুন নুংতিগী মীঙোম্দ ঊৎপ অদূনদী মীশক্ অদো মপূ মহাক্ল অদুম্মক্ সাউগনি। মথৌ তৌদব মীওইসিংদো মতম্ চূপ্লদ মাগী

মমীৎ অদুন হেক্ উব খুদীং অমোংপ ফত্তব ঙাক্ত উদূন লৈগনি। কল্লক্প মীহৌব মিনুংসি খঙ্দব মীগী মাঙ্নব মতম্ চূপ্পদ খন্দুনত লৈব মরম্ন মহাক্কী মশাদ মিনুংসি করিগুম্বদসু য়াওদে। মালেম্ অসী করিনো হায়্ব ফাওব খঙ্ব ঙম্দব মরম্ন ফত্ত-ফত্তব থবক্ কয়ামরুম্ পায়্খৎলক্তুন খুন্নাইগী মাঙ্নব তৌরক্ই। লৌসিং অফব পুথোক্লব হোৎনব তারবদি মপূ মহাক্কী মরম্দ খঙ্নব মতম্ লৈব খিবিক্তসূ লৈব তাবনি। মপূ মহাক্কী মনাক্ নক্প হায়্বগী ব্রাহ্মোক্তি মপূ মহাক্কী মতীক্ ময়ায়্ পূম্ন মক্ খঙ্ব ঙম্নব মহাক্কী পাউতাক্সিং অদূ নৈনব তাবনি। অসুম্ন মপূ মহাক্পু কাউদব মীশক্ অম ওইরবদি,হায়্বদি মপূ মহাক্ন ঐখোয়্ তাইবঙ্ মীদ নুংসিহ মীৎয়েঙ্ন য়েংবিদুন অশোয়্ অঙাম্দগী ঙাক্ সেন্বিদুন মতম্ চূপ্পদ লৈরি হায়্বসী খঙ্ন অফব থবক্ কয়ামরুম্ তৌরব মতম্ অদূদ মালেম্দ ঈংন তপ্ন নুংঙাইন লৈমিন্নব ওইগনি।

মালেম্সী ঐখোয়্ অপূন্বগীনি, পূম্নমক্ অমতনি ঈবুংঙো মহাক্ন অচৎ চত্ত পূম্নমক্ শেম্বিরক্তুন পূম্নমক্কীদমক্ খন্বদ মতম্ পূম্বদ মপূ মঙোন্দ ওন্শিনবিরক্লবদি হায়্দুন ঙাইদুন অদুম্মক্ লৈজবদ, হায়্বদি মহাক্তিগ তাইবঙ্পান্গী মপূনিনা ফত্তব অফব খাক্তুন নোংঙান্বদগী নুমীৎ তাব ফাওব, নুমীৎ তাবদগী নোংঙান্ব ফাওব ঐখোয়্গীদমক্ত খন্দূন মতম্ চূপ্পদ চহী চূপ্প হিংদুন লৈরব মপূ ইবুংঙো মহাক্কি। ইবুংঙো মহাক্কী তাইবঙ্পান্ অসীদ তোম্খিন্ ঙান্দুন লৈরবনি। মহাক্ন সিব নাইদন হিংলিব অসী কনা অমগী নত্তে, তাইবঙ্ পূম্বগীনি। শক্হেন্ব, মচু লৈতব, শক্ওঙ্ লৈতব করম্ব মওঙ্দ শাথেক্ ওইবগে খঙ্দব ঐখোয়্ন নোং ঙান্বদগী নুমীৎ তাবফাওব থিরুদুনসু ফংলরোইদব, চহী চা কয়া-কয়া লাই নীংদুনসু ইবুংঙো মহাক্পু থিব, উনব ফংলরোইদব অদূগুম্ব ইবুংঙো, নৌদুনত লৈরব মক্শিন্ব লৈত্রব অহল্ ওইরক্প হায়্ব লৈত্রব, ঐখোয়্ খুদীংমক্কী মপূ ঐখোয়্গী অশোয়্ অঙাম্ কয়া য়েংসিন্বিরিব, মাঙ্হন্নিংদবদগী কদায়্দ শোক্কনি, পন্গনি খন্দূন কাফে-কাফে চৎপ অঙাঙ্দ মমান তূনি তানি শোক্কনি হায়্দুন খম্মোয়্ তীং-তীং চোংদুন জগোয়্ সাবগী মওঙ্দ য়েংব অদূগুম্ন শক্উদব মপূ মান ঐখোয়্বু সেন্নরী। চক্-চক্কী মতূং ইম্ন মপূ মাগী লাংওন্সিং অদূন মালেম্গী মফম্-মফম্গী চূনগদব মওঙ্দ মাগী মিংলেন অমমম্ খোল্লগ থারক্পনী।

পোত্থাদব চরাঙ্নব হায়্বশে মীৎ অমসূং নাকোঙ্গুম্ন ব্রাখল্গীসূ হৌনশীনী। ঐখোয়্বু মতম্ চূপ্পদ য়েংসিনবীদূন লৈরিব মপূ মাগী মরম্দ ঐখোয়্ন খন্ব তাবনি। মীওইবগী ব্রাখল্ অসী মহৌশান ফত্তবদ ওইন চঙ্শিন্গদবগী ওন্শিন্দুন লৈ। অফব থবক্ তৌবদন লৈথোক্প ওইন তৌই। ঐখোয়্ন নুমীৎ খুদীংগী মপূ মাবূ খুরুম্দুন মপূ মাবূ পেল্হন্গনী। থাসি অমূক্ থাবূম্ অমূক্ ওইবগুম্ন মীওইবগী ব্রাখল্সূ করিগুম্বদ অফবন ঙম্মী করিগুম্ব মতম্দন ফত্তবন ঙম্মী। লাংব চক্ অসিদদি ব্রাখল্গী লঙ্জব অসীদী লঙ্জব নত্তে। মী অমনবূ মাগী খৌরাংব অদূ পূম্কোক্ কোক্হন্ব ঙম্ব্র, হক্চাঙ্ন লৈরিব মখৈদি খজীক্তং ফাওবদি লৈগনী

অদুবু মদূ খুদুম্ চন্দুন থম্ব ওশ্মী।

ঈশীং হায়ৃব অসী অনেম্বদ চেহ্নগনী অদূবু নুমীৎকী মঙালন্ মথন্ত পুখৎলী মতৌ অসুম্ন ঐখোয়্গী ব্লাখল্ নেম্ন খম্নুব ব্লাখল্‌সিং অদূ মপূ মাগী থৌজালন্ ব্লাংন পুখৎলি।

ব্লাখল্ হায়্ব অসীন পূম্নমক্কীনী, ব্লাখল্ অসী সেংই সেংদে হায়্ব অসী ইশামক্কী ব্লাখলন্ খঙ্গদবনী। মী অমন অহাম্বদ মশাগী ব্লাখল্ অসী লাম্লে হায়্বদূ খঙ্লব মতম্দ মপূ মঙোন্দ চঙ্জগদবনি। ব্লাখল্দ ফৎতব লৈরবদি মী অদূ কৈদৌঙৈদসু অঙ্গীংব লৈররোয়্। ব্লাখল্ অফব অশেংব মী অদুনত পূম্নমক্ সেংন উই।

ঐন অঙ্গীংব পাম্ববদি অতোপ্পগী মরাল্ খিরুনু ঈশাগী ওইন কদায়্দ লান্বগে হায়্দুন খন্ব তাবনি। পূম্নমক্ অসী ঈশাগীনি খন্গদবনী, কনা অমত মীতোপ্ নত্তে, মালেম্ পূম্বশি অমতনী, অফব থবক্ লীশীং-লীশীং তৌরুবসু অরান্ব মচা অম তৌরুবদ খূদক্ অদূদ মাঙই।

মী অমন অমগী ফত্তব অদূদমক য়েংনৈ। মহাক্কী অফব অদূদসু য়েংগদবনী। মী অমগী ফৎতবগী মরম্দ খন্বন ঐন মী অদূগী মাঙননব ওইরব, মদূন ঈশা ইথল্লগী অশোক্প ওইগনী। মী খূদীং চেক্‌শিন্ন হিংগদবনী ঐন তৌরুব থবক্ অমগী চপ্চাব অদূন মীঙোন্দ অকন্ব ব্লা হায়্দুন মীবু ব্লাহন্‌গনু । থৌজাল্ য়াওদ্রবদী মী অদূ করম্ন মীওইবনী হায়্গদৌরীবনো। মী পূম্নমকপূ চপ্ মান্নন য়েংব ঙম্ববদ ঐ হায়্বশিশু অফব ওইব তাবনি।

মী অমন মাগী পুন্সীদো মীখা পোন্দন লৈব পাম্মী মরম্ অদূন মী অমবু নম্থদুন নঙন হায়্বত ইল্হন্‌গে ঙম্লোই, নুংসিব ঊৎপন পূম্নমক্কী অফব পুরক্প ঙম্গনি। অতোপ্প মী অমবু নুংঙাইহন্ব ঙম্লবদি মহাক্ অদূ নূংঙাইব ওইরে, পোক্পগী মহৈ য়াম্লে। মতম্ অদূদ পূম্নমক্ অফব ওইরবনিনা মীপূম্ খূদীং অফব ওইরব মতম্দ মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্প শোয়্দ্রবনী।

অৱাব হায়্বসে লৈতব তারবদি নূংঙাইব লৈ হায়্বসে কনান খঙ্গদৌরিবনো। মীপূম্ খূদীংমক্ অসী মতম্ অমত্তদ পূম্ন নূংঙাইব করম্ন য়াগদৌরিবনো। ৱামায়ন্‌গী ৱারী অমদ, ৱাম্ন মীপূম্ খূদীংগী অৱা-অনা কোক্‌হন্দ্রি করিগীনো, মীপূম্ খূদীংমক্পূ নুংঙাইহন্ব য়াদ্রা? মসী পূম্ব অসী ওইহনগে হায়্রবদি হেক্ত ওইহম্বীব য়ারবনি।মদূদ ৱাম্ন হায়্খিব অম লৈ - ''মীপূম্ খূদীংমক্পূ মতম্ খুদীংমক্ত নুংঙাইহন্ব য়াব্রানে অদূবু মসী ওইব য়াই। নঙ্ন পাম্লবদি ঐখোয়্গী নিংথৌগি লন্‌গৈদগী মীয়াম্ন অপাম্ব অদূ লোইন পীরগে।'' ৱাম্ন লক্সমন্ কৌরগ হায়্রকই- ''চৎলো ঐগী লৈবাক্ত লৈরিব মী পূম্নমক্ত হায়্রুচো, ঐগী পূক্কৈদগী লন্ পূম্নমক নখোয়্গী তঙায় ফদব পূম্নমক্ ঐগী পূক্কৈদগী পীরগনী।'' মসী তারদুন মীপূম্ খূদীংন মা-মাগী অৱাৎপসিংদো হায়্ররে, অমদি পূক্কৈ হাংদুন পূম্নমক্ নূংঙাইন হিংহল্লে । অমরোম্দ অমূক্ কোনুংগী য়ুম্থক্ত চেখাইহল্লে, অদুন নোং য়ুথরে। মীয়াম্ন অকায়্ব অদূ শেম্জীন্নবগীদমকখূৎহৈবসিং

মী থাদূন কৌহন্খরে। অদূবূ কনা অমত্ত ফংদ্রে, থবক্ শুবীনব মী ফংদব মরম্ন য়ূম্ অদূ তেক্তুন মাঙ্খিগদৌরে। মতৌদুদ সিতান রাম্দ হায়্রম্মী-''অসূম্ হায়্ন চোত্তুন ঐখোয় লৈব য়াররোই মরম্ অদূন হান্ন লৈরম্ব অদূগুম্ন লোইন ওইহল্লসি। মদূ ওইরবদি থবক্ শুনব মী ফংলগনী। মী অমন পুম্নী চূপ্প রাদূনত লৈব হৌনদে। মান তৌজব অদূগী মতূং ইন্ন নুংঙাইব অরাব লৈ।অরা নুংঙাইব হায়্বসে ঐগী-ঐগী তৌজব মহৈনী মরম্ অদূন ঐখোয়্ন মতম্ পূম্নমক্ত মপূ মাবূ থাজদুন প্রভু রাম্চন্দ্রগী নুংসিরব রাহৈসিং অসী লৌশিল্লগ ঐখোয় মশেল্ অমত্ত ওইন নুংসিন, চান্ন-চিন্নন লৈমিন্নরব মতম্ অদূদ নুংঙাইব ওইরক্কনী। খোইয়ুম্ (ঈশ্বর্)ন মনাক্ নক্শিল্লব মতম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্গনি।

মালেম্ ঈমাগী তম্পাক্ত পূম্ন হিংমিন্নরীব অমদী মালেম্গী নাউসুম্দ পূম্ন তূম্খূন্ তান্মিন্নরীব কাংলুপ্সিংগী মনূংদ মীওইবন মশাগী কোক্ শীজীন্নব ঙম্ব খ্বায়্দগী সিংব মচানী। চহী মিলীয়ন্ ৪,৮০০ গী মমাঙ্দ শেম্খ্রব মালেম্ অসীদ ঐখোয় মীওইবন খুন্ তাদুন লৈরক্প অসী চহী ৩,০০০,০০০ রোম্দ মঙায়্রি, মীওইবন চাওখ্ৎলক্প অসী চহি ৩,৬০০ গী মমাঙ্দ সুমেরিফান্দ চাওখ্ৎপ ফংখি, মদূগী মতূংদ মালেম্ অসী তোঙান্ তোঙান্ব মফম্ মফম্দ সন্দোক্খি অসূম্ন চাওখ্ৎলক্পগী মতূংইন্ন ঙসী তাইবঙ্ মীওইবন কয়াদ নুংঙাইন ওন্ন-খোইন মালেম্ অসীদ লৈব ফংলিবসি কনাগী মপান্ননো, মপূ মাগী মপান্ননী হায়্ব খঙ্গদবনি।

মালেম্দ খম্ থেংন চাওখ্ৎলক্পগী মমি তারক্প অসীদী কুইদ্রি চহী ২০০ বোম্দ মঙায়্রি। অশুক্ তেন্খ্রব মীওইবগী পূম্নী অসিদ পূম্ন লৈমিন্নরীব মীওই খুদীং চাওখ্ৎপসূ কুইদ্রিব মীওইসিং অসীন মীনুংসি যাওদন অশিবগী খয়াৎত লংসিন্নরী। মরোল্ থোকচদব ঙাঙ্ব হৈজদব কাঙ্বূ খরদী পূংমূৎ মূৎথ্ৎলি, অশোম্ব ফূরূপ্সিংন কিবন থক্-থক্ নীক্তুন লৈরি। রাকৎফম্ লৈতদুন লৈরি। মতম্ সাংদন মতম্ খরদং পূন্সিব মীওইব ঐখোয়্ন অসীবগী খায়াত্ত চোংশিন্জরী। অমূক হন্ন পোক্কনী পোক্রোই খঙ্দব মীওইবসে তূহ্ৎনরি, নোংম নোংমগী মীশিং হূম্বহল্লি, ইতোম্ত চাউখ্রব মালেম্সিদ লৈগনি খল্লীব অদূ মপূ মহাক্পূ থাজদব, মপূ মহাক্কী পাউতাক্ লৌদবদগী থোক্পনী। ঐখোয়্বু শেম্বীব,ঐখোয়্বু কদায়্দ শোয়্খিগনী খন্দূন ঈমা ঈপান ঐখোয়্বু য়োক্পীবদৌন মপূ মহাক্ত অদুম্মক্ ঐখোয়্দ মমায় ওন্শিন্দুন লৈরিবনি। করম্ব মতম্দ ঐবু অমুক্তং নীংবিরক্কনি খন্দূন লৈরিব মপূ মহাক্পূ নীংদূন খুরুম্জদুন লৈরবদি রাখল্ খন্নরক্পদগী হাৎন-সূনব অসী পূমকোক্ কোক্কনী। মপূ মহাক্পূ নীংউ হায়্বদি অচূম্ব তৌ হায়্বনী। অচূম্ব লৈরব মীশক্ অদূন কৈদৌঙৈদ মীওইববূ অশিবগী খয়াত্ত লংসিল্লোই। য়েংখি-য়েংখিব খুদীংদ মীওইবন অফব ঙাক্ত ওইন উরবদি মীপুম্ খুদীং নুংসিব ঙম্রনি,চান্ন চিন্নন লৈব ঙম্রনি, মতম্ অদূদ তপ্য়াংব পুরক্প ঙম্গনি।

**খোঙ্ কাপ্ ২২:** মশিং থীঙমদব গেলেক্সি কয়ান পুন্শিল্লগ অমত ওইন খঙ্ঙনরিব ঙম্খৈ লৈত্রব তেংবাম্ব অসিদ মীওইবসিংগী লৈফম্ অসী শুপ্পতগী ঐখোয়্গী মালেম্ অশিখত্তনি। কাঙ্লোন্(সাইন্স)ন চাওখৎলক্পগী খম্ থেংলব মতম্ অসীদ খুৎলাই কয়া পুথোক্তুনা অপকণ্ডা(গ্রহ)সিংদ কোয়্না চত্তুনা থিব মতম্দ মীওইবগী লৈফম্ অমত ঙসী ফাওব থিব ফংদ্রিবনি। তাইবঙ্ মীসিংগী অতোপ্প লৈফম্ মালেম্সি নত্তন লৈত্রবনি,মসীগুম্ব নুংসিপ্লব মালেম্সি ঐখোয়্গী। পাক্ চাউপ্লব তাইবঙ্পান্সিদ মালেম্সী মতোম্তনি ঐখোয়্গী লৈফম্, শুপ্পতগী মহাক্ মথন্তনি। মীওইব অমদি থব্রায় পান্ব কাঙ্লূপ্ ১৪.৬০.০০০ রোম্বু য়োক্পী থাক্পীদুনা থম্বিরিব মালেম্ ঈমা ঈবেম্ম নুংসিপ্লব অসিদ ঐখোয়্না শা-ঙাগী লীচৎ চত্তুনা লৌসিং পুম্নমক্ মাঙ্হল্লগ, চাওখৎ থৌরম্ পুম্নমক্ মাঙ্হল্লগ হায়্বদি মালেম্দ লৈরিব মীওইসিং অসী অমগ অমগ নুংসি চান্নন তাথোক্ তাশিন্ তৌমিন্নরগ নুংঙাইনা লৈমিন্নদুনা অফব কয়া মায়োক্লদুনা লৈমিন্নরব মতম্দ ঈং-তপ্পবু লায়্না পুবক্প ঙম্গনি। মীওইব কাংলূপ্প মশাগীত নত্তন অতোপ্প থব্রায় পান্ব কাঙ্লূপ্সিংগী মোংফম্ শেম্গৎলক্লিব অসী ঐখোয়্না রাখল্ খল্লদবগীনি হায়্না নীংই। মসী পুম্নমক্ অসী ঐখোয়্না ঐখোয্গী পুন্সী অসী করিনো খন্দবদগী থোক্পনী হায়্না নীংই। মসীগী রাফম্ অসী ‘ব্লার্ড এন্ভাইরন্মেন্ট দে’ দ ইউ,এন্,ও,ন খন্নখ্রব রাফম্সিংনী। শোকচীল্লক্লব মালেম্, অহীংব কাংলূপ্ অমগ-অমগ লৈনরিব মচাঙ্ কায়্সিল্লক্পসিং অমদি মীওইব কাংলূপ্প তুং কৌইনা হিংব অমসুং লৈরিব মীওইবগী চাওখৎ খোঙ্থাঙ্ অসিশু ঙাক্লুনা থম্নবগীদমক্ লূবব তাঙ্গা অম লাক্লে হায্দুনা ১৯৭২ গী জুন্গী তাং ১৬ ত ষ্টোক্হোল্মদ ইউ, এন্গী কন্ফরেন্স অম পাঙ্থোকখ্রবনি। মাঙ্দনব তাদনব থব্রায় পান্ব খূদীংমক্ মওঙ্ চান হিংজনবগী রাফম্নী। ফত্তব হায়্বসে তৌব য়াদে, থব্রায় পান্বসিং হাৎপ ফত্তবনি, মীনম্ব,কল্লক্প, সেরান্নব রাখল্ খন্ব, মীবু চৈব ফত্তবনি, রাবেম্ ঙাঙ্ব ফত্তবনি, তুক্কৎচগন্ব ফত্তবনি, অরান্ব লাইনীংলোন্দ থাজব ফত্তবনি, অপাম্ মীহৌবনসূ ফত্তবগী হৌরক্ফম্নি। ফত্তে খঙ্ব থবক্তুদী তৌদবন মফরবনি। অফব থবক্ তৌববদি তুংদ নীংঙম্দবগী মৈন চাক্তে! ঈশীং মরীক্-মরীক্ল তত্তন য়ারবদি খরূং থল্লক্ই, মতৌ অদুগুম্ন অপঙ্ব মীন ফত্তব খজিক্-খজিক্ তৌরক্পদগী মশাদো ফত্তব মী ওইরক্ই। হিংদুন লৈরিব মী খুদীংমক্কী ফত্তব তরা (১০) থোক্ল খায়্দোক্ই।

(১) মী হাৎপ (২) হুরান্ব হৈনব (৩) অমোৎপ ফত্তব য়ান্সিন্ব (৪) লৈদ মীনম্ব ঙাঙ্ব (৫) অরান্ব পাম্ব (৬) মিহৌব (৭) তুক্কচ্চব (৮) অর্থাব রা ঙাঙ্ব (৯) অশেংব থবক্ থাদোক্প (১০) পুকূংদ অমোৎপ খন্ব। পুম্নমক্ অসী থাদোক্লব মতম্দ, হায়্বদি অফব রাখল্গী অচুম্ব থৌদৌসিং অদূন মীওইব কাঙ্লূপ্কী য়াইফনব রাখল্ খল্লব মতম্ অদুদ ঐখোয় মীওইব কাঙ্লূপ্ অসী য়ৈখায় থিন্গাইব লৈতন ঈং তপ্পগী লম্বীদ চৎমীন্নব ঙম্গনি।

মপূ মহাক্কী অঙক্প পাউজেল্ খিবিক্পু থাজন মতম্ লৈব খিবিক্ত মহাক্তুগী

মতীক্ ময়ায়্তবু শক্ সোন্দুন ফজগ্রব ৱাহৈ ৱাতাসিংবু লৌৱব, মতম্ চুপ্পদ মীওইব পূম্নমক্কী য়াইফনবত খন্দূন অমগ অমগ নুংসি চান্নন লৈমিন্নব হায়্বদি মীওইব কাঙ্‌লূপ্ পূম্নমক্ মাঙদ তাদনব হোৎনব, হোৎনমিন্নগে হায়্দুন খন্নক্রব মতম্ অদূদ অফব ওইগনি। ঙসীদি থৱায় পান্‌ব কাঙ্‌লূপ্ খূদীংমক্কী সাইদাংফম্ ওইৱিব মশাগী চিঙ্জাক্কীদমক্ অতোপ্প কাঙ্‌লূপ্ অমদ অমাঙ অতা থোক্‌হন্‌জগ্রব মশা মথন্তন করম্ তৌৱগ অফব ওইহন্‌ব ঙম্‌গদগে খন্দূন মালেম্ অসীদ অফব পূখৎলক্নব হোৎনবন খ্বায়্দগী ফবনি।

ঙসী মালেম্ অসী অৱা অনান পীক্ থন্‌গ্লে। ঈমা লৈবাক্ য়াম্ন ৱারে, থক্ থক্ নীক্রে, মমীত্তু পিৱাং শিঙ্ঘরে, ঈমাগী অৱাব য়েংব ঙম্‌দ্রে ৱারে। হো ঈমা ঈবেম্ম ৱাবীৱনু হায়্জরে, ঈংন-তপ্ন নুংসি চান্নন লৈমিন্নৱব মতম্‌দ ঈমা ঈং-তপ্ন পূৱক্কনি ৱারৌবিগনু হায়্‌ন মচাসিংন হায়্জরি। তাবদ তু চুংলব কিবন থক্ থক্ নীক্রব মালেম্ অসিদ তাহৈদব থবক্ কয়ামরূম্ তৌনৱক্রব মফম্ ওইরব মালেম্ অসে ৱারেদ ঈমা লৈবাক্। নূপী খূদীং মিপাইনরে, নূপী খুম্নাইগী কাঙ্‌লূপ্ শেগ্রে। মফম্ খূদীং কোয়্চৎ চৎলে মচাগীদমক্, মিপাইনরে ৱারে মালেম্‌সে। তোক্রসি মীহাৎ মীপূন মদূন ওইৱোহি মালেম্‌গী ঈংব তপ্ন। মীওই খূদীং চাওখৎলক্প, চহী মপূং ফাদ্রীঙে অসিদ হৌৱক্পদ মঙায়্রি, অশীবগী খয়াত্তু কন্ন-কন্ন লংসিন্নরি, মশিন করিগুম্বদ মীওইব কাঙ্‌লূপ্‌কী অফব ওইরোহি। মীওইব মপোক্কী ব্রহ্মান চহী লিশিং তৱা লাইনীং পরৈ চেক্তুন মীওই মপোক্ত পোক্‌চগে হায্‌বদ পোক্‌ঙম্‌দন লৈরিবনি। অসীগুম্রব মমল্ য়াম্রব মীওইবসিং অসীবু খাঙ্‌থক্ত হেক্-হেক্ মাঙ্‌হন্‌ব অসী য়ারগদি তোক্‌পীনব মপূ মহাক্কী মতীক্ ময়াই তত্তন সোন্‌বিব ফৈ।

**খোঙ্‌কাপ্ ২৩ঃ** মপূ মহাক্ক মরী লৈনব মতম্‌দ তৌরিব থবক্তু মনাই অমন তৌবগুম তৌদে, ঐখোয় মীওইবন হে মপূ ঈবূংঙো ননাইন খুকুম্‌জবি, হায়্বসিদ ননাই হায়্বসে মনাই ওইবগী ৱাখল্লোন নত্তে, মপূ মহাক্ক ঐখোয়্‌গী ফনব তৌরিব অসিবু ঐখোয় মীওইবন করম্ন সেরান্নন খন্‌গদৌরিবনো। কবিগুম্‌বদ মপূ মহাক্কী মনাইন মপূ মহাক্‌মক্কী মপূ ওইবসু য়াওই।তাইবঙ্গী মপূ কৃষ্ণ মশামক্ক অর্জ্জুন্‌গী মনাই ওইখি। অর্জ্জুন্ন দোলাইদ ফম্‌ই অদূগ কৃষ্ণন দোলাই থৌঈ। অর্জ্জুন্‌দো দোলাইগী মপূ নত্তে অদূবু স্পিরিচুএল্‌গী ওইব মরীদদি ঐখোয়্‌গী তাইবঙ্'গান্‌গী মবীগী ৱা অসী খক্ খল্লোয়্দবনি। স্পিরিচুএল্ নোলেজ্ পাক্ চাউন সন্দোক্‌প অমদি ইশামক্ নোলেজ্ অসী লৈববদি পূম্নমক্ অফব ওইগনি। মপোক্ কয়া কয়ামুক্তগী অমোৎপ কয়া কয়া লোয়্‌নদুন লাক্রব , তাইবঙ্ অসিদ মীৎ অসীন উব মতম্‌দ অমোৎপ অথীব ফত্তব ঙাক্ত লোয়্‌নদুন লাক্রব মীওই অদূন ঙসী মালেম্‌সী অফব ওইন উগদব নত্তে। থম্মোয়্দ অমোৎপ কয়া খোম্‌জীন্দুন থগ্রব মীশক্তুন মপূ মহাক্কী ৱারী, মতীক্ ময়ায় তাব মতম্‌দ থম্মোয়্দ পুন্সিন্দুন থম্‌খিব ফত্তব খূদীংমক্ চাম্‌থোক্তুন তরু তরুহল্লি। অফব ময়ায়্, অনৌব ময়ায় হাপ্‌চীন্দুন, লৌসিং চমম্‌নব পূম্নমক্ লৈহন্দন লৌসিং হেন্‌গৎহল্লি। মপূ মহাক্কী মনাক্ নক্‌শিল্লব

মতম্দ অঙ্গৈংব অতপ্প ফংব শোয়্দবনি। লৌসিং লৈতব মীওইসিংসি খর-খর চাং হল্লব হেন্গৎপ মওঙ্গী অঙাওব ওইরক্বই।

### *পেন্থোক্প নুংশিদি অঙ্গৈংব ওইব তাবনি*

ঐখোয়্গী অঙ্গৈংব অনৌব মালেম্ হায়্ব পান্দম্ অসী মী পুম্নমক্ক পাম্নরি অমদি নাথৈরি, অদুগ মালেম্গী মফম্ পুম্নমক্ত চাওখৎপ থাক্ অসীদি মইকৈ পুম্নমক্ত মতীক্ চান হেন্গৎলক্লে হায়্বসে মীয়াম্ পুম্নমক্ক খঙলব ৱাকম্নি। অদুবু অঙক্পদি তপ্য়াংবগী হীরম্দদী অসূক্ য়াম্ন চাওখৎলক্লবসিদ নোংম নোংমগী মাঙ্শিন্নক্লি। অদুন লৈবাক্কী অখঙ্ অহৈ পুম্নমক্ক অঙ্গৈংব মালেম্ অসী ফংননব খন্ন নৈনরি। অদুবু হায়্রিব অঙ্গৈংব মালেম্ অসী মতৌ করম্ন ফংগদগে হায়্বসী নিংথিন নৈনব মথৌ তারে। অদুগ মসীগ মরী লৈনন তপ্য়াংব (শান্তি) হায়্ব অসী করম্ব পোৎশক্লো অমদি করম্ন ফংগনি অসীসু অমুক্তং নৈনব তাবনি।

অদুবু ঐগী ৱাখল্লোন ওইন পীজরবদি অহান্বমক্তদ তাইবঙ্ মী ঐখোয়্সে নীংব থুংদব ময়াম্ অম লৈরবদি মশান ঈংব হায়্বসে ওইথোক্তে, মাগী মাগী অপাম্বসিং অদু ফংনবগী লান্থম্দ ঐখোয় মশেল্, কাঙলূপ্ক-কাঙলুপ্ক লৈবাক্ অমগ অমগ য়েংনরকই, খংনরকই, অদুন ঈংব তপ্প ফংদন ঐখোয় অসে মথা সান, ৱাখল্ লৈতাদবসিংগী মরক্ত নুংঙায়্নদব লৈন লৈন মুক্নদুন লেপ্লি। ঐখোয়্দ ঈংব তপ্প লৈতবগী মরম্ ময়াম্ অম লৈ, মদুগী মনুংদ খরদি তাইবঙ্ মী ঐখোয়্গী মী অম ওইবদ, খুম্নাই অম ওইবদ চঙদব য়াদব মচাক্সিং লৈত্রব, খুম্নাই অম ওইন হিংবদ ইজ্জৎ লৈন অমদি খরদং নুংঙাইন লেন্ব ঙম্দবগী ফিভম্দ লৈরক্প অমদি মীওইবসিংগী মপূ মহাক্ক পীরক্প মহৈ মসিং অমদি হৈ সিংব সিং অদু যোক্খৎচবগী খুদোংচাব ফংজদ্রব অসিনচিংব নীংব কায়্বগী থৌদোক্সিং অসিনচিংবসিংনী। অদূন ঐখোয় মীওইবসিং অসে অঙ্গৈংব মালেম্ হায়্রিব মমল্ যাম্থ্নব ফজন্নব পোৎশক্ অসী ময়াম্ মান্নন ফংসি হায়্ববদি ঐখোয়্গী সেন্মীৎলোন্গী ফিভম্ ফগৎহন্নব কন্ন হোৎনব তাই। মথঙদ ঐখোয় ঐখোয়্ন ফংজরিব চাওখৎপগী থাক্ অসীদ ঐখোয় অমগ-অমগ কপ্নক্নদন নিংথীন অমদি মরম্ চান-চান যেন্নব হায়্বদি দিষ্ট্রিব্যুসন সিষ্টেম্ অসী চুম্ন থম্দুন অমদী মীওইব ঐখোয়্সু ঐগী ঙম্জরিব থাক্ত লৈজরিব ফিভম্সিং অসিদ হেক্ য়ারিবমখৈ পেন্থোকপ হায়্ব মতীক্ ময়ায় অসী লৈবিব অদূন অবোয়্বদন তাইবঙ্ মী হায়্ব ঐখোয়্সে ঈচীন্‌ ঈনাও ঙাক্তনি, ফূরূপ্ মশেল্ খায়্দন, কাঙলূপ্ নাইদন য়াম্ন নুংসিনন লৈমিন্নব হায়্বদি য়ুনিভর্সেল্ ব্রদর্হুড হায়্বসি ময়াম্ন কাউবিদব, করিগুম্বদ কাঙলূপ্ মশেল্ লৈবাক্ মশেল্সিংগী মরক্ত খজীক্ খরাক্ অরাৎপ লৈনরক্প মতম্দ মতেঙ্ পাংনব হায়্বদি হ্যমেনিতরিয়ন্ ওইবগী মওঙদ অমগ অমগ মতেঙ্ পাংনদুন লৈব ঙন্নবদি ঐখোয়্গী অঙ্গৈংব মালেম্ অসী ঙসীমক্ ঐখোয়্গী লৈরে হায়্ন লাউথোক্প য়ারে। অঙ্গৈংব মালেম্ অসী ঙসীমক্ লৈরে

হায়ন ঈশান লৌজরে। ঐগী লাউজনীংব খোল্লাউদিঃ-
(১) থবক্ কন্ন শুব (২) মতম্ মাঙ্হন্দব, (৩) পব্লিক্ দিষ্ট্রিব্যুসন্ সিষ্টেম্ চুম্না লৈহন্বব (৪) ঐখোয়্ মশেল্ অমগ অমগ নুংসিনব (৫) ঐখোয়্ মশেল্ অমগ অমগ মতেঙ্ পাংনব

তপ্য়াংব (শান্তি)গীদমক্ত ব্লাখল্ খন্ব অসী ঐখোয়্ খুদীংমক্ক মতম্ লৈব খিবিক্ত খন্ব হৌরগদবনি।তপ্য়াংব (শান্তি) লৈত্রব মালেম্ অঙকপ ফংন মাঙ্খিগনি, মাঙ্ব তারবদি উমংগী লাক্ল ফানব ঙম্দব শা মখৈ চেন্ চোংদুন লৈরগ অউব তাইবঙ্গী থব্লায় পান্ব পূম্ব হান্তোক্লন শেভুন চাব অদূগুম্ব মীওইব শাগী লম্চৎ অদূ ওইরক্প মশান তাবনি।

মীওইবন শাউনরক্লব মতম্দ অচূম্ অরান্ ব্লাখল্ লোইন মাঙ্লক্ই। শাউব হায়্ব অসী মীৎ উইশিন্বগ চপ্ মান্নে, কদায়্দ করি লৈ, কোম্ লৈবরা, তিঙ্খঙ লৈবরা খুদোংথীব করি লৈ হায়্বদো উব ফংদবনিনা অব্লাব অদূ অদুম্ তাই। শাউরগ মীঙোন্দ মাঙ্দে, ঐঙোন্দ অদুম্মক্ অব্লাব তাই। ঈংব তপ্প পাম্ব মীওই খুদীংমক্ হৌগৎলসী, য়াম্ন অকন্ব পাঙ্গল্গ লোয়্নন থবক্ তৌরসি। মফম্ খুদীংদ পাক্ সন্ন ঈংব তপ্প য়েম্বোক্লব হোৎনবন অফব ওইরগনি। থবক্ তৌরিব পূম্নমক্ থবক্ অদূ মপূ মহাক্কী মফম্দ কৎপনী খন্গদবনি। ঈশাগীত খন্ব, মিহৌব কল্লক্প অপাম্বনচিংব থাদোক্লবদি, হায়্বদী কনাগী মাঙ্নব তৌদন, অচূম্ব,মশাবু লাক্শিন্জব, তাইবঙ্পান্ববু নুংসিব, তাইবঙ্পান্গী ওইব অখাঙ্ কন্বগ লোয়্নন থম্মোয়্ চাউন মপূ মহাক্ লৈ হায়্ব অসী খঙ্ব ঙম্নব হোৎনগদবনি। মতম্ অদুদ ঈংব তপ্প হায়্বদো শোয়্দন লাক্কনি।

তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্লবগীদমক্ কনাগুম্ব অমন শাউবদগী হায়্বদি মপূ মহাক্পু কিদবদগী মী অম হান্তোক্লুরবদি মহাক্পু কোক হেক্ হান্তোক্পিবগী মহূত্ত মহাকপু পাউতাক্ পীবিদুন মহাক্কী অপঙ্ব অদু চুম্থোক্পিদুন লৌসিং লাক্লব, ব্লাখল্ খন্ব ঙম্নব তাক্পিদুন অফব মীওই অম ওইননব হোৎনবিব মতম্ অদুদ তপ্য়াংব (শান্তি) লাক্কনি। অশাউব হায়্ব অসিন মীদু মাঙ্হল্লি, শাউরক্লব মতম্দ অচূম্ অরান্ খঙ্লক্তে, শাগী ব্লাখল্ খল্লকই, অসি অফবনি, ফত্তবনি খঙ্ব ঙম্নবগী পাঙ্গল্ অদো মঙোন্দগী মাঙ্খি। অশাউব হায়্ব অসি থাদোক্লুন তপ্থব ঙম্ব মহাক্ অদুতন মশান ফংব তাবনি। ঐখোয়্ন থবক্ পইখৎলগ হায়্বদি থবক্ অম থাক্লুন তৌব হৌরব মতম্দুদ ঐখোয্ন তপ্য়াংব (শান্তি) লায়্ন পুরক্প ঙম্গনি। মসীগী ব্লাখল্ খন্নব,মসীগীদমক্ত হোৎনরব মতম্ অদুদ অমত শায়্রব মপু মহাক্ল তাইবঙ্ মী খুদিংমক্কী থম্মোয্দ চঙ্বীদুন ঈংথব তপ্থব, মসীগী ব্লাখল্ খন্ব হৌহল্লগনি। তপ্য়াংব (শান্তি) লৈরবতদ শিরিচুএল্ পাউতাক্ সন্দোক্প ঙম্মী।

পেম্বোক্প হায়্ব পোৎশক্ অসিনসু ঈং-তপ্প লায়্ন পুরক্প ঙম্গনি। ঐখোয়্ মীওইবশিং অসিন মমল্ য়াম্খ্রব পোৎশক্ অসি ময়াম্ মান্নন ফংমিন্নরসি ঐখোয়্ মশেল্ অমগ অমগ নুংসিনদব, কল্লক্লব, য়েংখিনব লৈনদন নিংখিন

অমদি মতম্ চান ঐখোয়্ খূদীংমক্ অফব থবক্ তৌমিন্নব তাবনি। ঐগী ঙমজব থাক্ত লৈজরিব ফিভম্‌সিং অসিদ হেক্ য়ারিবমখৈ পেম্বোক্‌প হায়্‌ব মতিক্ অসি লৈরব অদুন হায়্‌বদি তাইবঙ্ মী হায়্‌ব ঐখোয়্‌সে ইচিন ইনাও ঙাক্তনি, ফূরূপ্ মশেল্ হায়্‌ব ব্রাখল্ লৈতন,কাঙ্‌লূপ্ নাইদন য়াম্ন নুংশিনন লৈবাক্ মশেল্ খজিক্ ব্রাংলক্‌পদ, নৈনরক্‌পদ মতেঙ্ পাংনব হায়্‌বদি হ্যমেনিটরিয়ন ওইবগী মওঙ্দ নীংথিন তেঙ্‌বাঙ্‌নব অমদী খূৎশম্নব ঙম্নগদি ঐখোয়্‌ন মালেম্‌দ অমদি লৈবাক্ লৈবাক্ খূদীংমক্ত তপ্‌য়াংব (শান্তি) পুরক্‌প ঙম্‌গনি।

ঐখোয়্ তাইবঙ্ মীওইব হায়্‌বদি হৌজিক্কী মতম্‌গী মপান্ নাইদন চাওখৎলক্লব তাইবঙ্‌পান্ অসিদ পোক্লিব মীওই খূদিংমক্ত মতম্ মাঙহন্দন থবক্ শুমিন্নব, অরাং-অপা লৈতনব হোৎনমিন্নব মতম্ অদুদ সুক্‌সোয়্ সোয়্‌দন তপ্‌য়াংব (শান্তির) লাক্কনি।

মালেম্ অসিদ লেঙ্‌লি পাম্লিব খূদীংমক্‌পু শেম্‌বিব মহাক্কী মীৎয়েংন থৌজাল্‌গী মীৎয়েংতমক্ য়েংবিব মতম্ লৈব খিবিক্ত নুংশিবগী মীৎয়েংতমক্ য়েংবিরিব মহাক্ত ঐখোয়্‌দ মতম্ লৈব খিবিক্ত হায়্‌রি-'তাইবঙ্ নখোয়্‌দি ঐগী থাউমৈনি অমসুং ঐগী মঙাল্‌দি তাইবঙ্ নঙোন্দ লৈবনি। মদুগী নহাক্কী নঙাল্ ফংজৌ অমসুং ঐহাক্ নত্তন অতৈ অম খিরূনু, মরম্‌দি ঐন নহাক্‌পু ব্রাত্ত পাদন শেম্‌বিরবনি। নঙোন্দ ঐগী থৌজাল্ মরাঙ্ কায়্‌ন খিক্‌থবিরবনি। মতিক্ ময়ায় চেন্নব খূৎন ঐন নঙ্‌বু শারবনি, নহাক্কী হকচাঙ্দ ঐন ঐগী মঙাল্‌গী মচি ওইব শরুক্ থম্লবনি। নহাক্ত মদুদ পেন্‌জরো, ব্রাহং অম হংদ্রবসু ঐন হায়্‌ব পুন্নমক্ অদুন পেম্বোক্লো চিংনব লৈরগনু। নহাক্তি ঐগী লোইরম্‌নি,ঐগী লোইরম্‌দি অমাঙ্ অতা লৈতবনি, করিদগী মহাক্ত অমাঙ্ অতাদগী কিগনি। নহাক্তি ঐগী মঙাল্‌নি, ঐগী মঙাল্‌দি কৈদৌঙৈদসু মূৎলোই, নহাক্তি ঐগী মীংচৎনি, ঐগী মীংচত্তি সিথব নাইবোই, নহাক্তি ঐগী চরৈনি,ঐগী চরৈদি কৈদৌঙৈদসু মন্থরোই। লায়্‌রবন নহাক্‌পু খূদূম্ চন্নব অরাব ওইসনু মরম্‌দি লন্ থুম্‌গী মপূন মতম্ চান নহাক্‌পূ উনবগনি। তোম্বদ কিরূনু মরম্‌দি ইকায়্ খুম্নবন নঙোন্দ লোংমদি তুংলখিনি। নহাক্কী থম্মোয়্‌দি ঐগী য়ুম্নি, ঐন চঙ্‌লক্লব যূম্‌দু সেংদোক্‌উ, নহাক্কী থরায়্‌দি ঐগী অরোল্ অথুপ্ ফোঙ্‌দোক্লফম্নি, ঐগী শক্তম্ উৎলক্লব তরু-তরু শেংদোক্‌উ। নঙ্‌গী থম্মোয়্ লৈকোন্দ নুংসিবগী লৈরাংসিং নত্তন অতৈ অম থম্লনু। অচূমব চৎপশিংগ তিন্ন তোৎনববু নঙ্‌গী নরল্‌নি, মপূগী মফম্‌দ নোম্লক্তবসিংগ লোয়্‌নব থাদোক্‌উ। শু নোম্‌দব খৎন-চৈনদুন লৈব অমসুং অতৈদগী মহাক্ত হেন্লে খন্‌ব অদুগুম্‌ব মীওইসিং অদূ ওইদনব নশান হোৎনজগদবনি। খৎন চৈনবগী মখাক্ খর থম্মোয়্‌দ পন্দুন থম্‌গনু। অনেম্ব থাক্কী ব্রাখল্ পূন্নমক্ থাদোক্‌প, অরাংব থাক্ত কাখৎপ,অচূম্‌বগী মীৎ পাঙ্‌থোক্‌প অদুতমক্ ওইয়ূ। ফত্তব ব্রাহৈ পূন্নমক্ তারুগনু, নীংথিন তাদ্রিবমখৈ ঙাঙ্‌থোক্লিবসিং অদো অসীংবনি। নঙ্‌গী মরুপ্ অদুগী পেন্‌গদব থবক্ত নঙ্ চৎলু। মহাক্ত শুজ নোম্‌জদুন হিংলিব মপূ মহাক্‌পূ কাউদব মাগী শাগৈ নাতৈ পুম্‌বদু মহাক্ত চাদিং তৌরিব মী অদু মীরক্তগী

অথোইবনি।' অসিগুম্ব বহা'উল্লাগী পাউতাক্ পুম্নমক্ অসিবু হায়্বদি মমল্ য়াম্রব ৱাহৈসিং অসি পূম্ব মপূ মহাক্কী মচা খূদীংমক্ক লৌবিরব মতম্ অদুদ অঈংব মালেম্ হায়্বদো অদুম্মক্ ওইব তাবনি।

অঈংব মালেম্ হায়্রিব ফজগ্রব ৱাহৈ অসি হায়্দুন মফম্ খূদীং লাউরগ ওইগদব নত্তে, ঐখোয়্ মীওই খূদীং ঐ মশক্ খঙ্ব তাবনি। ঐ হায়্ব অসি কনানো কনান থারক্পনো করম্ন হিংগদৌরিবনো, ঐ ফরগ লোইন ফগদৌরিবনি হায়্বদি ঐ খূদীংমক্ ৱাখল্ খন্থনরবদি, ময়াম্দুন মালেম্ শেম্লিবনিনা মশান ঐ ময়াম্দু ফরব মতম্দ মপূ মহাক্কী পাউতাক্কী মতূং ইন্ন ঐ-ঐন থবক্সিংদু চত্থব মতম্দ তপ্‌য়াংব (শান্তি) লাক্পদ লায়্ন থোক্কনি।

অসীগুম্ব পোৎশক্ অসি করম্ব পোৎশক্নো,করম্ন লাক্কনি হায়্বনচিংব মালেম্গী অখঙ্-অহৈসিংন নৈনদুন অদুম্মক্ লাক্রব মমল্ য়াম্রব পোৎশক্ অমনি। হায়্বদ লাম্নিংঙাই লৈত্রব ৱাফম্ অমনি। চাওখৎপগী থাক্ অসি চক্-চক্ খূদীংগী হেন্গৎলক্লি, চাওখৎলক্লিব অদুক্কী মতিক্ তপ্‌য়াংব (শান্তি) মাঙ্শিল্লক্‌ই। মসি মাঙ্খিদনব হোৎনবদ অখঙ্ অহৈ খিবিক্কী ৱারী লাইরিক্ত পাজবদ থেংনজবদি লাইনিংলোন্গ কাঙ্লোন্(সাইন্স)গ খুৎশম্নরগ চৎমিন্নগদবনি। মখোয়্ অনিন নুংসি চান্নন খুৎশম্নন চৎমিন্নরব মতম্ অদুদ তপ্‌য়াংব (শান্তি) অদুম্মক্ মশান লাক্কনি। কাঙ্লোন্(সাইন্স)ন ঙম্দব থবক্ মালেম্দ লৈত্তে, থৱায়্ হাপ্পদি ঙম্দে, মদুসু মপূ মহাক্কী কুম্মৈনি। মদুদি তাইবঙ্ মীন কাঙ্লোন্(সাইন্স)ন ঙম্রোই।

কাঙ্লোন্ন মালেম্সে খূদক্ত তুম্হল্লগ উৎ ওল্হন্ব ঙম্মী, অদুবু লাইনীংলোন্ন খাম্দ্রবদি মশান উৎ অদুম্ ওন্খিব তাবনি। মদু লাইনীংলোন্ হায়্রিবসিন খাম্লি। থৱায়্ পান্ব মালেম্ অদু করি কান্নগনি, মমল্ লৈত্রব পোৎশক্ অদু লৈবগী করি কান্নগনি হায়্দুন লাইনীংলোন্ন খাম্লি। কাঙ্লোন্ন চুম্মী হায়্দুন খন্থরগ লৈ, অসুম্ তৌন কাঙ্লোন্গ লাইনীংলোন্গ নুংসিনদব য়াদে। লাইনীংলোন্ মাঙ্হন্গুম্সি, মপূ মহাক্তি অমতনি মহাক্ক মতম্ মতম্গী লাংওল্ তৌরক্পনি। লাংওল্ অমমম্ন হায়্রিব পাউতাক্সিংদু মতম্ অদুগী কাঙ্লোন্গ খুৎশম্নরগ চৎপ ঙাক্তনি। মরম্ অদুদগী মতম্-মতম্ অদুগ চানবিব অদুনি। চহী লীশিং তরুক্ খূদীংগী মালেম্দ লাংওল্ অমমম্ লাক্‌ই। চহী লীশিং তরুক্ হেক্ শুবগ লাংওল্ অম সিল্লি মরম্দি কাংলোন্গ খুৎশম্নব। হয়ি (সত্য), হয়া (ত্রেতা), হয়ুম্ (দ্বাপুর), লাংব (কলী) অসূম্ন চক্-চক্ (যুগ্-যুগ্) নাইন লাংওল্ অমমম্ ওল্লক্লিব অসিনি। হৌজিক্তি কাঙ্লোন্দি চাওখৎপগী থাক্ ৱাংলে, লাইনীংলোন্ন লাউজব হায়্জব অমত তাবিদ্রে, মরম্দি চাউরব লৈবাক্ কয়ামরুম্গী চাওখৎলক্পগী থাক্ অদুদ চৎনবগীদমক্ত লাইনীংলোন্বু খন্ন থওইবিদন নাক্চেপ্নন থম্নগ থবক্ কয়ামরুম্ চত্থব অসিদগী তপ্‌য়াংববু থওইবিদবনি হায়্ন লৌজরগ নুংঙাইতব ৱাখল্গ লোয়্নন হায়্জরি, মপূ মহাক্পূ নুংসিবিয়ু,মহাক্কী পাউতাক্ লৌবিয়ু, ঐখোয়্ পূম্ব মপূ মহাক্কী মচা ঙাক্তনি হায়্বদি মপূ মহাক্কী পাউতাক্ লৌরব মতম্ অদুদ তপ্‌য়াংব (শান্তি)দি মশান লাক্কদবনি।

ঐন ঙসি অয়ুক্ য়াহৌরক্প মতম্দ ঐন ফত্তন উরবদি পুন্নমক্ ফত্তন উই হায়্বদি হায়্রিব মমাঙ্ অসিদ হৌরিব উ-ব্লা নুমিৎ থোরক্প খূদীং শাউরং মীহৌনন ফত্তন উই। য়েংখি-য়েংখিব মায়্কৈ তরাদ লোয়্ন নুংসিদন উই অমদি ফত্তব ঙাক্তনি খল্লি। মরম্ পুন্নমক্ অসিন ঐ হায়্বসে ফদব য়াদে, ঐ ফরগ খুদিংমক্ ফগদবনি হায়্বদি অফব ঙাক্ত খল্লবদি অফব ঙাক্ত ওইন উই, মরম্ অসিদগী মীওই খূদীং ব্লাখল্ অশেংব খল্লব মতম্দ হায়্বদি অরৈব খর অদুন পেম্বোক্প ঙম্রব মতম্দ তপ্‌য়াংব (শান্তি) হায়্ব মমল্ য়াম্রব পোংশক্ অদু লাইন ফংব ঙম্গনি।

**খোঙ্‌কাপ্ ২৪:** লৈবাক্ অমগী লৈঙাক্লোন্ পায়্রিব মকোক্ ওইব খুদিংমক্ত লৈবাক্ মীয়াম্গী করি অব্লাৎপ করি করম্ তৌরগ চাউখৎপ হায়্বদি তাইবঙ্ মীওই খূদীংমক্ চাদব য়াদে শেত্তব য়াদে, মীওইন লৈবদ পোৎচঙ্ করি চঙ্ই হায়্বনচিংব অব্লাৎ অপা পূন্নমক্ মুন্ন কূপ্ন য়েংসিন্বিদুন লৈবাক্ ঙাক্লব মতম্ অদুদসু তপ্‌য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্গনি। ঈং-চীক্প হায়্বসিদি মীন শেম্গদবনি কনাগুম্ব পোংশক্ অমতন শেম্ব ঙম্রোই।

সাওবনসু তপ্‌য়াংব (শান্তি) পূরক্প ঙম্দে সাউনীংলক্প মতম্দ ঈশীং গ্লাস্ অম থক্চিন্ব ম্বর সাংন-সাংন অহুম্ মরিরক্ চনিং য়ৌন হোম্ববিব মপূ মহাক্পূ ঙাইহাক্ খূরুম্জব মতম্ অদূদ ঈংব-তপ্প ওইরক্কনি, খল্লম্ব অঙাওব ব্লাখল্ পুন্ন মক্ নেম্থখিনি। মীওই খুদিংমক্ত খল্লিব ব্লাখল্ খূদীং নোংমদ শাগী ব্লাগী অমুক্ অমুক্ য়াওরক্ই। অদুগুম্ব ব্লাখল্ অদু লাক্পদ নেম্থহন্ব ঙম্নব তিন্ য়োখব (সেকেন্দ থোৎ) হায়্ব মীওইবগী খল্লব হায়্বদি খল্লদন থবক্ তৌরবদি অব্লাব খুদোংথীব ঙাইহাক্ লৈতন থোক্প হৌনসানি, খল্লব অসি লৈরবদি তাইবঙ্ ঐখোয়্গী অব্লাব খুদোংথীব অমত থোক্লরোই, মতম্ অদুদ ঈং-তপ্প লাক্লগনি ।

তপ্‌য়াংবগী (শান্তি)গী চাউরব ঈথক্ অসি মালেম্গী ওইন মখৌ মশক্ খঙলব থরায় পাম্বসিংবু নুংসিব ঙম্রব অমাঙ্ অতা থোক্তনব মীওইব খুন্নাই মাঙহন্নিংদবদগী তপ্‌য়াংব (শান্তি) পুরক্লব মফম্ মফম্ খূদীংমক্ত হায়্বদি নীংহন্নব লৈত্রব খংন চৈনব পাম্দব হাত্তোক্লব পাম্দব মীওই খরন তপ্‌য়াংব (শান্তি)গী লন্থী অসি মীপুম্ থুংন তপ্‌য়াংব (শান্তি) লাক্লব হোৎনরি। হাত্তোক্লব খংন-চৈনব হায়্ব পোংশক্ অসিন মফম্ মফম্ খূদীংদ নোংম-নোংমগী চাওখৎলক্প হায়্ব পোৎশক্ অসিগ লম্জেল্ তান্নরি, ঐন হেন্‌গে হায়্বগী মওঙ্দ অরেপ্প লৈতন মালেম্গী ওলেম্পিক্ কী মওঙ্দ অথোয়্ অহেন্ তান্নরি হায়্ব অসি চাওখৎলব লৈবাক্ কয়ামরুম্ন খঙনরব ব্লাফম্লি। চাওখৎলক্পগী মতিক্ হাংনব হেন্‌গৎলক্ই। চাওখৎলক্লিব অসি মালেম্দ হায়্নিংঙাই লৈত্রে, মপূ মহাক্কী মচানি হায়্বদ ইকায়্নিংঙাই ওইদ্রে। ঐখোয়্ তাইবঙ্ মীওইবসে মপূ মহাক্কী মিংচৎনি হায়্বদ কনা অমতন নত্তে হায়্ব য়াররোইদবনি, তৌইগুম্বসুং, লাইনীংলোন্ন ঐখোয়্ মীওইব খূদীংগী ব্লাখল্দ চঙ্ব ঙম্দবগী, হায়্বদি লাইনীংলোন্‌গ কাঙ্লোন্‌গ লেংগোন্নদুন চৎমিন্নদবগী ঙসি অব্লাব লাংফম অসি মালেম্দ তারিবনি হায়্বসি মথক্ত পন্‌জখ্রে। লাইনিংলোন্ য়াওদ্রব তাইবঙ্দবু করম্ন তপ্‌য়াংব (শান্তি)

ওইগনি । মীওই খূদীং ব্লাখল্ মান্নদে, খেন্নে হায়্বদি শাজৎ-লমচৎ, চাক্চা-ইথক, ব্লাঙাঙ্-সঙাঙ্ পুম্নমক্ অমত মী অমগ মী অমগ খেন্নদব হায়্ব লৈতে। মচিন্ মনাও ময়াম্ অম পোক্প অদুসু খেন্নে। মালেম্দ লৈরিব খূদীংমক্ অমত মান্নদে, পুম্নমক্ অসি মাম্নদ্রগসু লাইনীংলোন্ হায়্বদি মপূ মাগী হায়্বদি মীওই খূদীং মপূ মাগী পাউতাক্সিং অদু লৌরগ অচূম্ব ,লম্বেল্ অদু চৎমিন্নরব মতম্ অদুদ হায়্বদি মপূ মান পাম্জরিব মচাসিংদ মাঙ্খিনি তাখিনি খন্দুন ঐখোয়্গী অসোয়্ব উরগ মহাক্ল ব্লাজব মতম্ চূপ্পদ"ঐঙোন্দ চঙ্জরক্উ, ঐগী ফজখ্রব পাউতাক্সিং অসি তাও" হায়্দুন মতম্ চূপ্পদ লাউদুন লৈরব ইবূংঙো মহাক্কী নুংসিরব ব্লাহৈ ব্লাতা অদূবু খঙ্জব, তাজব ঙম্রব মতম্ অদুদ মালেম্দ তপ্ন্নাংব (শান্তি) লাক্প ঙম্গনি। ঙসিমক্ মালেম্দ তপ্ন্নাংব (শান্তি) লৈরে হায়্ন লাউথোক্প য়ারে হায়্ন লৌব য়ারে। মসি পুম্নমক্ অসি তৌরব মতম্দ মালেম্দ তপ্ন্নাংব (শান্তি) লৈরে হায়্বদ ইকায়্নিংঙাই লৈতে। তপ্ন্নাংব (শান্তি)তন মালেম্সে অঙৈংব ওইব তাবনি।

হৌজিক্তি মীওই খূদীং পঙ্থরগুম্সি হায়্ন মপূ মহাক্ল তত্তন হায়্রি, লোইশ্লব মাঙ্খ্রব, ঊৎ ওনখ্রব থব্লায় পাল্লম্ব পোৎশক্ অমত্তন অমূক্ পোক্লক্কনি হায়্বসে গৌতম্ বুধদেব্ন হায়্খ্রবনি। হিংহন্সি,লৈহন্সি,মপূ মহাক্কী মতিক্ ময়ায় শক শোলহনসি। ব্লাখল খনব ঙমব, মীগী অফব তৌব,অসিন চাওখৎপ পূরকই। সেক্সপিয়ারগী ড্রামাশিং অসি ঙসী ফাউব সিব নাইদন মীওইব খূন্নাইন নৈনদুন লৈরি, মরম্দি মহাক্কী ড্রামাসিং অসিদ করম্ তনৌন চাওখৎকনি, করম্ তৌন মীওইব খূন্নাইসিং অসি মওঙ্ অমদ ফজন হিংমিন্নব, মওঙ্ তান লৈমিন্নব কয়ামরুম্ মহাক্কী ড্রামাসিং অদুদ য়াওরি। মীওইবগী ফজন মওঙ্ তান হিংমিন্নবদ চঙ্দ্রব য়াদ্রব পোৎচঙ্সিং অদো মরিক্ চুম্ন য়াওই হায়্বসি ময়াম্ন খঙ্নদুন লৈরবনি। কনাগুম্ব অমতন সেক্সপিয়ার্গী ড্রামাশিং অদো য়েংলগুম্সি, পার্গুম্সি হায়্দুন তোক্থোক্প কনা অমত য়াওদে, কনা অমতন তম্বরে / লেথোক্লে পানিংদে হায়্ব লৈতে। মাগী ড্রামাসিং অদুদগী ঐখোয়্ন চাওখৎপ হায়্ব, অফব হায়্ব পোৎশক্সিং হায়্বদি খূন্নাইদ কান্নব পুম্নমক্ ফংব ঙম্মী।

চাওখৎপ হায়্বসে করম্ন লাক্পগে হায়্বদো ঐখোয়্ন খঙ্ব ঙম্নব হোৎনব তাবনি। চাওখৎপ অসিদ চঙ্লিব পোৎচঙ্সিং অসি লাক্লব মতম্দ মীওইব খূন্নাই নীংথিব মওঙ্দ হিংলব মতম্দ তপ্ন্নাংব হায়্ব পোৎশক্তো অদুম্মক্ লায়্ন লাক্প তাবনি। তাইবঙ্পান্ অসিদ অওন্বসু লৈতব য়াদে, অওন্ব য়াওদ্রবসু হায়্বদি মীওইব খূন্নাইদ চৎনব য়াদ্রব চৎন লোনচৎ ঙাক্ত ঙায়্রবসু অওন্ব অম পূরক্তব য়াদে। অওন্ব খূন্নাই অম পূরক্প মতম্দ হায়্বদি চৎনদ্রব লোন্চৎ শাজৎ, থৌদৌ মতম্ অদুগী খূন্নাই অদুগ সুক্চা চানদব হিংবদ মওঙ্ তাদব মতম্ অদুদ ঈং-চীক্প ওইররোয়্দবনিনা অহোংব অম পূরক্লবদি মীওই খূন্নাই অদু হিংবদ ব্লায়োং চাদন হিংব তারবদি কয়াদ খুদোংথিনিঙাই মশক্লো? মদুগী তাক্কক্ অদু য়ৌরক্লব মতম্দ অওন্ব অসি নম্দুন পূরক্তব য়াদে। অওন্ব অদু মপূং ফারব মতম্দ মীওইব খূন্নাই

খর অল্লাবগী মশক্ ওইগনি, মতম্ খর চঙ্গন ল্লারব মতূংদ থবক্ অদুন অফব ওইরব মতম্দ মালেম্দ তপ্ন্নাংব (শান্তি) অদো অদুম্মক্ লাক্কনি।

মালেম্দ তপ্ন্নাংবগী মতাঙ্গদ মীওই খুন্নাই খুদিং ল্লানরব মতাঙ্গনি। ঐ খূদীংমক্ ল্লাখল্ খন্থনরব হায়্বদি মপূ মহাক্কী ন্নাথং লৌরব মতাঙ্গ অদুদ ঈংথবগী ল্লাখল্ লাক্পা ন্নান্ন থুগনি হান্নন নীংই।

উঙাম্ ন্নান্ন পুখোক্প, পোখোক্ ন্নান্ন থোক্হন্ব, ন্নুম্ কৈ মল্লাঙ্গ কান্নন ফজন শাব অল্লাৎপ লৈতব অদূবূ চাওখৎলক্পনি হান্নন খন্নব ন্নারবরা হান্নন খন্নব মতম্ অদুনসু খুন্নাইদ চাওখৎপ ওইরে হান্নন খন্ব ঙমদে মরম্দি মীওই খূদীং ল্লাখল্ অরুব খন্ব ঙম্ব, থল্লায় পাম্বশিংবু নুংশিব, অফব, ইশাবু ইকায় খুম্নজব হায়্ব অসি ন্নাওদ্রব মীওইসিংদি চাউরব ঈশীংগী ইপাক্ত মাক্সূল ন্নাওদন তাউদূন লৈব, মফম্ খঙদন ঈপাক্ত তাউথখিব তাবনি। ঈশাবু ইকায়খূম্নজব হায়্বদি হক্চাঙ্গী ওইব পুন্সি অসিদ লূন নান্ন থম্মোয় শেংন, অফব অচূম্ব ল্লাখল্ খন্দুন ঈশাগী লৌসিংতন মতম্ পূন্নমক্ত লৈব, ঈশা-ঈশা অসি ইকায়্খুম্নব ঙাক্ল হিংব, ঈশাবু ঈশান মশক্ খঙজব, ঐ মশক্ খঙব ঙম্রব, ঐ অসি কনান থারক্পনো হায়্ব খঙলব মতম্ অদুদ হায়্বদি মীওই খূদীং ঈশান ঈশাবু মশক্ খঙজরব মতম্ অদুদ তপ্ন্নাংব (শান্তি) লাক্কনি।

মীওইবগী মপোক্ অসি মমল্ ন্নাম্ল্লব মপোক্নি। মপূ মহাক্ল শেম্বিরক্প থল্লায় পাম্ব পূন্নমক্তগী মীওইব হায়্ব অসিন থল্লায় পাম্ব পূন্নমক্কী মকোক্নি হায়্ন তাইবঙ্গপান্সিদ খঙনরিবনি। ঈশামক্ অসি ঈশাগী চৎনবী অমগী মখাদ থম্গদবনি, মী খুদিংমক মশান ল্লায়েঙ্গব, মশান ঙাক্চ শেঙ্গব মীওই ওইগদবনি। মসিদগী হেন্নদ মীওইবন কদায়্দ কারুগদগে। পুন্সি অসি অদুক্ শাখিব মথোঙ্গ মরম্ খঙদব পোৎশক্ অম নত্তে হায়্ব অসি খঙলব মতম্ অদূদ অফব খূদীং ওইরক্কনি হায়্বসি ময়ান্ন খঙনরব ল্লাফন্নি। অদুবু কনানবু অচূম্ব অসি ইম্বগে? মী পুন্নমক্ মায় পাক্লিব অসি অচূম্ব মশক্তি খঙলব, অচূম্ব অদূদ নপ্পুন লৈতে, পুন্সি হায়্বসি লান্ফন্নি, অমুক্ল মায়্কৈ অমরোম্দ, অমুক্ল মায়্কৈ অতোপ্প অমরোম্দ ঐখোয়্বু কোয়্চীং চিংবিব মুক্লদুনত লৈব পাঙ্গল্ কয়া লৈ। অসিগুম্ব মতম্দ অচুম্বরোম্দ করিগুম্ব মতম্ অমদন অচুম্বদগী ন্নান্ন লাপ্ল পুরি। তাইবঙ্গ পাম্বদ পোক্প মী পুন্নমক্ মনীং তম্বনি। হোয় মায় হায়্জব ঙম্ব ঙাক্তনি। মহাক্ল লেপ্খিব ল্লাকম্ অদূদ লেঙ্গদন লৈব ঙম্ব ঙাক্তনি। অপাম্ব অমগীদমক্ ঐখোয় মীওইবন নোম্বনি, অদুবু করিগীদমক্ পাম্দুন ন্নৌগে চৎন্সিব অল্লাঙ্গব লাইবক্ ফবদু তান্ব চৎলিব লম্বী থাদোক্ত ন চৎলিবনো? লম্বী অচূম্বদগী হাইদোক্খিদুন পন্থুংফম্ ন্নৌদন মাঙ্গজব ঙাইহাক্তনি। লাম্বরা চুম্লবরা হায়্ব অসি তত্তন য়েংগদবনি, লম্বীবু লান্দ্রব ন্নারিবমখৈ চৎপিগদবনি, চৎপিব কৈ। অসি পুন্নমক্ চথব ঙম্রব মীওই খূদীং মতম্ অদূদ হায়্বদি অচূম্ব লৈরিবমখৈ তপ্ন্নাংব লাক্কনি হায়্জবনি।

অমম্ব চৎনবীন মী মাঙ্গহল্লি। অমম্ব চৎনবীবু থায়্নঙৈদগী চৎনরক্লবনি হায়্দুন লাক্পদ পৎলব হৈনবী শীজীন্নমন্দুন, কেন্নব ময়ান ন্নান্সিম্ব অসিগী মরম্দ

থরায় লুপ্তুন লৈরব মীওইসিং অদু মাঙলবনি, তপ্য়াংব (শান্তি) লাক্নরোই।
নহারোল্ কয়াগী পুন্সিদ তম্নলাই চঙবগুম্ নহা ওইরিঙৈদ তণ্ডা,কবুই কৈওইব গী রারী কয়াগী শেম্জিঙাব রাখল্ন সাব লাই হিংচাবগী মমি, অহীং অথেঙবদ লম্জাউ অচিক্পদ অঙাঙ্গী মরীদ মমি তাবগুম্ অঙাঙ ওইরিঙৈদ ঈমা ঈপাদগী, কৈরোয়্-লৈকায়্দগী তথ্বায়্ অমত্ত ওয়্ন সেংদন তারক্প শেরাম্নন খঙলুব রাফম্ কয়ান লম্জীংব নহারোল্ কয়া য়াওদব নত্তে। অমম্দ থাজদুন মতম্ পুম্নমক্ত লৈরগস্ চাওখৎপ থাক্ত কাখৎপ ঙম্রোই। মতম্ অদুদ ঐখোয়্ অসি লৈখা তারক্প শোয়্দ্রবনি, লৈখা তাব হায়্ব পোৎশক্ অসি লাক্নগদি মীওইব খুন্নাই অদু সোম্নন মওঙ চাদন হিংব তারগদি কৈদৌঙৈদ চাওখৎপ ওইরোই, চাওখৎপ লৈত্রব খুন্নাই অদু শান্তি লৈব ওইথোক্তবনি।
বর্নাডসোন মপান হায়্নব রাফম্ অমত্ত লান্ন চৎলম্দে। অচুম্ব চৎনবীতন ঐখোয়্বু লম্জীংবিগনি। লম্চৎকী প্রিন্সিপল্ অচুম্ববু হায়্ন লেপ্কনি। অচুম্বতবু পুক্নীং সেংনা, থৌনা ফন অকা অপুন্ লৈতন ইন্গদবনি। তাইবঙ্পান্ অসিদ হিংহৌগদব অসিদি শুপ্নগী চৎনবীখক্নি। চৎনবী পুম্নমক্ হোংই। লৈবাক্ মীয়াম্ন লেপ্খিব রাফম্ কয়া চৎনদ্রবনি। মহৌশাদগী চৎনরক্নব রাফম্ কয়া কাউথোক্নখ্রবনি। মীওই কয়া অসিবগী খয়াত্ত তাম্নবনি। গ্রীক্ রোম্গী ফুরা দলাল্ কয়ামরুম্ মিরাং থুদুন লৈরবনি। নোংমদ অকম্ব লীশীং লীশীং য়াম্নহল্লগ কুস্মে তৌরম্ব রোম্গী গ্রেদিয়েটর কনান নীংশীংবিরি। প্রিন্সিপল্ অমগী মরুম্দ থুপ্তুন লৈব মীওইতন ঙসি ফাওব হিংদুন লৈরি।
ঐখোয়্ মীওইব অসি অচুম্ব খিব ঙাক্তনি, অচুম্ব অম হেক্ ফংবদ অচুম্ব অদু পুন্সিগী ওইরগদবনি। মদুতন পুন্সি অসি লম্জীংবিগদবনি। অচুম্বগ চৎনবী হৈনবীগ য়ানদব মতাঙ থোক্নবস্ করিস্ থওইরোইদবনি। মরম্দি অচুম্ব অমসুং প্রিন্সিপল্ - অরেপ্প চৎনবীগ মান্নন চাউব তাইবঙ্পান্দ লৈত্রে, সিখিব পুম্নমক্ ফুম্জিম্ব অহীংব পুম্নমক্ য়োক্খৎপ হায়্বসি মপূ মহাক্নী রাফম্নি। মপূ মহাক্নী রাফম্ খুদীং কাউদ্রব মতম্ অদুদ তপ্য়াংব (শান্তি) লাক্প থুগনি।
অচুম্ববু অরাম্ব ওইন লৌরব, অরাম্ববু অচুম্ব ওইন লৌরব,মীনম্রব, মঙাল্বু মশাগী মীনম্বন নম্শিন্দুন থম্নগ মঙাল্ পীবীয়্ হায়্ন নিরব মীদো মীনম্ব ওইরবনি। মীনম্বগীদমক্ নোংম-নোংমগী ওইন অশিবদ চঙশিন্নগ অমর-অমর হায়্ন নিরবদি পঙজম্নব মীওইনি।
ঐগী রাখল্ ঐগী ওইগদবনি, মীগী রাখল্ ঐন খম্বীব হৌনদে, য়ুম্লোম্নব কয়া লাম্ব য়াই গোভর্মেন্টস্ কয়ারক্ লাম্নি। অরেপ্প প্রিন্সিপল্গী লৌসিং তান্সিম্ব কৈ, শাকোঙ শীজীন্নগদবনি, ঐগী রাখল্ খম্ব তম্গদবনি, ঐগী পুন্সিদি ঐন শেম্জগদবনি, ঐ ময়াম্ অমন খুন্নাই অসি শেম্নিবনি। খুন্নাই অম ফগৎপ হায়্বসে মালেম্গী ওইন ফগৎলগদবনি। মালেম্গী ওইন ফরগদব মতম্ অদুদ মালেম্সি তপ্য়াংব (শান্তি) ওইগনি হায়্বসে মশান তাম্নব কক্প য়াদ্রব রাফম্নি।

**খোঙকাপ ২৫:** মীওইবগী পুন্সি অসি মওঙ্ তান হিংব হায়বসে তঙাই ফত্রবনি, নোংম নোংমগী ফত্তব থবক্ কয়ান মপূম্ ফাক্রগ লৈখা তাব হায়বসে শোয়দ্রবনি। লৈখা তাম্লবদি মী অদো অদুম্মক্ মাঙ্লবনি। অদুগুম্ব মীওইসিংগী খুম্নাইদো পূম্ন লৈখা তামিন্নবব হায়বদো শোয়দ্রব রাকম্মি। চাওখৎপগী থাক্ত কানীংদ্রব মীওই কয়াদো করম্ম মালেম্দ মহৈ য়াম্ব শুম্গনি,মহৈ য়াম্ব শুম্দ্রব কয়ামরুম্ পূনশিন্নগ মালেম্ অম ওইশ্লবদি মালেম্ অদো অমাঙ্ব তারবনি। ওইদব কয়ান তূংশিন্নগ মীওইবগী পুন্সি শাখিব তারবদি অদুম্ মাঙ্ব তাবনি। অপঙ্ব মীওই কয়ামরুম্ কয়া অসি মতম্ পুম্নমক্ত হায়বদি খোঙ্থাঙ্ খূদীংগী অন্নাব নংই। খোঙ্থাঙ্ খূদীংগী অন্নাব নংলিব মীশক্তো রাখল্ খম্ব শুম্দব মীশক্ অমনি হায়বদ থোইন লান্গনি নীংদে। মতম্ লৈব খিবিক্ত মীওইব ঐখোয়সে রাখল্ খম্ব তম্গদবনি, তম্বদ হৈতেব য়াওদে, মতম্ খর চঙ্লবসু রাখল্ অসি তপ্ন খম্বব অদ্রব মতম্ অদুদ রাখল্ খম্বরক্তুন তপ্ন তপ্ন অফব ওইরক্কনি। অফব ওইরক্রবদি পুম্নমক্ চাওখৎলে, চাওখৎ থৌরাঙ্ কয়া তৌরক্প অদুদ লৌসিং লাক্প শোয়দ্রবনি। খূদীংমক্ রাখল্ খম্বনরক্রবদি তপ্য়াংব (শান্তি) অদুম্মক্ লাক্প য়ারগনি।

মীওইবসে মমল্ য়াম্থ্রব থরায় পাম্বনি হায়বসে মীপূম্ খূদীংমক্ত খঙ্নরবনি। মীওই খূদীং চাম্ন চিন্নন মতম পূম্বদ নূংসি চামন লৈমিন্নব পাম্মী। হাত্তোক্ খোত্তোক্লব হায়বসে কাম্নদে, শিরবদি অমুক্ হম্ন পোক্ই হায়বদো অমম্বগী রাহৈনি। মীবু মীন হাৎপ সুক্য়া য়াদে, হাৎলবসু রায়েল্গী মতূং ইন্ন চৎনবী চৈরাক্ত হাৎকদবনি। হাত্তোক্প খক্তন মরাল্ লৈবসিংগী মতিক্ চারব চৈরাক্তি হায়বসু লৈতে। মফম্ মরাঙ্ খঙ্দন খূৎলায় থাদুন পঙ্হাৎ হাৎপদি পূন্সিবু মশক্ খঙ্দবত নত্তন অপঙ্ব থৌদৌনি।

ঐ অসি চেক্শিন্গদবনি,ঐ হায়ব অসি ঐগী ঈপোৎনি। পুম্নমক্কী মথক্ত মীওইব অম ওইন তম্শিন্জবদ লৌসিং তান্শিন্জবদ ওইন তম্গদবন অদুক্কী মতিক্ লৌসিং তান্সিন্নগ তান্গদব,খঙ্গদব, তম্গদব, রাৎপদ হেন্গৎলগ লৌসিং লৈরবনি, শীংনবনি হায়ব নুমিত্ত ঈশাগী পঙ্জব লোইরবনি খঙ্জগদবনি। এডিসন্ন হায় - কনাগুম্ব অমন মপুন্সি চূপ্ন হীরম্ অমদ কূপ্ন নৈনরবদ হীরম্ অদুগী লম্দ লৌসিং ফংলবনি। লৌসিং অসি হেন্গৎনব নোংম-নোংমগী হোৎনব তাবনি। ঐখোয় মীওইবন কৈদৌঙেদসু অহল্ ওইরে খন্নোইদবনি। ঐ অহল্ ওইরে খম্বসি লঙ্জবনি। চাওখৎ থৌরম্ কয়া তৌখিনি কক্গদবনি। মালেম্দ ফাওপ্লব নিউটন্ন থবক্ অনৌ অনৌবদ তৌই, মহাক্তি মীন চৎপ্লব লম্বী কৈদৌঙেদ চত্তে, মীন শুম্নদব অনৌ অনৌব থবক্ পুথোক্লব হোৎনব অদুন শুসি ঐখোয় তাইবঙ্ মীওইবন নুংঙাইন অন্নাব য়াওদন মহাক্কী মপাম্ন লৈরিব অসিনি। মহাক্তি মতম্ চুপ্নদ খন্দুন হায়বদি করিগুম্ব অম খন্দুন পোত্থাব লৈতন অদুম্মক্ লৈব মীশক্ অমনি। মহাক্কী পূক্নিং অসি তোঙাম্ন মহাক্কী ওইজব পূক্নীং অম ওইরম্মী। মহাক্কী তোঙাম্ব লম্বী অম শেত্রম্মী, মদুদ চৎখিবন তাইবঙ্পান্গী অসুক্ চাউব কাম্নম্বব পোশক্ পুথোক্রম্ব শুম্বনি। পূক্নীংগী মতীক্ ময়াম্ লৈবন বর্নাড সো হায়রিব

অফাওব অসিসু তাইবঙ্গপান্‌গী পূক্নীং চিংশিন্‌লম্বনি। ময়াম্ন খন্নব ব্রাখল্‌গী মতাঙ্গদ য়ৌরক্‌পদ মহাক্না লেপ্তে হেন্ন খঙ্গি, মনুং হন্জিন্ন খঙ্গি। খন্নব ঙম্‌বগী পাঙ্গল্‌ অসি মীওই খূদীংমক্না লৈব অমদি খন্ন ঙম্‌দ্রবসু খন্ন তন্ন, তন্নদ হৈরোইদব লৈতে, মরম্‌ অদুন খন্ন তন্রব মতম্‌ অদুদ অফব লোইন ওইরক্‌প মশান তাবনি। মতিক্‌ ময়াম্‌ লৈরব, অফব ব্রাখল্‌ খন্ন ঙন্রব মতম্‌ অদূদ মালেম্‌দ তপ্‌য়াংব (শান্তি)দি মশান অদুম্মক্‌ ওইরগদবনি।

মপূ মহাক্না তাইবঙ্গ অসিদ মহাক্‌মক্ন মান্নন তাইবঙ্গ মী শেম্বি, মহাক্নী হক্‌চাঙ্গ মচেৎ য়াওরগ শেম্বনি। মপূ মহাক্না শেম্ব লোইরগ হায়্রম্মী - নখোয়্‌ মহৈ য়াম্ব ওইরো অদুগ মশীং য়াম্‌খৎচরো, অদুগ মালেম্‌ অসি থন্ন লৈজরো অদুগ মালেম্‌ অসি ঙম্‌জব ওইজরো, লাইজনুংগী লেম্‌লে ঙাগী মথক্ত অমসুং নোংমদোল্‌গী উচেক্‌ পূম্নমক্নী মথক্ত অমসুং মালেম্‌দ কোয়্‌ন চৎলিব থব্রায়্‌ পাম্বসিংগী মথক্ত ঙম্ন পান্‌জরো' অসুম্ন বহিবল্‌ন হায়্‌। মীতৈ পুয়াদ হায়্‌ তাইবঙ্গপান্‌গী মপূন - 'তাইবঙ্গ শেম্রে, নুমিৎ থা থব্রান্‌মিচাক্‌ সনামহি, পাখঙ্গব মালেম্‌ পুথোক্রে। মালেম্‌ অসি নুমিৎকুম্ন মৈ চাক্তুন লৈরম্মী। এটমোসফিয়র্‌ শেম্রক্‌পদগী ঈংথখিদুন ঈশীং ঙাক্ত ঙাইখি। ঈশীং অদু নুংসান য়েবদ ইসং অমসুং ইনাং থোক্‌ই, থাবল্‌ন অমুক্‌ য়েবদ ইসং অমসুং ইনাংদু হেক্‌-হেক্‌ কায়্‌। মদূন সনামহীন লৈসেম্মী, পাখঙ্গবন থুগাই, মমৈদ ঈশীংদ লৈব থব্রায়্‌ পাম্ব কয়া সেম্রে। মমৈদ ইশং অমসুং ইনাংদগী লৈবাক্‌ সেম্রে। ঈশীংদ লৈব নক্তন কংফাল্‌দ লৈব থব্রায়্‌ পাম্ব কয়াসু সেম্রে-নাপী শীংনা, উ-ব্রা পূম্নমক্‌ অসি মপূ ওইন পাননব হায়্‌ন লাইনিংথৌন সেম্রক্‌পনি। মপূ মহাক্না অসুক্‌ নুংসিন তাইবঙ্গ মীওইব অসি সেম্রক্রব মপূ মহাক্না থৌনা পূম্নমক্‌ পীথোক্রব পূম্নমক্নী মকোক্‌ ওইরব মীওইব ঐখোয়্‌সে কয়াদ পাঙ্গল্‌ শোন্‌থ্রবনো খম্ননবদ ইরিবী ইশামক্‌ নুংশিব থম্মোয়্‌ কায়্‌ব হায়্‌ব পোৎশক্‌ অদু খঙ্গহৌদন লাক্‌ই - মদুদি বোম্‌ নোংমৈ মরুদগী য়েক্তুম্‌ মুক্ত চাউব মিসি মচেৎ অমন থোপ্‌ত হাইহিজিন্‌খিবদ, ঈশীংদ মিনট মঙাদং লূপ্‌শিম্বদ, প্রোসেক্‌ এসিদ্‌ দ্রোপ্‌ অমতং মরৈদ থাদবদ থব্রায়্‌ অসি খঙ্গলেপ্‌ লেম্নি। অসুক্‌ পাঙ্গদব ঐখোয়্‌ন ঙসি মালেম্‌ অসিদ লৈরক্তুন মচা মশু মথঙ্গ মথঙ্গ শন্দোরক্তুন মালেম্‌ অসিদ লৈরি। ঐখোয়্‌ মীওইবসে শওঙ্গ শাদাসু কয়াদ নীংখিজন থব্রায়্‌ পাম্ব অতৈদগী হেন্ন মওঙ্গ তান সেম্বীরম্রিবনো, খোঙ্গ অনিন লেপ্ন ঙম্ব অসিন থব্রায়্‌ পাম্ব অতৈদগী ঐখোয়্‌ন লাক্‌চব ঙম্মী। খূদোম্বী ফাওবন খপ্ন কৈ নোংশা শামু ফাওব হাংপ ঙম্মী। থোপ্‌ ফাওব সেম্বিরক্তুন ব্রাখল্‌ খন্ন ঙম্মী। লৈ অসিন ওক্তুন ব্রাহৈ ব্রাতা ফজ-ফজব ঙাঙ্গব ঙম্মী। মপূ মাগী মতীক্‌-ময়াম্‌ন মীওইবন ঙম্‌দব লৈতে। অধ্যাত্মিক্কি গুন্ন কৈগ হামেঙ্গগ সান্নহন্ব ঙম্মী। নোংশাগ য়াউগ লৈমিন্নহন্ব ঙম্মী। অসূম্ন তাইবঙ্গপান্‌ অসি মাঙ্গহনব সেম্‌গৎপ ঙম্‌জরুরো ননীং তৌন পান্‌জরুরো হায়্‌দুন মক্‌পূ মান ঙসী তাইবঙ্গমী অসী থারক্‌লবনি অদুবু লম্বী চুম্ন চৎপ ঙম্‌দব কয়া অমসু য়াওদব নন্তে। ঐখোয়্‌ মীওই খূদীংমক্‌ন মপূ মাগী য়াথং মতূং ইন্ন মান পান্ন থবক্‌ খূদীং তৌবিদুন হায়্‌বদি মপূ মাগী বাওদাতানি তাইবঙ্গ ঐখোয়্‌।

ঐখোয়্ন ফত্তবদি মপূ মাগী মীংচৎ মাঙ্গদৌরিবনি। মপূ মহাক্কী মীংচৎ ফজহন্গে হায়্রবদি, হায়্বদি ঐন করিগুম্ব ফত্তব থবক্ অম তৌরুব মতম্দ কনাগী মচানো হংনরক্পদ ঈমা ঈপা পুথোরক্পদ ঈমা অমদি ঈপাগী অফব মচৎ অদু ঐন খুদক্ত মাঙ্হম্ব অদূগুম্ন ঐখোয়্ খিবিক্ অসী মপূ মহাক্ত সেম্বীরে, মহাক্কী মচা ময়াম্ অসী শেম্রগ মালেম্দ থাদোক্লে, অফব থবক্ তৌরুচো মীংচৎ থম্রম্মু, হায়্বদি নঙ্গী অফব থবক্ তৌরম্বসিং অদু তুংদ লাক্কদৌরিব মীওইসিং অদুন নঙ্গী নতৌ তম্হল্লু হায়্দুন থারক্পনিদো। ঐখোয়্ খূদীংমক্ মপূ মহাক্কী মীংচৎনি, মহাক্কী মীংচৎ মাঙ্হম্ব হায়্বসে ঐখোয়্দ অরাব অদুম্ লাক্কনি। তাইবঙ্পান্ অসিদ মপূ মহাক্ত হায়্ব অদু অদু ইন্সি, মতম্ অদুদ অমগ অমগ নুংসি চান্নন লৈমিন্নব,অমন ব্রাৎলে, করি ব্রাৎলিবনো খন্নব লৈবাক্ অমগ লৈবাক্ অমগ অরাৎ অপা য়েংথোক্ য়েংশিন্ তৌনরব মতম্ অদুদ মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) মশান অদুম্মক্ ওইরে হায়্ন লাউথোক্প য়ারগনি হায়্ন নীংই।

**খোঙ্ কাপ্ ২৬ঃ** মীওইবগী সাংখ্রব পুন্সিগী অমসুং ফুরুপশিংগী চৎকদব লমশাঙ্দ থেৎলিব 'লেপ্খো', 'য়েংখো', 'মুন্ন তাখো' হায়্ব পুন্সিগী সাইন্বোর্ড মুন্ন যেংদবদগী অরাব তাব নত্ত্রা? অসুম্ তৌরবদি নীংব কায়্ন অমদি কপ্পুন লেম্ব তাবনি, থবায়্ ফাওব মাঙ্ব তাবনি। অসিগুম্ব মীওই কয়ান পুন্সিদ লম্মুক্করব, মীওইবগী পুন্সি অসি মাইল্ লীশীং অম শাংব খোঙ্চৎনি, অদুবু অরাম্ব অচুম্ব খোক্কাপ্ নত্তুগ খোঙ্থাঙ্ অমন হৌগনি, মরক্ মরক্ত ঐন খঙ্ঙুব খোঙ্থাঙ্ অদুবু চুম্রিবরা হায়্ন য়েংগদবনি, ঐন লেপ্কদৌরিব পুন্সি অদু ওইরিবরা তোয়্ন তোয়্ন ইতোমত হংজগদবনি। পুন্সিব হায়্বগী ব্রাহ্মোক্তি পুন্সি অদুদ তৌগদৌরিব থবক্সিং অদু মওঙ্ তান মপূ মহাক্কী মায়্কৈদ যেংলগ মপূগী পাউতাক্সিং অদু ইম্দুন মতম্ সাংন লৈব মতম্ অদুদ ঈংন তপ্ন মালেম্দ লৈব ঙম্গনি।

মীওই খূদীংমক্ মান মান তৌব থবক্ অদুন হেম্বনি খন্নবি। খল্লীব অদুসু চুম্দবদি নত্তে। সিনেমা য়াওবীন খল্লী, 'মালেম্ অসিদ লৈরিব মীওই খুন্নাই ঐখোয়্গী আর্টর্স্ ময়াম্ অসিন মখোয়্ খূদীংমক্ নুংঙাইহল্লি, ঙাইহাক্ পোখাবদ অরাব কাউথোক্তুন এন্টর্টেন্মেন্ট প্রোগ্রাম্ ফংদুন পুন্সি অদু মিনট খর সাংদোক্ই, তেন্খ্রব মীওইবগী পুন্সি অসিদ অরাবন কোক্থোঙ্ নাদুন লৈব মরম্ন অরাব খূদীংমক্ ঙাইহাক্ কাউথোক্প ঙম্বগী থৌনা লৈ।' মসিগী ব্রাখল্দ অর্টিষ্টসিংন চাউথোক্চরি মরম্দি ঐখোয়্ন নত্তুবদি মালেম্ অসি মওঙ্ অমদ য়াম্ন শোম্বন মোত্তই সুদাইনন লৈব মালেম্ অম ওইন লৈরম্গদবনি হায়্বসে মখোয়্গী অশেঙ্ব কক্প য়াদ্রব ব্রাফম্নি। করিগুম্ব খেন্নরবসু, কেস্ তৌনরবসূ মখোয়্ন ঙম্খিব তাবনি, মখোয়্বু থাগত্তব ঙম্দে। মখোয়্গী আর্ট এক্টিং ফজব অদু মহৌশাদগী হৌন চৎনরক্লবনি, মালেম্ অসিন মূৎত্রিফাওব লৈহৌরগদবনি। ওজা ওইব মীওইবন হায়্রি, 'ঐখোয়্ন তম্বীরগ নখোয়্ খূদীং লৌসিং লৈরক্তুন মফম্ খূদীংমক্ত মীকোক্

থোংব ওইরিবনি।' ওজান মালেম্দ খাইদগী চাউই,নখোয়্‌ন তৌরিব অদু অরেম্বনি খন্নী, মদুসু অচুম্বনি কক্‌প য়াদ্রব ৱাহৈনি। ওজান তম্বীদ্রবদি ঙসী মালেম্‌সি ওইব য়াগদ্রা? অসুম্ন লোয়্‌শঙ্‌খুদীংমক্ লিংদব য়াদ্রবনিন লোয়্‌শঙ্‌ কয়ামরুম্ন মথক্ত হায়্‌খিব অসুম্ন খুদীংমক্ত হায়্‌দব নত্তে, য়ুম্‌ পাম্বদসু নূপা নূপী খুদীংন ঐ য়াওদ্রবদি নঙ্‌ হিংব ঙম্লোই হায়্‌ন অমন অমন হায়্‌নরি, চৈনরি, খৎনরি। মদু পুম্নমক্ অরাম্ব অমত্ত য়াওদে, অম হেক্ ফেল্ ওইবদ পুম্নমক্ ফেল্ ওইগদৌরিবনি। মালেম্দ লৈরিব মীওই খুদীংমক্ অসি মান মান নীংব মান মান খম্ব ৱাখল্‌গী মতুং ইন্ন থবক্ চথরি, চথরিব খুদীংমক্ অম হেক্ ৱাৎপদ মীওই খুদীং হিংবদ চঙ্‌গদব পোৎচঙ্‌সিং অসি ৱাৎপদগী মপুং ফাদব খুন্নাই অম ওইরক্কদৌরিবনি। হৌজিক্তি শান্ন-খোৎনব (স্পোর্ট-ৱার্ল্দ)গী মতম্ন্রি, লৈবাক্ খুদীংমক্কী মফম্দ ঐখোয়্ কংলৈপাক্ হায়্‌ব লৈবাক্ অম লৈ, মসি ভারত্‌কী ষ্টেট্ অমনি ,হায়্‌ন লায়্‌ন তাক্‌প ঙম্মী হায়্‌বদি কংলৈাক্ (মনিপুর্) হায়্‌ব লম্ অসী ৱাং চাউরব লৈবাক্ কয়ামরুম্ন মশক্ খঙ্‌বিদন লৈব অদো শান্নবন ইরায়্ লায়্‌ন তাক্‌প ঙম্মী। শান্নরোয়্ নূপা /নূপী (স্পোর্ট্‌স্‌মেন্ /ৱুমেন) খুদীংমক্ত স্পোর্টস্‌ন ঐখোয়্‌গী মালেম্ অসি চাউখৎপ থাক্ত পুরক্লিবনি হায়্‌ন লৌই, অসুম্ন নুংসিখ্রব শক্লাইরব মীওই খুদীংন ঙসি মালেম্দ চাউখৎপগী খোঙ্‌জঙ্‌সিং চঙ্‌শিম্বীদুন থৌদোক্ খুদীং হায্‌বদি মীওই খুন্নাইদ হেক্ হায়্‌রক্‌পদ ফংব পোৎশক্ ঙাক্ত ফংব ঙম্রবনিন কয়াদ নুংঙাইব,কয়াদ হরাওজব হায়্‌বদো উব ফংলে। খুদীংমক্ পুম্নগ মীওইবগী অফব পুরক্লবনিনা অমন অমবু ইম্বোক্‌প য়াদ্রে, হন্দোক্‌প য়াদব মমল্ য়াম্খ্রব পোৎশক্‌সিং অসী অমত্ত ওইন পূন্‌শিন্নদুন নুংসি চান্নন অমগ-অমগ তানদুন হে হায়্‌ব য়াওদন পুন্ন ঈংন-চীক্ত অৱাৎ-অপা তানদুন লৈমিন্নব হায়্‌বদি লৈবাক্ অমগ লৈবাক্ অমগ য়েংনদুন করম্ তৌসিগে হায়্‌ন খন্ন-নৈনদুন হিংমিন্নব তারবদি মালেম্‌সি ঈংন-চক্ত অদুম্মক লৈব তাবনি। মালেম্দ তপ্‌য়াংব (শান্তি) লাক্‌পন মীওই খুন্নাইগী অমাঙ্‌ব তুংওইনরগ অতোংব ঙাক্তন থন্নব মালেম্ ওইরগনি হায়্‌ন নীংই। মীওইবদি তাইবঙ্‌ মপূগী মীংচৎ অমদি ফিজোন্নিন মীওইবন ফত্তব তৌগে খল্লুব লৈতে অদুগ তৌসু তৌরুব লৈতে। অপায়্‌ব লাংফম্ (এক্সিডেন্ট) হায়্‌বসে কনাদসু তাক্লমদবনিন মীওইবগী নোংমগী খোঙ্‌চৎত ফৎত্তব কয়ামরুম্ থোক্তব নত্তে। মীওইবন অফব লম্বেল্দ চৎনীংই মীপুম্ খুদীংমক্ন থাগৎ ৱাহৈ কয়ামরুম্ তৌরক্‌পদো পাম্মী তশেংন হায়্‌রবদ মীপুম্ খুদীং ফত্তব অমত্ত পাম্দে হায়্‌বসে মপূ মাগী য়াথংদগী খঙ্‌ব ঙম্মী তৌইগুম্বসুং অৱাবদি ফত্তবগ অফবগ নক্লন লৈ, ফজবগ অথীবগ মালেম্দ লৈবগুম্ন ফত্তব অফব নক্লন লৈব মরম্ন নোংমগী খোঙ্‌চত্ত শীৎলিব লৈরিব এট্‌মোস্‌ফিয়ার্ অদুগী মায়্‌কৈ হায়্‌বদি মীওই ৱাখল্ চমম্লব অম হেক্ সেকেন্দ ১গী মনুংদ লাক্‌প মতম্দ ফত্তব অদুদ খঙ্‌হৌদন খোঙ্‌ চুম্ন থাঙ্‌লম্ব অদু খোঙ্‌কাপ্ নাম্বোক্‌খিদুন ফত্তবদ থাংজিল্লুই মতম্ অদুদ ঈংন-চীক্ত লৈব ঙমদুন তপ্‌য়াংব (শান্তি) থোরক্কই। মরম্ অদুন মক্ত ওইবগী খোঙ্‌কাপ্ অসী হৈন তুংদ-মাঙ্‌দ নাক্ত-য়েত্ত করি পোৎশক্

লৈব নেৎহৈদব নেৎলুরবদি, ঙাঙ্হৈদব ব্লাহৈ ঙাঙ্থোক্খিব তৌহৈদব থবক্ কয়ামরুম্ তৌথোক্খিব মতম্ অদূদ মপূ মহাক্তি য়াম্ল ব্লান মচাসিংন তৌরিবদো য়েংলগ মমীত্ত মপী তরং-তরং চেহ্নদুন লৈরিবদো ঐখোয়দি লঙ্জব মীওইনিনা পূক্নীংদ খব্ব ঙম্লোইদো।

ঐখোয় মীওইবন লাইনীংব হায়্ব অসে করিনো ঐখোয় মীওইব হায়্ব অসে ঐগী পূক্নীং অসি ফাজিব্ব হায়্বনি হায়্ব অসী মীয়াম্ল খঙ্নরব ব্লাফম্লি। পূক্নীং অসিদি কয়াদ থুম্লব হৌজিক্ মীৎকূপ্ অমদ য়ৌনিংব মফম্ খূদীং থুংন চৎপ ঙম্মী, থুম্লব য়াঙ্খ্লব পূক্নীং অসি লাক্শিন্দূন থব্ব ঙব্ব তম্গদবনী। ঐখোয়গী হক্চাঙ্ অসী ঊঙাম্ অমনি, ব্লাখল্ন থৌরিবনি, চৎহন্নীংব মফম্ থুংন চৎহব্ব, পূম্নমক্ লেঙ্ ওত্তুন তৌনীংব কয়া তৌদুন অফ-ফত্ত পূম্নমক্ মহাক্ল ঊঙাম্ অসি থৌরিবনি । থৌরিব মীশক্তো ব্লাখল্ য়াওদব য়াদে, অমরোম্দ হায়্রগ ঐখোয় লৈবাক্ অসি দিমোক্রেসি চৎপ লৈবাক্নী ।

**খোঙ্কাপ্ ২৭:** হৌজিক্ মালেম্সে মওঙ্ অম তৌরে মীওই খুন্নাই অসে য়াম্ল নারে। অপূন্ব অম,অপূন্ব চহী নৌরিঙৈ, নহা ওইরিঙৈ, চহি ৪০, মতম্ অসিদ অনাবগী হিদাক্ য়েন্থোক্পিব হায়্বসে মরুওইবনী মীওইব খুন্নাই অসি য়াম্ল ব্লারে। মীওইব হায়্বসি খোনিনী মীওইবন মহাক্নী মশাদগী হী-য়াই পুথোক্প ঙম্মী মীপূম্ খূদীংমক্ ।

হৌজিক্ মীওই খুন্নাই অসি য়াম্ল ব্লারে, হৌজিক্ অনাবসিং অসী হিদাক্ থাদ্রবদি য়াররোইদব মতাঙ্ লাক্লে হায়্বদি লাইনীং-লীক্লম্ (ধর্ম্ম) হায়্ব অদূ লৈরক্তব অমগ অমগ নুংসিনদন হাত্তোক্লব মতাঙ্ অদূ য়ৌরক্লবনিন মপূগী মতীক্ ময়ায় চঙ্দ্রবদি য়ারক্তব মতাঙ্ থোক্লে। মীওইব হায়্ব মপূ মান শেম্বীরক্লিবসিং অসী মমল্ য়াম্ম্লব পোৎনি মনি থোক্উ থোক্প ঙম্লিব তাঙ্খ্লব খোনি অমনি, করম্ব খোনিনো হায়্বদ মপাল্ নাইদন পোথোক্ লৈব মপূ মাগী মচা অশেঙ্বনি, মপাল্ নাইদ্রব মনি মুক্তা থোক্প হায়্বদি মীওইবন ঙম্দব লৈতে। হৌজিক্ ব্লারিব মীওই খুন্নাই অসি লাইনিংলোন্ হায়্ব অদু লৈরব মতম্দ অব্লাব পূম্নমক কোক্প তাবনি। ঐখোয়্ন মপূ মাগী য়াথং অসি চহী নৌরিঙৈদগী হৌন চহি ৪০ ফাওবগী মনূংদ অচূব্ব অসী থিগদবনি। চহী নৌরিঙৈদ লাইনীং পরম্ (ধর্ম্ম শাস্ত্র) নৈনরবদি মালেম্ অসিদ ঈংব তপ্প অমগ অমগ চান্নন চিন্নন লৈমিন্নব হায়্বদি নহা ওইরিঙৈ মতম্দ থৌদোক্ খূদীং ঙম্মী হিরম্ খূদীং পায়্খৎপ লায়্ন থোক্ই।

অঙাঙ্ ওইরিঙৈ মতম্দ অহল্ লমন্সিং হায়্বদি মমা মপাসিংন তাক্পী তম্বীব হায়্বদি ওজা হায়্বসে মীপূম খূদীং ওইগদবনি, মমাসু মচাগী চাউরব ওজানি। মমান নুংতিগী ওইন তাক্প পাউতাক্সিং মচান লৌব মশান তাবনি। মীপূম্ খূদীং ওজা ওইগদবনি, ওজা অম ওইন লৈব হায়্বদি খঙ্ব লৌসিং লৈব হায়্বনি। লৌসিং লৈব খূদীংমক্ল অঙাঙ্ হৌগৎলক্লিব, চাউখৎলক্লিব করিসু খঙ্জদ্রিব হায়্বদি পোক্লক্প মতম্দ খঙ্লক্প অসি শুপ্নতগী (১) তাগনি (২)

মখোল্ হায়্রিব পোৎশক্ অসীতমক্ খঙ্লগ মমাগী পিবুক্কুংদগী থোরক্পনি। পোক্লব মতূং চাউখৎলক্লব মতূংদ ঐখোয়্ন অঙাঙ্ অদূ রাখল্ লৌসিং চঙ্খোন্নব হায়্বদি মালেম্গী ওইব চাউখৎ থৌরম্ অমদি মীওই খুন্নাইগী ওইব থৌদোক্সিং, মী অম ওইবদ চঙদ্রব য়াদ্রব করম্ব মওংদ মীওইবন হিংবগী মওং পূম্নমক্ ওজা অম হায়্বদি মচে ওইব য়াই, মবূং ওইব য়াই, মমা মপা ওইব খূদীংমক্ক অঙাঙ্ খূদীংমক্ত তাক্পী, তাক্পীব হায়্বসি ঐখোয়্গী তৌদ্রব য়াদ্রব ঈথৌদাংনি হায়্ন খন্গদবনি। অঙাঙ্ খূদীংমক্ মালেম্ অসীগী চাউখৎ থৌরম্ খূদীংদ শরুক্ য়ারগদব ঙাক্তনি, মখোয়্ অরেম্বদ লৌসিং লৈহন্দন পঙ্থম্ থম্বিব হায়্বসে ঐখোয়্ মমা মপা ওইবগী লঙ্জবনি, লঙ্জব হায়্বদি অঙাঙ্ অদূন বেদ শাস্ত্র খঙ্দন লৈব তারবদি ফত্তব থবক্ কয়া তৌরক্প তারবদি কয়াদ অরাব ওইগনি, ঐখোয়্ মমা মপা ওইব খূদীংমক্ক অঙাঙ্ খূদীংমক্পু থবক্ থৌরম্ খূদীংমক্ত তাক্পী তম্বীব য়াম্ন তঙাযফদে। অঙাঙ্ অম থোরক্প অমদি মহাক্কী ঙাঙ্থোক্ শক্তোক্রক্প মহাক্কী হৌন লোন্চৎ, ফিজেৎ চাক্চা পূম্নমক্ অদুদগী মহাক্কী ঈমূং অদুগী হৌন লোন্চৎ, লম্চৎ থৌগল্লোন্ অসিনচিংব কয়ামরুম্ মীকূপ্ খরগী মনূংদ লোইন খঙ্ব ঙম্মী। অঙাঙ্ অসী য়াম্ন লূই, মহাক্পু ফজন ওজা অম ওইন ঐখোয়্ন তাক্পী তম্বীব হায়্বদি নোং ঙাল্লক্পদগী নুমিৎ তাব তুম্রম্দাইফাওব করম্ন তুম্থগনি, মপূ মাগী মতিক্ ময়ায়্বু শোল্লগ তুম্থব ফাওব পুঙ ২৪ অসিদ তৌগদব পুম্নমক্ ওজা অম ওইন অহল্ লমন্সিংন তাক্পিব মতম্দ মীওইব (অঙাঙ্) খূদীং অফব ওইরক্প মশান তাবনি। অঙাঙ্ খূদীং খুন্নাই অমগী য়ুম্বীনি নূপা নূপী খূদীংমক্ চপ্ মান্নন ফরব মতম্ হায়্বদি খুন্নাই অসিদ নূপা নূপী অনীমক্ক চপ্ মান্নব মওঙ্দ খুন্নাই অমগী যূম্বীরেল্ অথোইব ওইন মালেম্গী চাওখৎ থৌরম্ অদুদ খোঙ্দামিন্নদুন চপ্ মান্নব মওঙ্দ খূৎশম্নন চৎমিন্নরব মতম্ অদুদ মালেম্গী তপয়াংব (শান্তি) লাক্পদ লায়্ন থোক্কনি হায়্বদ হায়্মন্ব থোক্লোইদ্রা হায়্ন নীংই।

মালেম্গী তপ্য়াংব (শান্তি) হায়্দুন মতম্, মফম্ পূম্নমক্ত লাউদুন লৈবন ওইব য়ারোই। অঙাঙ্দি মালেম্গী ওইন সেকেন্দ অমগী মনূংদ অঙাঙ্ ২-২ পোক্ই হায়্ব অসে মালেম্গী অখঙ্-অহৈসিংন খঙ্নদুন মহৈ-মসিং তম্বগী মতাঙ্দ অঙাঙ্সিংদ তাক্পিশ্লব ঱াফম্নি। মীশীংদি নোংম নোংমগী হেন্গৎলক্লিবনিনা ঱াখল্ লৌসিং ফজন হাপ্পীদুন লৌসিং লৈহন্ব হায়্বসে তঙায়্ ফদ্রবনি। অসি গুম্ব তৌদ্রব য়াদ্রব থবক্সিং অসি পায়্খত্তুন মীওই মপোক্ অসি করম্ তৌন ঈংন-চিক্ক লৈব ঙম্গদগে হায়্ব খন্দুন ওজা খূদীংমক্ক পীক্লিব অঙাঙ্সিংবু নুংসিবিদুন অফব লম্বীদ লম্জীংবিদুন অফব মীওই খূদীং ওইনব হোৎনবিব, মতম্ অদুদ নুংঙাইব ঈংন-তপ্ন পাম্ব হায়্বসে শোয়্ফদ্রব ঱াফম্নি। নায়্তোম্ তাব ফহম্ব হায়্বসি লাইনীংলোন্নি। মতোম্ত ময়াম্গ তিন্ননিংদবগী ঱াখল্ খন্দূন য়াম্ন ঱ান লেম্ব পুন্সিদো লাইনীংলোন্ন হায়্বদি মপূ মহাক্কী পাউতাক্ ময়াম্ অদুন মহাক্কী থম্মোয়্ অদূ খুন্নাইবু নুংসিব অফব তৌনিংব, মীওই খূদীং

অমত্তনি হায়্ন চপ্ মান্নব মওঙ্দ খন্ব ঙম্বগী থৌনা অদু লৈরক্প ঙম্মী। তপ্‌য়াংব (শাস্তি) হায়্ব অসি মপান্দ লাউবন ওইব য়াদে, নুংগী ওইব থবক্‌শিংদুন ঈং-তপ্ন ওইগদবনি। ব্লাখল্ অসি ব্লাংন খল্লব মতূংদ আর্টস থোরক্ই, ঈংন-চীক্ল ইতোম্‌ত ব্লাখল্ অসি খন্ব ঙম্রব মতম্‌দ ব্লাখল্ কয়ামরুম্ থোরক্কুন অফব, মালেম্‌দ কান্নব কয়ামরুম্ থোরক্ই। মালেম্‌দ ফাওখ্রব ব্লাংউরোই (ফিলোসোফর্)সিংদি মতোম্‌ত ঈংন লৈরগ ব্লাখল্ খন্ব পাম্মী, মতম্ অদুদ অফব থবক্ তৌব ঙম্মী। অমেরিকাগী লৈশাবী অম কা অমদ মথস্ত লৈদুন টি:বি থুংদুন শিখি। মহাক্ল সিখ্রব মতূংদ কা অদু থোঙ্ হাংদোক্কুন য়েংলুব মতম্‌দ চে মচেৎ ময়াম্ অম চাইথোক্কুন লৈরম্বসিং অদু পুম্সিল্লগ লাইরিক্ অম ফোঙ্‌খি। মদুদগী মহাক্ সিরব মতূংদ মমীং চৎখি। ইতোম্‌ত লৈরগ খন্ব অসি অফাওব ওইগল্লি, য়া - য়া লাঙ্‌ব অসি অফাওব ব্লাংউরোই (ফিলোসোফর্)সিংন পাম্‌দে।

হিয়ারি হায়্ব মোদর্ন মেন্ / মতম্‌গী মহাক্ অসি মহাক্ মশক্ খঙ্‌জদ্রে,মহাক্‌সে মশা য়াম্ন ফৈ, মীওই অসে মশাগী অশোয়্‌ব খঙ্‌দে, মীগীদি অশোয়্‌ব খঙ্‌দে। মোদর্ন মেন্‌সিং অসী মশাগী মথৌসিং খঙ্‌দে, মহাক্কী মতূং ইন্নরুব মীসিংদো কয়া অৱাব তাই। মখোয়্‌দি অৱাঙ্‌ব য়াম্ন তিন্নব পাম্মী। মী অমন মহাক্কী লৈমিন্নব, য়ুদ্রোন্নবসিং অসিগী মপূক খঙগে হায়রবদিকরম্ন খঙগনি, মদুদি ঐ অসে করিনো, করম্ব থবক তৌরি করম তৌগনি, ঐহাক মশক খঙলব মতূংদ হায়বদি খঙলব মতূংদ ব্লাখলসিং অদু চাউথোরকই। ঐখোয়ন সেল য়াম্ন পায়রব মতমদ অহিংদ তুম্ব য়াদদুন মিথাই খুশীদ শিগনি। লাইরিক অফব পাবদ পুকচেল য়াম্ন চাউথোবক্কনি। পেম্বোকপ হৈতব মীদি নুংঙাইন লৈতে। পেম্বোকপ হাযব অসি কদায়দগী লাকপগে হায়্ন খঙব ঙমগে হায়রবদি অফব লাইরিক পাব অসিন মীওইবগী থম্মোয অসি নূংথঙ্‌ন য়ৈরগ য়োৎ শেম্বগুম লাইরিক্ল মীওইব শেম্মী।

মীওইব অসি সিগদবনি, সিব মতমদ করিগুম্ব অমত পূরোই, সিব হায়্‌ব অসি শোয়্‌ফদ্রবনি,সিবন ঐখোয়্‌গী পম্ফুংনি, সিনি খঙ্‌ন থবক্ খূদীং তৌগদবনি। হৌজিক্কী মতম্‌গী মীসিংন অসিগুম্ব ব্লাখল্ অসি খন্ব ঙম্‌দে। অফাওব ব্লাংউরোইসিংন হায়্‌বি মীয়াম্ তিন্নব লাঙ্‌মীন্নব মতম্‌দ নীংব থুংনরক্তব মতম্‌দ অমন অমবু হাত্তোক্লব অসী লাক্ই। মখোয়্ন মতোম্‌ত লৈরগ ব্লাখল্ খন্ব পাম্মী। লাইরিক ইব হায়্‌বদি মহাক্ল খন্ব মতম্‌দ ফংলক্‌পসিংদো লাইরিক্ ওইন ইথোরক্ই, ইথোরক্লিব মমল্ য়াম্‌গব পাউতাক্‌সিংদো পারব মতম্‌দ ঈংব তপ্ন মীওই খূদীং নুংসিব,মালেম্ অসি করিনো, মীওইব অসি করম্ব পোৎশক্লো হায়্ব খঙ্‌ব ঙম্রক্কুন মালেম্‌দ তপ্‌য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্‌গনি। মালেম্ অসীদ হৌজিক্কী মতম্‌সিদ ময়াম্ তিন্নব পূম্ব পাম্ব মীওই ঙাক্তে ওইন তৌরিব অসী পূম্ন লাঙ্‌মীন্নব,অমন হায়্‌ব অমন তাব ঙম্নদব খূদীংমক্ লাঙ্‌ব পাম্‌জব অসী হৌজিক্কী মতম্‌গীনি। হৌজিক্কী মতম্‌গী মীওইসিংন পাম্নরিব চাওখৎপগী থাক্ অদু লম্ য়ৌবিনি। লম্ য়ৌন চাওখৎপ পাম্বনিনা অৱাঙ্‌ব থাক্ অদূ ঙম্নব লাম্ব হোৎনবদ অৱাব খুদোংথিব

মশীং লাক্‌ঙম্‌দন নংব, নীংঙম্‌দব নুংঙাইতব লৈতব, অন্নাব লৈতব অন্নাঙ্ব অদূত খন্দুন লৈব, মদূন তপ্‌ন্নাংব (শান্তি)গী লম্বী লাপ্‌থোক্‌হৌব তশেংবনি। অনৌব মালেম্ (মোদর্ন ৱার্ল্ড) অসিদ খূদোংথীব থোরক্তুনবগী মরম্‌দ ঈংন তপ্ন অফ অফব লাইরিক্ কয়ামরুম্ পাবিব অমদি অফব ৱাখল্ খন্ব ঙম্‌বগী মচাক্‌সিংদো মীওই খূদীংমক্ত লৈব তারগদি লান্ অসী কৈদৌঙেদ লৈরোই। লান্ হায়্‌বদি অমগ অমগ নুংসিনদব হাত্তোক্লব অদূবুনি।

মালেম্‌গী লান্ অসী তৌদ্রব য়াদ্রব ৱাফম্ অমনি। লান্নসু তপ্‌ন্নাংব (শান্তি) পুরক্‌প লায়্‌ন থোক্‌ই। তপয়াংব (শান্তি) লৈত্রব লৈবাক্‌সিংদো লান্ অমুক্তং তৌথোক্লব মতূংদ তপ্‌ন্নাংব (শান্তি) লাক্‌ই হায়্‌বসি ময়াম্ন খঙ্‌নরব ৱাফম্নি। লান্‌গী মতূংদ তপ্‌ন্নাংব (শান্তি) লাক্লবসু মীওইব কয়াগী পুন্সিদি মশীং লাক্‌ঙম্‌দন অশিবগী খয়াত্ত তাব অদু মালেম্‌গী অমাঙ্‌বনি।

লাংওন্ লাংতাই হায়্‌ব মতম্ অদূ হৌজিক্ অসিনি । মতম্ অসিদ অমন হায়্‌ব অমন তানদব,মান মান নীংব অদুন অচূম্বনি খন্নরব মতম্, মান মান ঙম্নব অয়ৌব থাক্ত হোৎনরক্লব মতম্,ঐন নীংলিব অসী চৎনহন্‌গদবনি হায়্‌ব কাঙবূ অম,ঐন তৌরিব অসীন চৎত্রবদি ওইররোই হায়্‌ব অম, অচূম্বদি অনীমক্ত তান্নরিব পন্থূং অদূ অফব ঙাক্তুনি, অফব অনী অদূ পূম্ন থম্ব যাদবনিন, অমসু চৎনবীদো থম্নীংব, অমনসু অদূগুম্ব চৎনবীদো চৎহন্নীংব মতম্ অসীদ হায়্‌বদি, লাংওন্ লাংতাই মতম্ অসীদ চয়েৎনব, চরাঙ্‌নব কয়ামরুম্ থোক্কদবনি, থোক্লিব অসি ঐখোয়্ মীওইব কাঙ্‌লূপ্‌কী অরাব হায়্‌নীংঙাই লৈতন খূদোংথীনিংঙাই ওইব তানফম্নি, তপ্ন-তপ্ন অসুম্ ওম্লক্লব মতম্‌দুগ অমদি চরাঙ্‌নব পূম্ন অসুম্ ওম্লক্লব মতম্ অদুদ মালেম্‌দ তপ্‌ন্নাংব (শান্তি) ওইরক্‌প হায়্‌বদি নুংনাংদব নুংঙাইব খিবিক্ল অরাৎ অপা লৈরক্তব হায়্‌বদি মীওইব খুন্নাইগী মতম্‌গ চানব মওঙ্‌সিং অদূন ঈংন চীক্ল লৈবদ মতেঙ্ ওইব য়াই, হায়্‌বদি অপেন্ব হায়্‌ব পোৎশক্ অদূ ওইরব মতম্, অমগ অমগ তাথোক্ তাশিন্ য়ানরব মতম্ অদূদ মীওইবগী তপ্‌ন্নাংব (শান্তি) ওইব তাবনি।

লম্ মুন্নব সনা লূপা মুন্নব হায়্‌বদি, অসী ফাওবদি ঐগীনি, মসী ফাওবন নঙ্‌গী ওইগদবনি হায়্‌ন অদুম্ মুন্নদুন পেন্দদুন মতম্ অদু য়েৎনদুন পুন্সি অসী লৈব তারবদি তপ্‌ন্নাংব (শান্তি) হায়্‌বদো কৈদৌঙেদ লাক্‌প ঙম্রোই। পেন্দব হায়্‌বসি লৈরিব মীশক্ অদূন পুন্সিদ ঈংন চীক্ল লৈব য়ারোই। তেন্‌খ্রব মীওই পুন্সিদ য়াম্ন পীক্ল হায়্‌বদি ৱাখল পীক্‌শীন্ন লৈব ঐগী ঐগীত অসুম্ খন্দূন,পাক চাউন খন্দোক্‌প ঙম্‌দ্রব,পিশক্ পীক্‌শীন্ন মীওইব খুন্নাই অসি পূন্ন হিংমিন্নব, পূন্ন চৎমীন্নব, পূন্ন থবক্ পায়্‌খৎমিন্নব, পূন্ন চাওখৎ থৌরাঙ্ পায়্‌খৎমিন্নব হায়্‌ব অসীন ঐখোয়্ মীওই খুন্নাইদ হায়্‌বদি মীওইবসে নায়্‌তোম্ তান থবক্ তৌব অসীন করিগুম্বদসু অফব ওইদে, মরম্‌দী অপূন্ব হায়্‌ব অসীন মালেম্‌দ তপ্‌ন্নাংব (শান্তি) পুরক্‌পদ লায়্‌ন থোক্কনি হায়্‌ব অসে অশেঙ্‌ব ৱাখল্‌নী।

কনাগুম্ব মীওই অমন লূপা ক্রোর্ অম পায়্ হায়্‌দূনসু মহাক্ল করম্ন, করম্ন

ব্লাখলদ চৎকদৌরিবনো? ময়াম্ তিম্নব ক্লব্ অমদী এসোসিয়েসন্ অপূম্ব অমন চাওখৎ থৌরম্ অমদ পূম অপূম্ব থৌরম্ অমগী চৎমীম্নব মতম্ মফম্ অদু ইরায় লায়ন য়ৌব হায়বদি মালেম্গী মফম্ খূদীং চৎপ ফংদুন অমগী মওঙ্ মতৌ. উরুব খঙলুব পূম্নমক্ অসীন ঐখোয়্দ ব্লাখল্ লৌসিং হেন্‌গৎপ, তাইবঙপান্ অসী করিনো, করম্ব পোৎশক্লো, মীওই খূদীংমক্ মপূ মহাক্ল শেম্বীব ওাক্তনি. ঐখোয় অসীন মপূ মহাক্কী মচা ঙাক্তনি হায়ব অসী খঙব ঙম্রকপ অমদি ঐখোয় মীওইব অসী নূংসি চান্নন লৈমিন্নগদবনি, অমগী মতেঙ্ অমন পাংনগদবনি খম্ব ঙম্বগী পাঙ্গল্ লৈরব, হায়রিব ব্লাখল্ অসী পূম্নমক্ খঙলব মতূংদ মপূ মহাক্পু হায়নিংঙাই লৈতন নুংসিব পোক্রক্ই। মহাক্কী মপাল্ নাইড্রব থৌজাল্, মহাক্কী ঙাক্পী হৈব, মহাক্কী ফজব মতীক্ ময়ায়, মহাক্ল চক্ চক্ খূদীংগী লাংওন্ তৌরিদুন মীওই খুম্নাইগী অমদি তাইবঙপান্‌গী থম্লায় পাম্বসিংগী নুংঙাই য়াইফনবগীদমক্ মতম্ পূম্বদ থৌজাল্‌গী মীৎযেঙ্ য়েংবিরিব মপূ, অমত্ত ঙায়রব মহাক্পু হায়ফম্ খঙদন নুংসিরক্তুন থম্মোয় অসী ঈথোং থোৎলক্তুন তাইবঙপান্ পূম্বগী ফনব বাখল্ খঙহৌদন লাক্তুন মীওইবসিংগী থৌগল্ তৌরগে হায়ন খম্ব হৌরক্তুন মপূ মহাক্কী পাউতাক্সিং অদুম্নু থম্মোয়দ চেৎন থম্ব ঙম্খি। অহান্বদ ঐন হায়খিব নায়তোম্ তাব হায়ব অদো থাদোক্প, খুম্নাইগ তিম্নব তম্ব তাবনি। মীওই থৌগল্ তৌব হায়বসীদি মীওই খূদীং নুংসিরক্পনি। মালেম্দ ফাওখিব সিবানন্দন হায়খি, ' নুংসিববু থৌগল ওইনা পাঙথোক্পদি থৌগল্‌নি'। মীওই থৌগল্ তৌব হায়ব অসী পাম্রক্প খরীংন ওইনব মতম্ অদূদ মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) ওইরক্প শোয়্‌ফড্রব ব্লাফম্।

মপূ মহাক্কী মবম্দ ঐখোয়্‌ন মহাক্ অসী করম্ব পোৎশক্লো করম্ তৌই, করম্ লৈরি, করম্ব মওঙনো হায়ন লৈবগী মখুত্ত মপূ মহাক্কী খূৎশেম্ অসী মপূন ফাহন্‌গদবনি। মপূ মহাক্কী খূৎশেম্‌সিং অসীন ঙসী ঐখোয়্‌ন মপূ মহাক্ন চাউথোক্‌নিংঙাই ওইরব তাইবঙপান্ অসীদ শেম্রিব খূৎশেম্‌সিং অসী লায়্‌ন তৈ ফংই। মহাক্ল ঙসী চাউরব তাইবঙপান্ অসী শেম্রি, ঐখোয়্‌ন উরি, মীওইব অমাদি থম্লায় পাম্ব পোৎশক্‌শিংন চঙগদব পোৎচঙ্ পূম্নমক্ অসী তাইবঙপান্ অসীদ লোয়ন ফঙব ঙম্মী। তাইবঙপান্ হায়বদি মপূ মহাক্পু হায়বনি। মপূ মহাক্ল শেম্রিব খূৎশেম্‌সিং অসী ঐখোয়্‌ন ইকায়্‌খুম্নগদবনি। ঐখোয়্‌ন খূৎশেম্ন ইকায়্‌খুম্নড্রবদি, মীওইব ঐখোয়্‌ন মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) পুরক্প ঙম্রোই। তপ্য়াংব (শান্তি)গী লম্বীদ চঙশিন্নব নোংম নোংমগী ব্লাখল্ খম্ব তাবনি। ঈশা অসী ঈশান ঙম্নব লাক্নগদবনি, চিংনবগী লাঙতক্লবন ঈশাবু ঙম্হল্লোইদবনি। হায়রিব ব্লাফম্ অসী রবিন্দ্রনাথ্ থাকুরন হায়খিবনি। ঐখোয় মীওইবন লাংতক্লদুন ঈশাসে থাজদদুন মতম্ লৈব খিবিক্ত লৈব তারবদি করম্ন অফব থবক্‌সিং কয়ামরুম্ তৌব ঙম্‌গদৌরিবনো। মীওই খুম্নাইগী কাম্নগদব হিরম্‌সিং অসী মশীঙ্ লাক্‌ঙম্দে, অসীগুম্ব থবক্ কয়ামরুম্ লৈরিবসিং অসী পাঙথোক্প ঙম্দন অদুম্মক্ লৈব হায়বসে চাওখৎ থোঙ্খাঙ্দ অপম্ব ওইরগদবনি। মীওই খূদীং ঈশাবু ঈশান মশক্

*খঙ্গন ঈশাবু হীরম্ খূদীংমক্ত চিংশিন্ন তাবনি।* মতম্ লৈব খিবিক্ত নুংগী ওইব *রাখল্, খন্ন তম্গদবনি, ঐখোয় মীওইব খূদীংমক্ক অয়ুক্ য়াহৌরক্প মতম্দ রাখল্ লৈতান ঙাইহাক্ ফম্দুন হীরী কোন্দুন মপূ মহাক্পূ নীংশীংব, লাইনিংলোন্গী* লাইরিক্সিং মান মান পাম্জব মপূগী পাউতাক্সিং অদূ পারব মতুংদ নোংমগী থবক্সিং অদূ চৎথন তৌব হায়বদি মীওইবন পান্নিব অনীংব, অরাঙ্গব থবক্সিং, নোংমগী চৎনবী কায়দন তৌব ঙম্গনি, ফত্তব ওইদব মওঙ্গী থৌদৌ মীগী মাঙনব তৌব, কল্লক্প, য়েংথিব, অপাম্ মীহৌ, মীগী মাঙনব রাখল্, অসীনচিংব রাখল্সিং অসী কৈদৌনূংদ খল্লুবদি লায়রদন, মীওই খুন্নাইগী কান্নব অমদি মীগী থৌগল্ তৌগে খুন্নাই ফগৎনব হোৎনগে হায়ব মতম্ চূপ্পদ খন্দুন লৈব ঙম্রগনি। মতম্ অদূদ ঈংব-তপ্প ওইরক্কনি হায়ন নীংশীংব য়ারে।

মীওই খুন্নাই অসীদ হিংনবগী লম্বী অসীদ মান-মান নীংলিব অদূন অচূম্বনি খন্নবসি মহৌশাদগী চৎনরক্কবনি, অচূম্ব হায়ব , অফব হায়ব পোৎশক্ খঙনদন, ঐগীসি তৌদ্রব য়াদ্রবনি হায়ন শিখাঙ্ খাঙদূন ঙসী মোর্দন ইরা অসীদ চত্থনরি হৌজিক্কী মতম্দী অমন হায়ব অমন তাদব ঈচিন ঈনাও মশক্ খঙনরক্তব, ঈনা ঈপাবু নাথৈনন তোপ্ তোপ্পনি খন্নরক্কব মতম্নি। আমেরিকাদদি চাওখৎপগী থাক্ লোইববনিদো চাওখৎলক্লিবমখৈ মীশী মীনা মীহাৎ মীপূন্ হেন্জিল্লক্কনি। চাওখৎপদ থাক্ অসি রাংমল্লদুন মমা মপাসী হনুরক্কব মতম্ কান্নরকত্রব মতম্দ নোংমৈন কাপ্তূন হাৎতোক্লরি, চাওখৎপ অসীন অমাঙ্গব হেন্গৎলক্ই।

মালেম্দ তৌরিব মতৌ অসী ঐখোয়ন অফব মওঙ্দ পুথোক্লব হোৎনবদ চঙ্গব পোৎচঙ্সিংদো করিনো হায্বদো মুন্ন অখঙ্ অহৈ কয়া মরুম্ন তূমীন্ন মী-পোং লাঙ্হন্দন হীরী কোন্দুন মপূ মাগী মফম্দ চঙ্জরগ পূন্নমক্ অসী থোক্তনব থবক্ পায্খৎপ হায্বসি সোইব য়াদ্রব রাফম্নি হায্বদি - মপূ মান ঐখোয় খূদীংমক্পূ সেন্নদুন লৈবীরী ঐখোয় খূদীংমক্ক মহাক্কী পাউতাক্সিং অদু ইকায়্খুম্নব উত্তুন লৌসীন্ন তারব মতম্ অদূদ অফব হায্বদো ওইগনি হায্ন নীংই।

**খোঙ্কাপ্ ২৮ঃ** মালেমদ অচৌব অপিকপ লৈবাকশিং অমদি অসোনব অচৌব লৈবাক কয়ামরুম ১দি অচৌব জাতি খূদীংমক করগুম্ব থৌদোক অমগী হেক্তে লান শোক্লে। লান য়াউদ্ব শান্তি ওইব লৈব লৈবাকসে অতাংবনী। শান্তিদ লৈজব লান সুকতৌ তৌজরোই হায়ন লৈব লৈবাক্সিং অসীদ করিসু লৈবাক্ অদূদ অকায়্ব লৈতে। সুইট্জরলেন্দ হায়্ব লৈবাক্ অসী মনীং তম্ন লৈজব লৈবাক্ অমনী মসী মালেম্গী অহাম্ব অমসুং অনীশুব লান্জাও য়াউখিদে। হৌজিক্ ফাওব ঈংন চীক্ল নুংসি চান্নন মীওইব অসী সিগদব মীওইনী মতম্ খর হিংবদ নুংঙাইন ইমা অমত্তগী মচানি খন্ন, মীওই খূদীং থল্লায় পাল্লি, মীওইবগী মমল্ অসী মশক্ খঙন করম্ব পোৎশক্নো খঙন অপেম্ব নাইন কয়াদ চিঙ্লেম্ন মিহৌব করাম্ব য়েংথিব, কল্লকপ চাওথোক্প অসিনচিংব পোৎশক্সিং অসী মখোয়্দ ক

না অমগ। মফম্দ যাউদ্রব মীশক্ চাংলেপ্প ঙাক্তে ঙাইরব লৈবাক্ অম ওইব মরম্ন হৌজিক্ ফাওবদ লৈবাক্ ২১২ গী মনুংদ লান্ তৌদব লৈবাক্ অম ওইন লৈ। নোংমদ লৈবাক্ অসীন নীংথীন হৈ-সিংলব লাম্মী লাখ্ ৩ লীশীং ৫ লোয়্ন পুথোক্পা ঙম্মী। অশুম্ব মীওইব খুন্নাইহি অসী মাঙব য়াদে মমল্ য়াম্ব থরায় পাম্ব পুন্ন মক্তগী অথোয়্বনি খম্ব ঙম্বগী খোনা অদু সুইট্জরলেন্দগী লৈঙাক্পা অমা মীযাম্সিং অদুন নিংথীন খঙ্ন ঙম্মী।।(...)ক্ অমদ অরাংপ থোক্লক্পদগী লান্ ওইব য়াই তৌইগুম্বসুং সুইট্জরলেন্দগীসু করিগী অরাংপ লৈতনি, অরাংপ পেন্দব, নুংঙাইহিনদব অসিনচিংখ কয়ামরুম লৈরম্দনিঙাই লৈতে। লৈবাক্ অমদ্ অসিগুম্ব কয়ামরুম্ থোক্তনিঙাই ওইদে। অদুবু মখোয্দ রাখল্ অম লৈ, মখোয্গী মীওই খুদীংন খল্লি, মীওই মপোক্ অসি সুপ্নতগী অমুক্তনি, মসীবু করম্ব মওঙ্ থম্গদগে হায়্ব অসি সুইট্জরলেন্দ হায়্বিব লৈবাক্ অসীন খঙ্ব ঙম্মী, মীওইবগী মমল্বু যাম্ন রাংন থাঙ্গৎপ হায়্বদি মপূ মহাক্কী মিংচৎনি, মপূ মহাক্কী ফিজেৎনি হায়্বসে মখোয় খুদীংমক্ক খঙ্ব ঙম্মী। ঐখোয়্ন ফত্তব থবক্ কযামরুম্ তৌরবদি মপূ মহাক্ক শান্টিগানি হায়্বসি মখোয়্গী বাখলনি। সুইট্জরলেন্দদি মালেম্গী মনুংদ তপ্যাংব (শান্তি) হায়্বদো করি কবম্ব পোৎশক্লো.কবম্ তৌরগ মসীগী পোৎশক অসী পুথোক্কদৌবিবনো তপ্যাংব (শান্তি)গী রাফম অসি মখোয়্ন মযেক্ শেংন খঙলব হায়্বদি মপূ মহাক্ক ঐখোয় পূম্নমকপু শেম্বীব মীওই খুদীংমক্ মহাক্কী মচানি খন্ন মহার অশেঙব ঐন শেম্জবনি খন্ন মালেম্সে ঈংন চীক্ক থম্ব পাম্ব অদুগুম্ব সুইট্জবলেন্দসু তপ্যাংব (শান্তি)গী রাহঙ্গোক খঙই।

ঐখোয় খবতমক্ চাওখৎপন ওইব যাদে, পূন্ন লেং মান্নন চাওখৎমিন্নগদবনি। মালেম্গী পুরাবীদ চাওখৎপগী মঙাল্ ফংখিব ইন্দস্ ভেলিগী ইউফ্রেটিস তুরেন্ মপান্দ তাব চাওখৎপ গ্রীক্কী,রোম্গী সিভিলাইজেসন কযা পথম্ব লেপ্ন ঙম্দদুন কুইন হিংব ঙ মখিদে। চাওখৎপগী লম্জেল্দি পূন্ন চাওখৎমিন্নব অসীতন অফব ওইবকনি হায়বসি মীপূম পূম্নমক্ক খঙনরব রাখম্লি। চাওখৎপ হায়্ব বাফম্দি ফংৎলক্প, ফংলবদি রাখল্ খম্ব ঙম্রে.রাখল্ খম্ব ঙম্রবদি হায়্বদি নুংগী ওইব খম্বগী শক্তক্ মযাম্ অম খঙহৌদন লাক্প ঙম্রে। খম্বব সেকেন্দ থোৎ হায়্ব অসি ঐখোয় মীওইবগী চঙদ্রব যাদ্রব পোৎশক্ অমনি। খম্বব হায়্বসে মপূ মহাক্ক পীরক্প মমল্ যাম্খ্রব পোৎশক্ অমনি। মতম্ লৈব খিবিক্ত খম্বদন থবক তৌব হায়্বসে কনাগীসু মাঙদে,ঐন তৌরুরিব থবক অদুন ঐগী অমাঙব ওইন অদুম্মক থোবকই। খম্বদ্রবদি হায়বদি করিগুম্ব পোৎ অম পাযবিবদ খম্বহৌদন থবক্ অদু পাযখৎপদ অমাঙব রাফম কযামরুম্ লাক্প তাবনি। ঐগী মাঙনবদি ঐগী খূজীল্ থৌরাঙনি, ঐগী খূজীল্ থৌবাঙন ঙসী অরাব, নুংঙাইব, চাউখৎপ,অফব, ফত্তব, পূম্নমক্ লোয়্ন থোক্হল্লি। থোক্হল্লিব অসী ঐগী তৌজরুব থবক্ অদূন থোক্পনি, অফব লম্বেল্ চৎপ তারবদি অফব খূজীল্ থৌবাঙ তৌব তাবনি। মতম্ অদূদ অফব খুদীংমক্ ওইরব মতম্দ মবন্নাইন চাউখৎপ তাবনি। চাওখৎপ ফংলব মতম্দ হায়্বদি মীওইব খুন্নাই অসী তপ্যাংব

(শান্তি) হায়বদু ফংবদ লায়ন থোক্কনি খল্লি।

তাইবঙ্ মীওইবগী মওঙ্ ফংলব থরায়ন মপান্দ তপ্‌য়াংব (শান্তি) থিরি। তপ্‌য়াংব (শান্তি) মপান্‌গী মওঙ্ হোংদোক্লব হীরম্‌সিংদ লৈতে। তপ্‌য়াংব (শান্তি)দি নুংগী ওইব শক্রোম্নি। তাইবঙ্ থরায় হান্নন তপ্‌য়াংব (শান্তি)গী হৌরক্‌ফম লৈতব, অরোয়্‌ব লৈতব (ইটর্নেল্ পিছ) অদুমক মান্নদুন অদুম্ লৈজখ্রবনি। ব্রাফম্ অসী পূক্নীংতন নুংফাউনন খঙ্‌গদনি।

অরান্ খুফম্ ইনীং ইখা তম্ব পূক্নীং খক্তগীনি। অরান্ খুফম্ মহৌশাগীনি। তাইবঙ্ থরায়্‌দি হান্নগী অথোয়্‌ব মশা (সুপ্রিম্ সেল্ফ) অদূগ চপ্ মান্নদুন লৈখ্রবনি। তাইবঙ্ থরায়্‌দি মতম্ পূম্বগী ওইন ইনীং ইখা তম্মী। মচেৎ লৈত্রব, খাইদোক্‌প যাদ্রব অদূগুম্ব পোৎশক্ অমনি। হক্‌চাঙ্ অসীন অতোপ্প পোৎচঙ্ অমনি, মহাক্তি হোংব নাইব, মাঙ্‌ব নাইব পোৎশক্নি। মুক্তি ফংনব ঙম্বমখৈ হোৎনব তাবনি। মদূতন মীওই খূদীংমক্ তপ্‌যাংব (শান্তি)গী লম্বেল্‌দ খোঙ্‌জঙ্ অমত ওইন চঙ্‌মিন্নগনি।

**খোঙ্‌কাপ্ ২৯ঃ** হৌজিক্ মনিপুব্‌গী ওইন লাইনীং লাইসোল্ কদায়্‌দ লৈবগে থিবদ খর ব্রাবে। মশা ফনবগী ব্রাফম্‌সু লৈত্রে। মাঙ্‌লব ফূকপ্ ওইন সিথবক্লব তাইবঙ্ মী ওইন কায্‌বব, ঙসী মীতৈ অরুব ফীভম্ অমদ তারবে। পূম্ন মক্ অসী মহৈ মসিংগী মতাঙ্‌দ লাইনিংলোন্‌গী চৎনবীসিং নৈনব ব্রাৎপদগী থোক্‌পনি। হাৎন-থিন্নব, মখোঙ্ মখূৎ কক্‌থংনব, ময়া ফাক্তোক্লগ এসিড্ হৈজিন্ব, হাত্তোক্লব পূম্নমক্ অসী কবিদগী থোরক্‌পনো হায্‌ন খঙ্‌ব লায্‌ন থোক্‌ই। মমা, মপা, অনীচঙ্‌ন যোক্তব, লাইবিক্ লাইশু ফজন মপূং ফাদব,সেল্ মবাঙ্ কায্‌ন লৈতব, পোখোক্ লৈতব হায্‌ব অসীনসু মক ওই।

ফত্তব অঙাঙ্ লৈতবনি তাইবঙ্ মপূন মঙোন্দ অফব থবক্ তৌরুনব সিন্নদুন থাবক্লবনি মখোয়্‌ন ঐ ফৎলবোই হায্‌ন কবিগুম্বদসু খল্লুব লৈতে, শুপ্নগী মমা মপাগী মওঙ্‌দগী ফত্তব ওইরক্‌পনি।

"মখোঙ্ হূক্তব অঙাঙ্‌সিং লৈতে তৌইগুম্বসুং মখোঙ্ হূক্তব অহল্ লমন্‌সিংদি লৈতে" হায্‌নবিব অদূনি। মহাক্ল মীঙোন্দ থাঙ্‌ন য়াম্লীব কবিগীনো ? পাঙ্‌দব, মশাবু থাজদব ফূনবদ মীন ফূখিগনি, হাৎখিগনি খন্বদগী মীঙোন্দ থাঙ্‌ন থিন্‌খিবনি। মহাক্ল তৌরিব ফত্তব থবক্‌সিংদো মহাক্তি খঙ্‌জৈ অদূগ মীঙোন্দদি খঙ্‌দনব হোৎনৈ। অঙাঙ্ অদূন ফত্তব কয়ামরুম্ তৌরুরবসু মীন মঙোন্দ নুংসিবীব অদু পাম্মী। মী অমন মাবু নুংসিবীব ব্রাহৈ খর হায়্‌রক্‌প মতম্‌দ মহাক্ য়াম্ন নুংঙাইজৈ মীনদি মাবু নুংসিদে মাগী থৌদৌ অদুন মতম্ অদূদ মহাক্ অসী লম্বীদ চৎপ কক্‌ঙাওনরব অঙাঙ্ ওইগনি। অহল্‌সিংন মচেসিংন মঙোন্দ নুংসিবীব মহাক্‌মক্ল পাম্মী তৌইগুম্বসুং মথক্ থোঙ্‌বসিংন নুংসিব ঙম্‌দনব মহাক্ল তৌজবনি। অঙাঙ্ অদূন মখোঙ্ চাদ্রবনিনা অহল্‌সিংদুন য়েংসিন্ব হৌরক্লে। মহাক্কী ব্রাখল্ অদূ মশা মথন্তন হম্বব হৌরক্লে। ব্রাখল্ অদূ নোংম নোংমগী খন্বদ ব্রারক্তুন নীংশা

ফাওব হোম্ব ব্লারক্রে। অশুম্ন অমাঙ্ব ওইরক্লিব অঙাঙ্সিংদো মহে মসিং ব্লাৎপদগী থোক্পনি হায়্বসি মীপূম্ খূদীংমক্ক খঙ্নরব ব্লাকম্লি। মহে মসিং তম্বদ মতম্ চান মতাঙ্ চান সৌগৎপিরব মতম্ অদূদ তপ্য়াংব (শান্তি)গী লম্বেল অদূ চাউন লৈরম্গদবনি। লাইনিংলোন্গী লম্বীদ খঙ্ন চৎপ হায়্বসে মমা মপা অমদি ইড়ুকেসন্ হায়্ব পল্লা অদুদ অদুম্মক্ য়াওবনি , হায়্রিব অসীদগী য়োক্লিব পোখোক্ অসীন অফব ঙাক্তে ঙায়্দুন ব্লাখল্ তানরবদি লান্গী ব্লাখল্ মচেৎ অম ফাউব চঙ্দ্রব ঈং-তপ্প লৈবাক্ ওইরিব, লন্ থুম্গী মপূ ওইরিব ব্লাত্ত পাদব পোখোক্ল হেল্লব,করম্ন নোত্রেগ শুরগ ইরৈবাক্ চাউখৎকনি অমদি করম্ব মওঙ্দ সেল্ তান্গনি হায়্ব ব্লাখল্গ লোয়্নন মতম্ পূম্বদ লৈরিব সুইটজর্লেন্দগ মান্নব ঙম্দুন লান তৌনদব, হাৎন-শুনদব, তপ্য়াংব (শান্তি)দ লৈব লৈবাক্ অম ওইব হায়্ব অসে শোয়্ফদ্রবনি। অঙাঙ্ শেম্ব,অঙাঙ্ ফগৎহম্ব, চৎন লোন্চৎ চুম্হম্ব হায়্বসে তঙায়্ফদ্রবনি। মনিপুর্গী ওইন হায়্জরিব ব্লাফম্দি অঙাঙ্ শেম্বন তপ্য়াংব (শান্তি) লাক্কনি হায়্বসে মীয়াম্নসূ খঙ্নদুন লৈরবনি। মীয়াম্গী নীংব থুংনব ঈংন তপ্প লৈনব অঙাঙ্ শেম্ব হায়্ব পোৎশক্ অদূ খঙ্ব তঙায্ফদে।

মীওইব ঐখোয্ করিনো করি মরম্গীদমক্ত মালেম্ অসীদ পোক্লক্লিবনো? কবম্ তৌন,করি তৌবগ লৈগদৌরিবনো,কদায়্দ অমূক্ চৎকদৌরিবনো, পুন্সিগী পান্দম্ অসী হংব তাববদি করি খুম্লি। পুন্সি হায়্বদি মীওই মপোক্ অসী নুংঙাইবনি। নুংঙাইব পাম্দব মীওই মপোক্ লৈতে। কবি করম্ তৌরগ ঐখোয়্ মীওইবসি নুংঙাইব ফংগনি? নুংঙাইবগী মবম্ অসী য়াম্মী, মখল্ মখা হায়্বদি মান মান পাম্ব অদূ মীওইবন চখনবি,কনাগুম্ব মীওই অমন মশাগী য়েংদন মীগী কান্নব তৌরগদ নুংঙাইব কাঙ্বূ কযাসু য়াওরি। অসুম্ তৌদুন মীওই খুন্নাই অসীদ মাগী মাগী ব্লাখল্গী মতূং ইন্ন থবক্ অদু চৎথনরি, চৎথনরিব থবক্সিংদো ঙম্লব অঙম্ তান্নব লাক্লবি, মতম্ অদূদ মান মান নীংব থবক্সিং অদুদ অশেঙ্ব অফব ব্লাখল্ খম্ব হায্বদি করি করম্ তৌবগ ঐখোয্ ঐখোয্ন তৌবিব থবক্ অসীদ ঈংন-তপ্ন অফব পূবক্লব হোৎনব হায্বসে তঙায্ফদ্রব ব্লাফম্লি। মান-মান পাম্বসিং অদু অফব ঙাত্তংনি ফত্তব অমত যাওদে, মতম্ অদুদ মপূ মহাক্পূ থাজবন মহাক্কী পাউতাক্সিংন ঐখোয্বু মী ওইহল্লি, ঈংন তপ্ন লৈব ঙম্মী। থবক্ অমদি ইথৌ অদূ য়াইফনবগীদমক্ত, মায্ পাক্লবগীদমক্ত, নূংদগী ওম্বোক্প পাঙ্গল অমন মীওইববু ইন্দুন পুই। ঐ অসীন কনানো,কদায়্দগী লাক্পনো হায়্ব অসী খঙ্ব তাবনি। ঐ অসী মপূ মহাক্কীদমক্ শেম্বনি। বুদ্ধন তাইবঙ্পান্ থাদোক্কুন নুংঙাইব থিবক্ই, নোকুংগী ফজব লৈকোল্ নীংথীজল্লব শগোল্ দোলাই তোংবন মঙোন্দ নুংঙাইব পীব ঙম্দে, চাদ থক্কুন বন্দ লাই নীংবনসু নুংঙাইব পীব ঙম্দে, চঙক্লদুন লৈরিঙেদ নোংম সুজাতা কৌবী নুপী অমন মচাবু পম্দুন চুপ্পুন নোক্কুন লৈব উবদ হংলক্ই, নিংথৌগী মচা ঐন নুংঙাইব থিবদ ফংব ঙম্দ্রে। অসি অনান থল্লব তাইবঙ্পান্ অসীদ অমুক্ত নোক্কে হায়্ব ঙম্দে। ঈবেম্ম নঙ্ন নুংঙাইন উরিব অসী করিগীনো? সুজাতান খুম্মী - " তোল্লব সুজাতাগী থম্মোয়্ অপীক্প

অসীদি লীক্রা মরীক্ অমত্তন লৈগী লৈকাবু লায়ন থংগুম ইপুরোইব থৌগল্ অমদি ইচাগী নুংসিরব মায়খোঙ্ উজরগ নুংঙাইহৌজে''। তাইবঙ্ মীগী থৌগল্ অমদি নুংসিব হায়বসি বুদ্ধন সুজাতাদগী লৌখিবনি। লাইনিংলোন্ হায়ব অসে মীগী থৌগল্ তৌব, নুংসিব অসীনী। অসীগুম্ব মীওইবন তাইবঙ্পান্গী মপু ওইরি। মীওইবন ঙসী মীওইবগী থৌগল্ তৌব হায়বদি মীওইবগী কান্নবব,ফগৎনব, চাওখৎনব হোৎনব অসিন নুংঙাইব ফংগদবনি। নুংসিব হায়বদি য়েংথি য়েংখিব খূদীংদ ফজব অফব ঙাক্ত ঙাইব ওইন উরব মতম্ অদূদ মীপূম্ খূদীং নুংসিব ঙম্নকনি। মীপূম্ খূদীং,থরায় পাম্ব খূদীং নুংসিব ঙম্নকক্লব মতম্ অদূদ তপ্ন্যাংব(শান্তি)দি অদুম্ লেঙ্দন লৈব তাবনি

**খোঙ্লাপ ৩০:** মীবু, থরায় পাম্বসিংবু নুংসিব হায়বসীন মালেম্ অসি হিংনব হায়বদি, মীওই খুন্নাই পূম্নমক্ হিংব তারবদি কয়াদ নুংঙাইন লৈমিন্নব, কয়াদ নুংঙাইন পুক্সি লেন্মিন্নব হায়বসে মশান তারবনি। ঐখোয় মীওইব ফুরুপ্ অসী অমরোম্দ হায়রবদি নুংসিনব, মী খূদীং নুংসিব ঙম্বগী থম্মোয় অসী পাল্লবদি তাইবঙ্পান্ অসী কয়াদ নুংঙাইবগী মশক্ ওইন লৈরগনি। নুংঙাইব হায়ব পোৎশক্ অসী থরায় পাম্বসিংবু নুংসিব হায়ব পোৎশক্ অসী মপূ মহাক্কী ঙম্থঙনি। থরায় পাম্বসিংবু নুংসিবতন হীরম্ পূম্নমক্ত অফব ওইগনি, লম্বেল্দ ঐখোয়ন চৎপ মতম্দ করিগুম্ব লীক্রী মচেৎ অকায়্ব অম তারব্ব মতম্দ ইস! হায়দুন লৌখৎলগ মীন শোক্রেরোইদব মফম্ অমদ হুন্দোক্প হায়ব অসিসু থরায় পাম্বসিংবু নুংসিব ঙম্বগী থম্মোয় চেল্লবনি। মীনুংসি লৈব ঙাক্তন পূম্ব মীওই ঙাক্ত ঙায়রবদি তাইবঙ্পান্ অসী খুইদগী চাউব অফব লম্দম্ ওইবম্গদবনি। অফব হায়বসে চাউখ্রব পোৎশক্ অমনি, অফব হায়ব অসী যেংথি য়েংখিবদ ফজব ঙাক্তনি. অফবন মালেম্দ শান্তিগী লম্বেল্দ চৎপ ঙম্মী। হেক শংব মতম্দ লম্চৎ সেম্নবগী মরুওইব পোৎচঙ্ কয়ামরুম্ লেপ্শীন্নব হোৎনগদবনি, লম্চৎন খুইদগী লুব পোৎশক্লি, লম্চৎন ঐখোয়গী লন্নি, চাওখৎনবগী ওইন ঐখোয় মীওইবন ফংনব তান্নরিব কযা অদূগী মওঙ্ লাক্লব হৈ-সিংব তান্সিন্গনি। হিংনব ওইন ঐখোয়ন সুরিব অদূ ফাওবদ হৈনদন পাম্খিদ্রবসু ঙাইহাক্ সংব মতম্দ নুংঙাইব মওঙ্দ চত্তুন নুংঙাইতব অদুগী মহুৎ সিন্দুন লাক্লব হায়বসে অফব ৱাফম্লি। খুন্নাইগ মক্তপ্ক লৈমিন্নবদ নুংঙাইতব মতাঙ্ থোক্পদ, ঐখোয় মীওইবন অহাঙ্ব হায়বদি অসঙ্ব মতম্দ নৈনদুন অমূক্ হন্ন চান্নদুন চৎপ ঙম্মী। খুন্নাইগ অমদি মীয়াম্গ তিন্নব হৈতব মী কয়ামরুম্ লৈতব নত্তে, মীগবু তিন্নব হৈত্রব মীওইদো মহাক্কী মমল্ য়াম্খ্রব পুক্সি অদূ মাঙ্জব হায়বদি পোক্পগী মহৈ য়াম্ব ঙম্দদুন অদুম্মক্ লৈমায়্দ তাদুন লৈব পোৎশক্ অমগুম্ন শীজীন্নফম্ খঙ্দন মাঙ্দুন লৈব হায়বসে শোয়দ্রব ৱাফম্লি , য়াম্ন লুখ্রব ৱানি,মীওই মপোক্ হৈন শিংন চৎপ তাবনি, নাইতোম্ তাবন মালেম্দ অমাঙ্ব নত্তন তপ্ন্যাংব (শান্তি)গী মায়কৈদ করিগুম্বদসু থোরক্রোই।

**খোঙ্কাপ্ ৩১ :** নাপল্ তেকৌব হায়্ব চাউথোক্প নত্ত্রগগ পোঙ্ব হায়্ব ব্লাফম্ অসী হায়্বদি ঐন অতোপ্প মীসিংদগী হেন্নে হায়্ন খন্বগী খূদম্ অমনি। করম্ তৌন কদায়্দ ঐন হেল্লিবনো হায়্বদো মহাক্তী খঙ্ব ঙম্দে। নাপল্ অদূগী ব্লাঙাঙ্ সঙাঙ্, মীওই খূদীংমক্পূ নোক্লব , উশিত্তব, মতম্ লৈব খিবিক্ত ব্লায়াম্ ঙাঙ্ব নংত্রগ ব্লা শুক্ঙাঙ্ ঙাঙ্দন লৈব,ঐখোয়্ন মহাক্কী মওঙ্ মতৌ মহাক্ল তৌথোরক্প ঙাঙ্থোরক্প ব্লাঙাঙ্ সঙাঙ্ খূদীংদ মীওই অসীন নাপল্ তৌহ্ হায়্বসে ইরায়্ লায়্ন খঙ্ব ঙম্মী।

নাপল্ তৌব হায়্ব অসী মহাক্কী মশাদ মতীক্ ময়ায়্ ব্লাৎপদগী থোক্পনি হায়্বসি ঐখোয়্ন খঙ্ব ঙম্মী। খবদমক্ খঙ্ব ঙম্ব মীওইন চাউথোক্প হায়্ব পাবা অসি ফায়্। খর খঙ্ব অসী খূদোংথীনিংঙাইহনি। শুক্খঙ্ খঙ্দন লৈরিঙৈদদি মীদো চন্নম্মী। খঙ্লম্ খঙ্ফাত্তব অসী খূদোংথিনিংঙাইহনি। মথক্ থোংব মীসিংন মহাক্পূ তূক্কৎচৈ, মমান্নবসিংন মহাক্পূ তিন্ননীংদে, মখা থাব মীওইসিংন মহাক্পূ থৌগল্লোন্ উৎপিদে।

তাইবঙ্পান্ অসীদ নাপল্ হায়্ব পোৎশক্ অসীন নপুন লৈরব মী অদো মহাক্কী পূন্সি অদূ অমাঙ্ব লম্বেল্দ চৎপ হৌববনি,মীওই খুন্নাই অসীদ অসীগুম্ব কযামকুম্ন থন্ন লৈব তাববদি করম্ন তপ্য়াংব (শান্তি) লাক্কনি, তপ্য়াংব (শান্তি) হায়্বসীদি নুংসি চান্নন লৈমিন্নব, খৎন-চৈনব যাওদন, অমত্ত ওইব হায়্বদি নাপল্দি মদুদগী ইতোপ্ তোপ্খ্রে, পুম্তোঙ্ তোঙান্খ্রে। নাপল্ অসী থাদোক্লব অমদী তাইবঙ্পান্ অসীদ লৈবিব মীওই খূদীংন মপূ মহাক্কী মফম্দ নুংতিগী ওইন নিব তাবনি, মতম্ অদূদ তপ্যাংব (শান্তি) ফংগনি, মপূ মঙোন্দ ঐগী ব্লাঙাঙ্ন পূক্নীংদ হৌবক্ফম্ ওইন চেৎন লৈহন্বিযূ অমসূং পূক্নীংন ব্লাঙাঙ্দ লৈব ওইহন্বিযূ হাযবদি ঐগী পূক্নীং অমসূং ব্লাঙাঙ্ অমত্ত ওইহন্বিযূ হায়্বসি মপূ মহাক্কী মফম্দ ঙওন নিব ঙস্রবদি তপ্যাংব (শান্তি)গী মপূ ওইব তাবনি। ঐগী ব্লাঙাঙ্ সঙাঙ্ ফজব অদূন,তৌথোবক্প থৌওঙ্গী ফজব অদূন মপূ মহাক্কী মফম্দ অফব ওইগদবনি। মপূ মহাক্ল যাব হায়্বসে মীওই খুন্নাইন যাগদবনি। খুন্নাইদগী লাপ্থোক্প হায়্বসে নায়্তোম্ তাবগী খূদম্নি। নায়্তোম্ তাব হায়্ব পোৎশক্ অসী মীমান্নদ্রব ফীভম্নি। মীমান্নদ্রব হায়্বসি ব্লানীংঙাইহনি। মীমান্নদ্রব মীওইসিং কযামকুম্ন শীন্ব থূংন লৈবব মালেম্ অসী ওইব তাববদি কবম্ন তপ্যাংব (শান্তি) পূবক্প ঙম্গনি। খুন্নাইবু নুংসিব, অমত্ত ওইন খন্ব মীওই খুন্নাইবু অমত্ত ওইবগী ব্লাখল্দ মতম্ পূম্বদ নুংসি চান্নন লৈমিন্নদুন অমন হায়্ব অমন য়াব,অমন হায়্ব অমন খন্থব মতম্ অদূদ অফব ঙাক্তন ওইরব মালেম্ তপ্যাংব (শান্তি)গী যূম্ফম্ ওইব তাবনি। ঐখোয়্গী হক্চাঙ্ মনূংদ পুরুষ কৌব হক্চাঙ্দগী তোঙাম্ব থব্লায্ অম লৈবি হায্ন শাস্ত্র পূম্বন ব্লাখল্লোন্ অমত্ত ওইন হায্দুন লৈরিবমক্তদ ঐখোয়্ন মদূবু করিসূ য়াওদব অহাঙ্ব ওইন কবিগী লৌগদগে। ঐখোয়্ন মপূ মহাক্কী খূদোল্ হায়্বদি মপূ মহাক্কী হক্চাঙ্ মচেৎ মচেৎন ঐখোয্ মীওইব অসী শেম্খিবনি। অসিগুম্ব মীওইবগী খ্বাইদগী হেন্ন থৌজাল্ হৈবব, মপূ মহাক্কী মীংচৎনি হায়্বসে

ঐখোয় খূদীংমক্ক খঙনরবনি। লৌসিং য়াওদব মীওইসিংন লৌসিং য়াওদবদগী থৌরীবু লিন্ ওইন, কোম্ব্রেংবু লূপা ওইন উরুদুন অদূমক্কি হায়ন খল্লগুম্ অপঙ্ব মীওইসিংন থল্লায়বু হক্চাঙ্ ওইন উদুন হক্চাঙ্ অসীনী হায়ন খল্লী, লৌই। তোর্বান্দ হৌব উপাল্ ঈশীংদ মমি ওইন উবদ মকোক্ মমৈ ওন্নন উবগুম্ থল্লায়সে হক্চাঙ্ ওইন উই। হীয়াঙ্ হিরেন্ তোংদুন চৎলিব মীওইসিংন য়েংথোক্লক্পদ পোৎ পূম্নমক্ চৎপগুম্ন উবগুম্ লৌসিং য়াওদব অপঙ্ব মীওইসিংন থল্লায়সে হক্চাঙ্ ওইন খন্দুন মতম্ পূম্নমক্ত লৈ। মীত্ত লঙ্জব লৈব ওইবন কনাগুম্বন অঙৌব পোত্তো নাপু ওইন উই, মশাবু উংদুন লৈবদ মকোক্ ঙাওরব মীওইসিংন পোৎ পূম্নমক্ উরু উরু লৈদুন উই। অসিগুম্ব মীওইসিং অসীন তোঙাম্ন থল্লায় অসীবু হক্চাঙ্নি হায়ন খল্লি। অপঙ্ব হায়বদি লৌসিং মপুঙ্ ফান য়াওদব লাইরিক্ লাইশু পাদব, মপূ মহাক্ক মতিক্ ময়ায় খঙ্ব ঙম্দব, মপূ মহাক্কী মরম্দ নৈনব য়াওদব, নাপল্ন মশাদো পুম্য়োম্ য়োম্শিল্লব মীওইসিং অসীদী উরু উরুব খূদীংমক্ ওন্ন তৈনব ঙাক্ত উদুন হায়বদি থল্লায় অসে করিনো, করম্ব পোৎশক্লো হায়ব খঙদন মতম্ পূম্বদ লৈব ওইবন ঐখোয় মীওইবগী থল্লায় অসী হক্চাঙ্নি হায়ন খল্লী। অপঙ্ব হায়বসে ওইদনব লৌসিং লৈনবগীদমক্ত লাইরিক্ লাইশু পাবদগী ল্লাখল্ লৌসিং লাক্ই। লৌসিং লাক্লব মতম্দ পোৎ খূদীংমক্ অফব ঙাক্ত ওইন উরক্পগুম্ন অচূম্ব মশক্ খঙলক্ই। অচূম্ব হায়বসে খ্বাইদগী ল্লাংব লাইনিংলোম্নি, অদূগ চুম্ন হিংব হায়বসিন অমূক্ক হেন্ন লাইনিংলোন্দগী ল্লাংব হেল্লি। মসী গুরু নানক্ক হায়খিবনি। অচূম্ব লৈত্রব মালেম্দ কৈদৌঙৈদসু লৈব য়াবেই, অচূম্বদ মীওই খূদীং লিংজেল্ মান্নন লৈমিন্নব তাবনি। লিংজেল্ মান্নদব হায়ব মহীক্তুন চীক্লব খুন্নাইদুদি কৈদৌনূংদ হৌগৎপ ঙম্রোই, মান্নব খুন্নাই অম ওইনব হোৎনব হায়বসে ঐখোয় খূদীংমক্কী ঈথৌনি। মান্নব খুন্নাই পুবক্লব হোৎনসি হায়ব ল্লাফম্ অসী মীপূম্ খূদীংমক্ক ইশা ইশাগী তৌদ্রব য়াদ্রব ঈথৌদাং অমনি খন্দুন অকন্ব খোঙ্থাঙ্ থাংজিন্ব হায়বদি ঐখোয়গী মালেম্ অসীদ ঙসী ওইরিব ফীভম্ অসীদ অমন অমবু নুংসিব, নুংসি চান্নন থবক্ তৌমিন্নব, অমন অমবু মীওই অমতনি খন্ব, ইশা-ইশাবু মনূংগী ওইব(নুংগী) ল্লাখল্ন ঈংথহল্লগ ঈশাবু ঈশান মুন্ন মশক্ খঙন থবক্ তৌরবদি মালেম্দ ঈংব তপ্প মীওই ঙাক্ত ঙায়ব তারবদি হাৎন শুনব অমত্ত যাওদন মীগী মমল্ খঙন অমন অমবু পাউতাক্ পীনদুন চাওখৎ থৌরম্ পূম্নমক্ ঈংন তপ্প পায়খৎপ হায়বসে শোয়দ্রব ল্লাফম্নি।

অফব ল্লাখল্ কয়ামরুম্গ লোয়নদুন লৈগদবনি মীওইব অসী করি অমত্ত অল্লাৎপ লৈতন মপূ মহাক্ক শেম্বিরক্লবনি। মঙোন্দ অল্লাৎপ অমত্ত লৈত্রবনি,মীওইবদ মপূ মহাক্কী ওইব মতীক্ ময়ায়সিংন লৈতেংদুন মপূ মহাক্ক ঙসী অসী থারক্লবনি, অনোপ্ অতীং লৈতন চপ্ মান্নন চাওখৎমিন্নরব মতম্ অদুদ অশোয়ব লৈতন মালেম্দ ঈংন-তপ্প লৈব হায়বসে শোয়দ্রবনি।

**খোঙ্কাপ্ ৩২:** মীওইব ফূরূপ্প হৌবদগী লোইব ফাওব নীংহন্নব লৈতন

অরেপ্প রাখলগ লোয়নন থরায় পান্ব খূদীংমক্ নুংসিব ওন্ব হায়্ব রাখল্ অসীন থম্মোয়নুংদ লৈব তারবদি অমুক্ হন্ন হায়নব লৈতন নংঙাইব ঈপাক্ত তাউদুন কয়াদ নুংঙাইন ঈংন পান্ব ঙমখিগদৌবনো? লৌসিংগী পান্বে ওইরব মশাবু য়াইফনিংলব মীওইসিংন লৌসিংবু ফংনবগীদমক্ত রায়েল্ তৌব হায়্বসে তঙায়ফদ্রবনি। নুংসিব হায়্ব পোৎশক্ অসীন মীওই খূদীং খুদূম্ চন্ব ঙস্মী হায়্বদী নুংসিব হায়্ব পোৎশক্ অসী মপূ মহাক্কী ঙম্থঙ্নি। ঐন লান্ ঙম্রে হায়রগ মালেম্ খুদূম্ চল্লে হায়্ব, অমদী মালেম্ শিন্ব থুংন খুদূম্ চন্বন ঐহাক্ মায় পাক্লে হায়ন খন্গদব নত্তে। মপূং ফান মায় পাক্প হায়্বদী ঈশান ঈশাবু খুদূম্ চন্ব ওন্ব হায়্বনী। মসী গৌতম্ বুদ্ধন হায়্খিবনি। অসীগুম্ব অচৌব মীসিং অসীগী পাউতাক্সিং অসী লৌরব মতম্ অদূদ মালেম্দ লায়ন ঈংব তপ্প পুরক্প ঙম্গনি।

মালেম্গি ওইন চরাংনব নুংশিৎন মায়কৈ খূদীংদগী শিৎচীল্লক্ই, রাখল্লোন্ মমান্নদ্রব মীওইবন নুংতিগী হেন্গৎলক্লি। পম্বুং য়াওদ্রব থৌদোক কয়া থোক্লি। রাখল্ কয়া খায়দোক্তুন মওঙ্ কয়া মখল্ কয়া থোক্ত খায়দোক্লি। রাখল্লোন্ মান্নদব মীওইব ফুরূপ্সিং অসী নুংতিগী হেন্গৎলক্লি। শীৎলিব নুংশিৎসিন মীওইব খিবীক্ মাঙ্ তাক্লহল্লি। মসী মালেম্গী অখঙ্ অহৈসিংন লোইন খঙ্নরব রাফম্নি। রাখল্লোন্ পীক্প মীওইন মসীগী রাখলসিং অসী লান্ব ফংনদ্রি, রাখল্লোন্ খঙ্ব কাংবুসিংন য়ুনাইটেড নেসন্ শেম্নি।

লান্ থোক্লবগীদমক্ত অমদি মাঙ্ তাক্লবগীদমক্ত মতম্ পূন্বদ শেম্ শাদুন লৈবব মীওই খরন সেন্মীৎলোন্গী মরম্দ পুথোক্লিব লৈঙাক্লোন্সিং অমদি থম্মোয়নুংদ কিহন্ব,ওৎ নৈব, সোইনাইহন্ব পংথহন্ব থোক্হল্লি, লোইনাইদব থৌদোক্সিং থোক্হল্লি, ঐখোয়্গী খুন্নাই হায়্বদী মালেম্গী মীওই ফুরূ প্ পূন্ব ঈংব তপ্প লৈতন হিংব অরাব ওইব হায়্ব পোৎশক্তো ওই। মালেম্দ ঈংব তপ্প পাম্দব কাংবু লোইনাইদন হেন্গৎলক্পনিনা, মালেম্ ঈমাসূ অরাবগী নীংশা তত্তন হোল্লি, অবাবগী নীংশা অসীন হোন্ব মতম্দ ঈংব তপ্প পাম্জব কাংবূদী নোংম নোংমগী অরাব হেন্গৎলক্লি। সেল্ থুম্গী মরম্দ খন্ন নৈনব লৈতন মূক্ল বগী রাখল্লোন্ কয়াদ মথায় পান্ব মীওইব হায়্বদি মীওই মপোক্শে শুপ্নতগী অমতনি,অমূক্ পোক্পসিদ অমূক্ হন্ন পোক্লক্কনি হায়্বসে খঙ্ব ঙম্দব মীওই মপোক্শে মফম্ খঙ্দন পূস্পী লোইদন মাঙ্হন্ব হায়্বসে রাখল্লোন্ লান্ব ফংদ্রিবনি হায়্বসে মালেম্গী অখঙ্ অহৈসিংন মাংলম্চত্ত হায়্বীখ্রব ঙাক্তনি। রোম্ন হায়্খিব ঈংব তপ্প পাম্রবদি লান তৌ হায়্ব অদো অচুম্বনী হায়ন লৌব তারবদি লান্দ মীওইব ফুরূপ্ অসী লোইন মাঙ্খ্রব মতূঙ্দ অমূক্ নৌন হৌগৎলক্প অদূ ওইব তাবনি, মী লৈত্রব লৈবাক্তো ঈংব তপ্পদী অদুম্ ওইব তাবনি।

মাঙ্তাক্প হায়্বসে রাখল্লোন্ কয়ামরূ ম নৈনগদবসিংদো রাখল্ খন্ব খর রাৎপদগী থোক্লক্প থৌদোক্ ঙাক্তনি। ওইদব মীনম্ব কয়ামরূ ম্ তৌরক্প থোক্লবদী মদূন অমূক্ক হেন্ন খুদোংথীনীঙায়গী মশক্নি। মীনম্ব হায়্ব তম্খিরব থবক্ অসী করিগুম্ব মতম্দ কনাগুম্ব মীওই অমদ মীনম্ব ঙাঙ্ব মতম্দ অদুম্মক্ করিসু

অকায়্ব লৈতে। য়াম্ন তম্থিরিবদি মহাক্ মশামক্ল মহাক্কী থরায়্দ মীনম্জব অদূদি চাউরব পুন্সীগী ওইন কোক্প ঙস্নরোইদব লঙ্জব পুম্নমক্তগী হেন্ন চাউরব অদূগুম্ব পোৎশক্ অমনি, ইশাবু ইশান মীনম্জরবদি ঐহাক্কী পুন্সী অসী মরু ফংন মাঙ্নব মপূ মহাক্কী মায়োক্ত ফত্তব থবক্ তৌব হৌরবনি। মীওইব খুদীংমক্ চপ্ মান্নে, করিসু খেন্নব লৈতে, অদূবু কিরিবদি মী অদূগী রাখল্ অদূন মহাক অসী হিংচাবগী রাখল্ খল্লবদী কয়াদ খুদোংথীনীঙায়নো। ঐন ফত্তব থবক্ তৌব মতম্দ মীগী মাঙ্ব নত্তে ঐহাক্ ইশামক্ মাঙ্জব হৌরবনি। ঐন অফব তৌব তারবদি ঐগী মতীক্ ময়াই হাপ্চরে, তাইবঙ্ মীওইবগীসু অফব থবক্ তৌব ঙম্রে। মরম্ খুদীংমক্ অসীন মীনম্ব হায়্ব হঙ্গোইরব রাফম্ অসী থাদোক্প তাবনি হায়্রিব মমল্ য়াম্নব রাফমসিং অসী মালেম্গী অখঙ্ অহে কয়ামরু ম্ন হায়বিস্নব ঙাক্তনি। ইশাবু ইশান মীনম্দুন মতম্ খুদীংমক্কী ওইন মীপূম্ খুদীংমক্ চত্থব তারগদি করম্ন মালেম্দ ঈংব তপ্পচপুরক্প ঙম্গদৌরিবনো। চহী চূপ্প হাৎন সু নদুন লৈব হায়্বসে তঙায়্ ফদন তৌদ্রব য়াদ্রবনি। করিগুম্ব ঐন ফত্তব থবক্ হায়্বদি মপূ মহাক্কী মায়োক্ত তৌব তারগদি অদুম্ লান্ থোক্লদুন ঈংব তপ্প তুংওইনব তাবনি।

**খোঙ্কাপ্ ৩৩:** লাইনীংলোন্ হায়্বসে অচূম্বনী, অচূম্ব হায়বদূনলাইনীংলোম্নি, অচূম্ব চৎলব মীওইসিংদি মপূ মহাক্পু থাজরবনি। তইবঙ্ মপূ হায়্বসে মওঙ্ মতৌ লৈতে, মহাক্কী মওঙ্ মতৌ করম্ তৌবগে খঙ্ব ঙম্গে হায়রবদি ঐখোয়্ন মহাক্লশেম্রিব তাইবঙ্পান্ অসী করিনো হায়্ব খঙ্ব, উরিব খুদীংমক্ অসী মপূ মহাক্কী খুৎশেম্লী, মরম্ অদুদগী ঐখোয়্ন তইবঙ্ মপূ অসী মপান্ নাইদে হায়্বদি মহাক্ল শেম্রিব তাইবঙ্পান্ অসীগী খুৎশেম্সিং অসীন মহাক্কী থৌজাল্ মওঙ্ মতৌ অসীন মহাক্কী মতীক্ ময়াই অদূ তাক্ই।

লাইনীংলোন্ হায়্বসী করিনো, স্কূল্নি, স্কুল্দ নৈনবিব, খঙ্নব তাক্পী তম্বীরিব, নৈনবিব অদূ লাইনীংলোন্নি: ক্লাস্ থ্রী, ফোর্, ফাইভ, সিক্স, সেভেন্, আইট্, নাইন্ অসূম্ন মথঙ্-মথঙ্ খঙ্লব মতূঙ্দ ক্লাস তেন্ কারক্লীবনী। ঐখোয়্ন ক্লাস্ তেন্ যৌরে হায়্দুন ক্লাস্ ফোর্দ তম্লক্পসিংদো মরা লৌদে হায়্ব য়াদে। মসীগী মওঙ্সীন লাইনীংলোন্ খুদীংগী মতম্ মতম্গী লাংওন্সিং লাক্ই। লাংওন্সিং অদূন হায়্ব খুদীং ঐখোয়্ন ইন্গদবনী। চাওখৎলক্পগী হায়্বদী চক্ চক্কী মতূঙ্ ইন্ন কাংলোন্ অসী খেন্নরক্ই, খেন্নরক্পগী মতূঙ্ ইন্ন লাইনীংলোন্ হোংদব য়াদে, অহাম্বদ ইজস্ত্রিব অদূনী, কাংলোন্গ লাইনীংলোন্গ খুৎশম্নগদবনি হায়্ন, মদূগী মতাঙ্দ মতম্গী মতূঙ্ ইন্ন কাংলোন্দি অওম্ব নাই, চাওখৎলক্প নাই, লাইনীংলোন্দি অহোংব লৈতে। মতম্ মতম্গী মতূঙ্ইন্ন কাংলোন্গ লাইনীংলোন্গ খুৎশম্নরগ চৎমিন্নব তাবনি, মদূতদ মালেম্দ ঈংব তপ্প পুরকপ ঙম্গনি।

মপূ মহাক্তি অমতনি, মতম্ মতম্গী লাংওন্ থারক্পনি। মতম্দি অহোংব লাইবনি, অরেপ্প লৈতে, মরম্ অসিদগী মীওই খুদীংমক্ মতম্ অদূগ চানব মপূ

মহাক্ক পাইতাক্শিং অদু লৌগদবনি। মালেম্ন লৈরিমখৈ লেংদন লৈহৌরগদব ফজগ্রব ড্রামা লেংব সেক্সপিয়রন্ হায়খি,''মতম্গ চান্নব থবক্তৌ, মতম্গ চান্নদব থবক্ তৌরবদি অঙাওবনি'' মসীন তাক্পদি মতম্গ চানব লাইনীং লাইসোল্ হায়বসে তঙায়ফদবনি। মদূন চাওখৎ খোঙ্থাঙ্দ মপুঙ্ ফাব ওইরক্প হায়বসে অশেঙ্ব রাফম্নি হায়ন নীংই। মপূ মহাক্কী নুংসিরব খোয়্যোক অসীদী মফম্ খূদীংমক্ত ঙংদুন অদুম্ লৈরগদবনি। তাইবঙ্ মপূদি অমত্তনি, মীওইব ফূরূপ্ন মখল্ মথেল্ য়াম্বনিনা মমীং তোঙান্ তোঙান্ন থোন্খিবগী রাফম্নি। মহাক্তি অমত্তনি,অমত্ত ওইব মহাক্ অসীন তাইবঙ্পান্ অসী শেম্রিবনি চপ্ মান্নব মওঙ্দ, অমনসু হেন্দনব,অমনসু রাত্তনব, মহাক্নদী মচাসিংঅসী অথোয়্ অহেন্ নাইদন শেম্মী, ঐখোয়্ন নুংঙইব, হরাওব, নোক্প উরগ মপূ মহাক্ন নুংঙইজদুন নোক্চৈ।

ঐন মী অম হাৎপ তারগদি ঐবূসু মী অমন সোয়্দন হাৎখিব তাবনি। ফত্তব অসে খঙ্ব ঙম্নব অহান্বদ হোৎনব তাবনি। কনাগুম্ব মীশক্ অমন লাইশঙ্ অম শাব মতম্দ ফত্তব মী তরান য়ৈখায়্ব, খিন্গাইব হৌরক্কনি,মতম্ অদূদ লাইশঙ্ শারিব অফব মীশক্ অদুন ফত্তব থবক্সিংদো খঙ্লে। মতম্ অসীদ মহাক্ অদো অফব থবক্ কয়ামরূম্ তৌব ঙম্গনি। মতম্ অদূদ মহাক্নুম্ব মীওই কয়ামরূম্ লৈরব মালেম্ ওইরবদি শোয়্দন মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) ওইরক্কনি।

মীহাৎপগী মতূংদ মীহাৎপ অমন তূংদ অদুম্ ইন্নদুন লৈরিবনি। ঐন মী অমবু মাঙ্নব তৌরুব মতূংদ অতোপ্প ঐগ মান্নব মীওই অমন মতম্ ঙইদুন অদুম্ লৈব হায়্বসে শোয়্দ্রব রাফম্নি। অসীদ নত্তন ঐন ফত্তব মীওই অমগ তিন্নব মতম্দ ঐ অসে ফত্তব মীওই অদূগ মচু চপ্ মান্নন মীগী মমীত্ত উব তাবনি। ঐ ফদব য়াদে। ঐ অসীন ফরব মতম্দ মীওই খূদীংমক্ অফব ওইগনি হায়্বগী রাহয়োক্তি ঐ খূদীংমক্কী রাফম্ ওইন হায়্জরিবনি। ঐ ময়াম্ন রাখল্ মক্রুব,অফব ওইরব, মপূ মহাক্কী পাউতাক্সিং হায়্বদি ঐখোয়্গী থৌজাল্গী মশক্ ওইরব মপূ মহাক্কী পাউতাক্সিংবু মতম্ লৈব খিবিক্ত নীংশীংদুন থরায়্ পান্ব খূদীংমক্পু নুংসিব ঙম্নব, খেন্নব লৈতে চপ্ মান্নে হায়্ন খন্ব ঙম্নব কনাদসু অকায়্ব ঙাঙ্দ্রব, তপ্থব,ঈংথব ঙম্নব মীশক্ অদূন তপ্াংব (শান্তি) পুরক্পদ লায়্ন থোক্কনি হায়্বসে মীপূম্ খূদীংমক্ন খঙ্নদুন লৈরবনি। তাইবঙ্পান্দ লৈরিব মীপূম্ খূদীং ঈংন-চীক্ন লৈহন্ব হায়ব অসীসু মহাক্কী পাউতাক্নি। মপূ মহাক্নদি হায়্, হৌজিক্কী চক্ অসীদ তাইবঙ্ মপূ মহাক্ন হায়্ব ইন্দ্রবদি অরাব তাব শোয়্দ্রবনি।

মীওই খূদীংমক্ নুংসিব ঙম্নব মতম্ অদূদ অফব অঈংব ওইব তাবনি। মপূ মহাক্পূ নুংসিরবদি মীওই পূম্ব নুংসিব তারবদি, ঐখোয়্গী ইমীৎন নুংতিগী উরিব মীওইব অসীবু নুংসিব ঙম্দব মীসিংন ঙসী মশক্সু খঙ্ব ঙম্দব করম্ব পোৎশক্নো,করম্ব শক্ওঙ্ শাদানো, করম্ন লৈরম্গনি, করম্ব মওঙ্দ লৈরিবনো, করম্ব মখোঙ্ পান্ব,মওঙ্ মতৌ খঙ্দব ঐখোয়্বু শেম্বীব মপূ মহাক্তো করম্ন নুংসিদুন নুংতিগী খুরুম্গদৌরিবনো? মপূ মহাক্পু নুংসিব হায়্বদি থরায়্ পান্ব খূদীংমক্পু নুংসিয়ু হায়্বনি। গৌতম্ বুদ্ধন নোংম অতোঙ্ব লৈবাক্ অম নেৎলুব মতম্দ

কক্‌চেঙ্‌সিং সিব উবদ মথায়্ য়াম্ন নুংঙাইতন '' ঐন থরায়্ পাম্ব পোৎশকসিং অসি হাত্তোক্‌পিরিব অসী রা ঙাঙ্‌বসু ঙম্‌জদ্রবসিং অসীগ ঐন লৈরম্ব থোক্রবদী ঐহাক্ খঙ্‌ব ঙম্‌গদবনী'' অসূম্ন থরায় পাম্ব খূদীংমক্‌পূ নুংসিব ঙম্রব মতম্‌দুদ মালেম্‌দ ঈংব তপ্প ফংব শোয়দব রাফম্নী। নুংসিব হায়্‌বদো য়াওদ্রব মীশক্তো করম্ন ঈংব তপ্প পুরক্কনি, গৌতম্ বুদ্ধন তাইবঙ্‌পান্‌গী নুংঙাইব কদায়্‌দ লৈবগে কোয়্‌ন থিব, খূদীংমক্ ঐগী ইরল্ নত্তে কদায়্‌দ অশেংব ইরল্ লৈবগে কোয়্‌ন থিরব মতূঙ্‌দ নুংঙাইব হায়্‌বদো ফংব ঙম্‌খি। বুদ্ধন পুথোক্‌খিব মীগী সেবা তৌব, মীনুংসি হায়রিব অদূন খ্বাইদগী নুংঙাইব হায়্‌বদো হায়্‌বদি, ইরল্ অশেংব হায়্‌বদো, মীবু নুংসিব, মীবু সেবা তৌব হায়্‌ব অসীন গৌতম্ বুদ্ধদন নুংঙাইজখি। অসীগুম্ব মপূ মহাক্কী নুংসিরব খোম্লোক্, নুংসিব পাউতাক্ অসীন ঐখোয়্ তাইবঙ্ মীওইবন ইম্ব তারবদি মালেম্‌দ ঈংব তপ্প অদুম্মক্ লাক্‌প হায়্‌বসে সোয়্‌দ্রবনি।

ফজম্রব রাফম্ অমন, কংলৈপাক্ত মনা ফংম্রব ঐখোয়্ কংলৈপাক্কী লেম্‌জনীংঙাই ওইরব মমীংদ পদ্মদ ইকায় খুম্নবগী মশক্ ওইরব আর. কে. সুরেশ দ্র হায়্‌ব রাইটর্ অদূন মহাক্কী শৈরেং অমদ ইরম্মী- 'ঐগী অশেংব লম্দি মীনুংসিব হায়ব পোৎশক্ অসীন থাঙ্গে সেংব অশেংব লম্নি'। মীনুংসি অমদি থরায়্ পাম্বসিংবু নুংসিব ঙম্দ্রব মীশক্ অমন করম্ন ঈংব তপ্প পুরক্‌প ঙম্‌গদৌরিবনো। তাইবঙ্‌পান্ অসীবু খুদূম্ চম্ব ঙম্‌গে হায়্‌রবদি ঈশাবু হান্ন খুদূম্ চম্ব তাবনি। মতম্ অদূদ মালেম্‌দ ঈংব তপ্প পুবক্‌প ঙম্‌গনি।

ঐখোয়্ পূম্নমক্‌পু মপূ মহাক্ক নুংসিবী। মহাক্ক ঐখোয়্ খূদীংমক্‌পু মহাক্কী থৌজাল্‌গ লোয়্‌নন অচুম্ব লম্বেল্‌দ চৎহন্নীংই। মপূ মহাক্ক মহাক্কী থৌজাল্‌গ লোয়্‌নন হরাও তয়াম্ন অমসুং তাইবঙ্ অসীদ নুংঙাইন থম্নীংই। মপূ মহাক্ক ঐখোয়্ পূম্নমক্‌পু মহাক্কী লৌসিং লৈননব মতম্ মতম্‌গী ওইব লাংওন্ ওইবব লাইপোক্‌সিং থাবক্নঈ। ঐখোয়্‌ন মপূ মহাক্কী মতীক্ মযাইসিং অসী লাংওন্‌সিং অসিদগী খঙ্‌ব ঙম্মী। মমাংঙৈদ হৌখ্রব লাইনীংলোন্‌সিং অদূ মপূ মঙোন্দগী লাক্‌পনি। মীওইবন কাউথোক্লম্রব লাইনীংলোন্‌সিং অদো অমূক্ হন্ন শাগৎনব, নৈননব হাযদুন ''বহাউল্লাহ'' হায্‌ব লাংওন্ অসী হৌজিক্কী চক্ত অমত ঙায্‌বব মপূ মহাক্কুন থাবিবক্‌পনি। লাইনীংলোন্ খূদীং চপ্ মান্নে, মতম্ মতমগী অহোংব নাইবনি। অহোংব নাইরবসু মপূ মহাক্কী পাউতাক্তি খেন্নব লৈতে। অসূম্ন মীওইব ফুরুপ্প তাইবঙ্ মপূ অসী অমতনি, ফুরূপ্ মশেল্ খায়্‌খিব মবম্‌দগী মপূ মহাক্কী মমীং খেন্নবনি হায়্‌ব অসী খঙ্‌ব ঙম্ব নুমিত্তু ঈংব তপ্প অদুম্মক ওইব তাবনি। মালেম্‌দ ঈংব তপ্পগী য়ুম্ফম্ শোয়্‌দন লাক্‌প তঙায়ফদ্রবনি। মপূ মহাক্কী মথন্নত হিংজবনি, মথন্নত লৈজবনি, মীওইবগী অরাবদ তেঙ্‌বাঙ্‌বিব মহাক্ নত্তুন কনা লৈবগে তাইবঙ্‌সিদ, মতম্ চুপ্পদ ঐখোয়্ মীওইবগীদমক্ত শোয়্‌দনব ঙাক্ সেন্দূন লৈব মপূদো মদুদগী হেম্ব ঐখোয়্‌গী লন্ করি লৈ। মপূ মহাক্‌পু নীঙ্‌ব হায়্‌বদি মহাক্কী পাউতাক্‌সিং, অচুম্ব অদূ তৌব তাবনি। অচুম্ববু মশক্ খঙ্‌লব মীওইসিংন ঙসী মালেম্ অসীদ ঈংব তপ্পগী য়ুম্ফম্ ওইরক্‌প তাবনি।

'বহাউল্লাহ'ন হায়রম্মী- মালেমগী নূপা-নূপীমচা খুদীংমক্ লাইরীক্ লাইসু নীংথীন তম্হন্গদবনি। মপূ মহাক্ল থাজরিব ঐখোয়্ খুদীংমক্ল ঈচা ঈশুসিংবু মহৈ তমহন্গদবনি। মহৈ মসিং ফজন হৈহৌরব পুন্সীবু হেন্ন নুংঙাইন লেম্ব অমসুং মপূ মহাক্কী মরম্দ হেন্ন খঙজীব অমসুং থৌগল্লোন্ লৈব হেন্গনি। লাইরীক্ লাইসু হেন্ন হৈরবসিংন মীপূম্ খুদীংমক্ চপ্ মান্নে হায়বসী খঙ্ব ঙম্মী। মপূ মহাক্ল ঐখোয়্বু নুংঙাই য়াইফন লৈহন্ব পাম্মী।

মীপূম্ খুদীংমক্ল মপূ মহাক্পূ থাজরব,মহাক্কী পাউতাক্ লৌরব মতম্দ লায়রব হায়্ব অদূ লৈররোই অমসূং মীপূম খুদীংমক্ল লন্ থুম্গী মীহৌব হায়্বদো লৈররোই। মীওই খুদীং অমতনি হায়ন খন্নরব মতম্দুদ অঙ্গঙ্ব হায়্বদূ লাক্কনি।

হৌজীক্কী মালেম্দ ঙংখৎনদুন অমগ অমগ হাইহৎনদুন পম্বুং য়াওদ্রব হৌরক্ফম্ য়াওদ্রব ব্লাখল্ কয়ামুক্ খায়্দোক্লুন লৈবাক্ অমগ লৈবাক্ অমগ মুক্খায়্নদুন মাঙ তাক্হন্দুন নুংসিব হায়্ব অদো লৈতন নাথৈদূন লৈনরক্লব মতম্ কুইরক্লব অদূদ মাঙ্ তাক্পন হেল্লক্লব কান্নব ফংনরক্লব মতম্ সাংলক্লব মতম্দ অমাঙ্ অতান হেন্গৎলক্লব য়াম্লক্লব অদুদ মীওইব ফুরুপ্শি লৌসিং লাক্লরক্লুন, অমাঙ্বন হেল্লে খঙনরক্লুন অহোংব ব্লাখল্লোন্ লাক্লব মতম্দ চহী তরাগী মমাঙ্দগী নেম্থরক্লুন লৌসিং লাক্লরক্লুন ঈংব তপ্প হায়্বদো খোঙ্ থাংজিল্লক্লমাল্লে হায়্ন খন্নব য়ারে। মালেম্গী অখঙ্ অহৈ কয়ামক্ল ম্ন খন্ন নৈনরব মতূংদ তপ্যাংবগী খোঙ্জঙ্ অসী চঙ্শিন্ব হৌরক্লব মতম্ অসিদ ঙসী ঐখোয়্ মীওইবন মপূ মহাক্কী পাউতাক্কী মতূং ইন্ন অফব থবক্ কযামুক্ তৌদুন ঈঙ্ন তপ্ন লৈমিন্নব হোৎনব হায়্বদো মতম্ য়ৌবক্লবনি। নুংসি চান্নন লৈবাক্ অমগ লৈবাক্ অমগ লৈমিন্নব হায়্বদি লৈবাক্ অমগী ব্লাখল্লোন্ করিনো হায়্বদো অতোপ্প লৈবাক্ অমগ তান্নবক্প মতম্ অদূদ অফ ফত্ত পূন্নমক্ খঙমীন্নরক্প হায়্বসে তৌনব মতম্ য়ৌবে হায়্ন অখঙ্ অহৈ কয়ামুক্ল তান্নরব মতূঙ্দ ঙসী মালেম্দ অঙ্গংব হায়্ব পোৎশক্ অদূ য়ৌবক্লিব অসীনী।

মপূ মহাক্ল থাবীরক্প লাইনীংলোন্গী লাংওন্ 'বহাউল্লাহ' ন তাক্পীবগী মতূঙ্ ইন্ন ফুরূপ্ খেন্নব, কাংলূপ্ , কুচু অমদী লাইনীংলোন্গী খেন্নব খুদীংমক্ মতম্ মতম্গী খেন্নবনি ,মপূ মহাক্কী অমতনি,মহাক্কী পাউতাক্কী চপ্ মান্নে মপূ মহাক্কী অমতনি। মপূ মহাক্কী পাউতাক্সিং লৌদ্রবদী লৈবাক্ অদো লৈখা তারবনি হায়্বিখিব, মপূ মহাক, মীওইব ঐখোয়্গীদমক্ত মতম্ পূন্বদ ঙাক্ সেন্দুন লৈরিবনি। অশীগুম্ব মপূ মহাক্কী পাউতাক্সিং অসীগী মতূঙ্ ইন্ন ঐখোয়্ মশেল্ নুংসি চান্নন ঈমা অমত্তগী মচানী খন্ন হিংমিন্নব হায়্বসে মালেম্দ ঈংব তপ্প লাক্লবগী ব্লাফম্দ অশোয়্ব য়াওদ্রব পাউতাক্লি। মালেম্গী মফম্ খুদীংমক্ত চহী তরাদগী হৌনঈংব তপ্প হায়্ব সেংলব, ফজগ্লব ব্লাফম্ অসী খন্নব হৌরক্পগ লোয়্নন মীওইব ফুরূপ্ অসীন ঙসী ঈংব তপ্প হায়্দূন মফম্ খুদীংমক্ত লাউনরক্লি, থিনরক্লি। ঈংব তপ্প হায়্বসে কোয়্ন থিবদ ফংব খর ব্লান থোক্কনী। লাইনীংলোন্গ মরী লৈনদব য়াদে। ফজগ্লব বহাই লাইনীংঅসীন মীওইব ফুরূপ্লু তম্থীরব অব্লা অনাগী

খায়াত্তগী কম্ব ঙম্রগনি। মপূ মহাক্ নত্তন তাইবঙ্বু খুদোংথীবদগী কম্ব ঙম্ব কনা লৈরিবগে। ঐখোয় খূদীংমক্ক মপূ মহাক্পু থাগৎসী। মতম্ মতম্গী লাংওন্সিংন পীবীরম্ব পাউতাক্সিং অসি মীওইব ফুরূপ্ পূম্নমক্ক মপূ মহাক্কী য়াথংসিং পূম্নমক্ অদূ লৌরবদী মালেম্দ ঈংব তপ্প অদুম্ লাক্কনি। মীওইব খূদীংমক্ক মপূ মহাক্কী পাউতাক্সিং লৌরব, অচুম্ববু চৎলব মতম্, অচুম্ববু থিব, ঐখোয়্ন অচুম্ব চৎনবী অদূ চৎলব মতম্ অদুদ ঐখোয় খূদীং অফব লম্বেল্দ চৎপ হায়্বসে শোয়দ্রবনি। হম্বুরৈদি লৈকোল্ অমদবু ওইরবসু, অমদবু ওইরবসু শাৎলুব মফম্ খূদীং ইফদ ফজে হায়্বদো থাজগদবনি। মরম্দী অচুম্ব হায়্বসে অমখক্তনি, অমসূং অচুম্ব মীপূম্ খূদীংমক্ক থিমিন্নব তারবদি ঐখোয় মীপূম্ খূদীংমক্ অমত ওইরক্কনি হায়্ব অসী মপূ মহাক্ক মতম্ লৈব থিবিক্ত হায়্দুন লাক্রবনি। মতম্ অসী লাংওন্সিংন মীওইব ফুরূপ্গী য়াইফনব মতম্ পূম্বদ পাউতাক্ পীবীরি। মপূ মাবূ নীংউ হায়্বদি মীনুংসি লৈয়ু হায়্বনি, মীনুংসি লৈয়ু হায়্বদি অচুম্ব চৎলু হায়্বনি। অচুম্ব হায়্বদি ঈং-চীক্প হায়্বনি, ঈং-চীক্প মীওই খূদীং পূক্চেল্ অমত্ত ওইন লৈমিন্নদুন হাৎন-শুনব, মমল্ য়াম্রব মীওইবগী মপোক্পু হেক্ত হাত্তোক্প, মী হাৎলগত নুংঙাইজব, খূৎ চুম্রগ মী শিরগ হরাওন মতোম্ত নোক্চব অসীগুম্ব ৱারক্ ৱাতেম্ব, ফূ-চৈব, চুম্থোক্পিব য়াওদন হেক্ত হাত্তোক্কগ হরাওজব খূদীংমক্ অসী তোক্থোক্তুন অপূম্ব নুংসিনব চান্নব ওইবক্তুন মালেম্দ ঈংন-চীক্ক প'ম্ব শোয়দ্রবনি। মালেম্গী মফম্ পূম্নমক্ত হাৎন-শুনব পূম্নমক্ তোক্থিবদ মালেম্দ ঈং-তপ্প শোয্দন ওইব হায়্বসে শোয়দ্রবনি।

**খোঙ্কাপ্ ৩৪:** ঐহাক্ অসীগী ঈশাগী চৎনবী চৎত্রবদি করম্ন মীওইববু তিন্নব ঙম্গদৌরিবনো, ঐন ঈশাবু চৎনবী অমগী মখাদ লৈরবদি চাব মতম্, তূম্ব মতম্ খূদীংমক্ মতম্ নাইন মপূ মহাক্পু খুরুমদুন চৎনবী অমগী মখাদ ঙাক্ক চৎলব মীনুংসি লৈরব মতম্ অদুদ মঙ্লাক্রদুন সিব হায়্বদো লৈররোইদবনি। ঐ হায্বসে ঈশাদ চৎনবী ঙাক্ক থবক্ তৌরব মতম্ অদুদ লৌসিং লাক্কনি, লৌসিং লাক্রব মতম্দুদ থবক্ খূদীংমক্ অফব ওইগনি। মতম্ অদুদ মপূ মহাক্ক চান্বিদুন ঐহাক্পু অফব লম্বেল্দ অদুম্ লম্জৌংবিগনি। মতম্ অদুদ ঐহাক্ অসে থম্মোয্ অসে সেংগনি, ঈংগনি, অশাওব লৈররোই। মতম্ অদুদ মীপূম্ খূদীংগী ওইন লৌসিং লাক্রবদি মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) লাক্প হায়্বসে শোয়দ্রবনি। ঐখোয় নূপীগী খুন্নাই অসিদসু ফজন ৱাখল্ লৌসিং চঙ্খোম্লব মতম্ অদূদ হায়ব্দি নূপী হায়্বসি তাইবঙ্পান্গী মমানি, তম্জনিংঙাইনি নূপীদগী অফব মচাক্ পূম্নমক্ থোক্লিবনি। তাইবঙ্পান্দ নূপীন ঙম্দব লৈতে। নূপীতন মালেম্ সেম্ব ঙম্রিবনি। অসীগুম্ব নূপী মতম্গী মতূং ইন্ন মালেম্গী শক্লায়্রব নূপী মশীং থীঙম্দ্রে। লৈঙাক্লোন্গী লম্দ, শান্নবগী লম্দ, লোইনসিম্লোন্দ শক্লায়্রব নূপী কয়া থোরক্রে। ঐহাক্ক অসীগুম্ব শক্নায়্রব নূপীসিং অসীগী মরম্দ চাউথোক্চৈ, হায়্নিংঙাই লৈতন নুংঙাইজে। অসীগুম্ব তম্জনিংঙাই ওইরব মালেম্ ঈমাগী শক্লায়্রব

খূদীংসিং অমসুং মপূ মহাক্কী পাউতাক্সিং  লৌবিদুন হৌন-লোন্চৎ ঙাক্ল চত্তুন মপূ মহাক্পু থাজবগ লোয়নন মচা খূদীংমব্  তাক্পি তম্বীদুন অফব থবক্ কয়া পায়খৎলব মতম্ অদুদ মালেম্দ ঈংব তপ্প লাক্প হায়বসে শোয়দ্রব ব্রাফম্লি। মপূ মহাক্কী মচা ওইব ঐখোয় খূদীংন অচূম্ব চৎলবা মালেম্সে কৈদৌঙৈদসু লৈখা তাররোই। মমাগী থৌদাং য়াম্ল চাউই, নেপোলিয়ন হায়রিব অদূনী '' ঈমা অফব অম পীয়ূ, মালেম্সে খুদূম্ চন্গে''।

**খোঙ্কাবপ্ ৩৫** ২০০০ এ.ডি. দগী মালেম্গী অহোংব অম লাক্লগনি হায়ন লৈবাক্ লৈবাক্কী লৈঙাক্লোন্গী লুচিংবসিংন খংলক্লবনী। মালেম্গী লাল্ হায়ব অসীদ অঙাঙ্সিং কয়া কয়া মাঙ্হন্ব সবমেরিন্ অমখক্ল মালেম্দ লৈরিব অঙাঙ্সিং অসীগী লাইরীক্ লাইসু তম্বদ চঙ্গদবসিং অদূ কোন্নরিবনি। অসীগুম্ব অমাঙ্বসিং অসী কনাশু পাম্লরক্ত্রে। মপূ মহাক্কী পাউতাক্কী মতূঙ্ ইন্ন মীওই খূদীং মপূ মহাক্কী পাউতাক্সিং লৌনরক্পগী মতূঙ্ ইন্ন মীওই খূদীং ঈংব তপ্প পাম্রক্পদগী অমাঙ্বগী থবক্সিং অসী তোক্লক্প থাদোক্লক্প অসী চহী তরামুক্কী মমাঙদগী হৌন লৈরক্লবনি। মপূ মহাক্কী লাংওন্সিংন মমাংদগী হৌন তাক্পীরক্প হৌন লোন্চৎসিং অদূতবু ইঞ্জদুন তপ্য়াংবগী লম্বেল্দ চৎপ অসী মীওই খূদীং পাম্লরক্লব মতাঙ্ অদূ য়ৌরক্লবনি।

মালেম্ অসীদ খব অমন মুব,খর অমন ঙৌব হায়দুন লৈনরিব অসী অমত ঙাইরব মপূ মহাক্কী খূৎশেম্লি, থব্রাযদি অমতনি, চপ্ মান্নে, খেন্নব লৈতে, নুংসি চান্নন লৈমিন্নবতন ঐখোয্ মীওইব খুন্নাই অসী চাওখৎমিন্নব, অফব ওইরক্প, নুংঙাইব অসীনচিংব ময়াম্ অসী ওইরক্প তাবনি। মপূ মহাক্ল তাইবঙ্ মীওইব ঐখোয়সে কয়াদ নুংসিন শেম্বীরক্লিবনো। শরেপ্ ফাব অদূগুম্ব মঙা পুন্সিযু হায়ন মপূ মহাক্ল থারক্পনী, মীওইবন শারেপ্ ফাব অসী চহী ২৩দ ফাই। ২৩দ ৫, ১১৫ অসী পুন্সিব হায়বশে মপূ মহাক্ল পীরক্লবনি। অদূবু ঐখোয়ন লন্ থূম্গী মিহৌনবদ অমন অমবু হাত্তোক্লদুন মীনুংসি হায়বদো য়াওদন মাঙ্ তাক্হল্লি,মপূ মহাক্লদি মচাসিং অসী কয়াদ নুংসিখ্রব, মীৎ অম তাঙ্লবসু. মীৎ অমন উনব শেম্বীরি. কিডনি অম ফেল্ ওইরবসু অমন হিংব য়ানব হায়দুন অনী অনী শেম্বীরক্লি। মসীদ মপূ মহাক্কী মচাশিং অসীন মপূ মহাক্ল হায়ব অসী ইম্বিফম্ থোক্পরা হায়ন নীংই। মতম্গী মতূঙ্ ইন্ন মীওই খূদীং মপূ মহাক্ল হায়ব অদূ ইম্ব হৌবক্লে হায়বসে অইবী ঐগী ব্রাখল্ন লাম্ব ফংলক্লে। মতম্ মতম্গী লাংওন্সিংন তৌরিব থবক্সিংদো মতম্ অদূগী চানব থবক্লী। কৃষ্ণন নারগ হিদাক্ চাগনী হায়রম্দে। ভোৎকী মতাঙ্দসু কৃষ্ণন, জিসুস্ন. অমদি মোহম্মদ্ন হায়রম্দে, মতম্ অদূদ ভোৎ লৈরম্দে। হৌজীক্কী মতম্দ লাংওন্ অনৌব 'বহাউল্লাহ'নদি মতম্ অসীগী থৌদোক্ হায়বদী মতম্গী চৎনবীগী মতূঙ্ ইন্ন নারগ হীদাক্ চাগদবনী হায়রী। মতম্ মতম্গী লাংওন্সিংন মতম্ মতম্ অদূগী থৌদোক্সিং অদূগ চাননব শেম্বীবনি। মীওইব ফুরূপ্ অসী মপূ মহাক্ল নুংসিন, তেক্ত কায়দন  নুংঙাইন লৈননব হায়দুন

শেম্বীরক্পনি। মপূ মহাক্কী মিংচৎনি ঐখোয়্সে মাগী মিংচৎ মাঙ্দনব ঐখোয় খিবীক্ক ঈংব তপ্প লৌসিং তান্সিম্ব হায়্বসে তঙায়ফদ্রবনি। মপূ মহাক্পূ নীংব হায়্বসে ব্লাখল্ লৌসিং তান্সিম্বনি, মপূ মহাক্পূ থাজব ঙম্রবদি লৌসিং হেন্গৎলবনি, ব্লাখল্ লৌসিং লৈরব মতম্দদী মালেম্গী পূম্নমক্ হায়্বদি মীওইব খুম্নাই খুদিংমক্ অফবথাক্ত লৈরগনি, মতম্ অদুদ শান্তি ওইব হায়বসে সোয়দ্রবনি। ব্লাখল্ লৈতাবদ মীওইন মপূ মহাক্পূ নীংলগ করি তৌগদৌরিবনো তত্তন হায়্। তাইবঙ্ মপূ হায়্বদি লৌসিং হায়্বনি, লাইরিক্ত হায়্রিব পাউতাক্সিংদো পারগ 'ঈমা ঈপান হায়্ব ইন্গদবনি হায়্রিবসি মালেম্গী মশক্ নাইব ফাওরব মীওইসিংন হায়্রম্বনি। ঈমা ঈপা মীৎন উব লাইনি হায়্রিব অসী খঙ্লব মীওই খূদীংন মপূ মহাক্পুসু নুংসিজবগ লোয়্নন মহাক্ক হায়্ব খিবিক্ ইম্ব তারবদি পূম্নমক্তগী থোইদোক্ হেন্দোক্প লৌসিং লৈরে, মতম্ অদুদদি মীওইব ফূরূপপ্ পূম্নমক্কী য়াইফনব হোৎনরক্প সোয়্দ্রবনি। লম্চৎ হায়্বসিন মীওইবগী পুন্সিদ য়াম্ন মরুওইব অমনি। লম্চৎন মীওই মপোক্ অমগী য়ূম্ফম্নি হায্ন নীংজৈ। চেক্শীন্ন শেম্রব য়ূম্ফম্ অদূ কৈদৌঙৈদ নীংখায়্ব ঙম্রেহি। অদূগুম্ব অফব লম্চৎকী য়ূম্ফম্দ শাগৎপ মীওইবগী পুন্সিদি শোয়্দন মহৈ য়াম্লি। মীওইবদ পাঙ্গল্ অমসুং থৌনা পীবিবদি  লম্চৎনি, লম্চৎ হায়্বসি তশেংনমক্ থৌনানি। মীওই খূদীংমক্ক লৌসিংন পাঙ্গল্নি হায়্নৈ। সদগুরুদেব স্বামী সিবানন্দজীন তাক্পীবগী মতূং ইন্ন ''লম্চৎন পাঙ্গল্নি'' হায়্ব অসী ঐসু য়ানিংই। লম্চৎন লৌসিং লাক্কনি, লম্চৎ যাওদন লৌসিং লৈব ঙম্রেহি, মপূং ফান শাৎকায্বব লৈদ লৈনম্ যাউরক্পগুম্ন লম্চৎ ফজরব মীওইদ মশান লৌসিং অদুম্ লাক্চবগনি। মীওইবগী লম্চত্তি শিব নাইদবনি। লম্চৎ ফজব মালেম্গী অফাওব মীওইসিংগী মিংচৎ ঙসীফাওব শিব নাইদন লৈনরি। লম্চৎ যাওদ্রব মীওইদি তশেংনমক্ হিংন হিংন অদুম্মক অশিবগ পাঞ্জক্লি। মহাক্পু মীয়াম্ন থওইবিদে। পুন্সিদ মায্ পাক্প পুবক্প মপূ মহাক্ক লম্দ খঙ্ব লৌসিং লৈব হায়্ব অসী  অশেঙ্ব অমসুং অমক্প লৈত্রব লম্চৎ লৈববতদ ওইব ঙম্মী। লম্চৎ হায্ব অসি থব্লায্গী পাঙ্গল্নি। লম্চৎ অফব হায়্বসে স্বামী সিবানন্দন তাক্পীবম্মী, থৌজাল্ হৈব, অচূম্ব চৎপ পূক্চেল্ চাউব, ঙাক্পী হৈব, মীন তৌবদ যেৎকন্দব, নোম্লুক্প, নম্থাক্ তৌগন্দব, মীগী মাঙনব শীন্দব, তাক্পী তম্বীবক্পসিংগী থৌগল্ তৌব, থম্মোয্ শেংব, লেপ্খিবদ থম্মোয়্ হোংদব, মশাবু খূদূম্ চম্ব, কায়াৎসিংগী হীরম্সিংদ পাম্সিম্ব তৌদব, পোক্প শিব অহল্ ওইবগী ব্লাখল্দ মনূং হঞ্জিন্ন খম্ব, অকিব লৈতব, লূন নান্ন লৈব, থব্লায়্ পাম্ব খূদীংমক্পু নুংশিব ঙম্বগী  থম্মোয়্ পাম্ব অসিগুম্ব চৎনবী খূদীংমক্ অসী চৎপ ঙম্রব মতম্ অদূদ ঈংন-চীক্ক লৈরবনি, অসূন্ন ঐখোয়্ মীওই খূদীংমক্ক অসীগুম্ব লম্চৎ অসী চৎপ ঙম্রব, হায়্বদি অসীগুম্ব মীওই ঙাক্ত ঙায়্বব, মতম্ অদূদ মালেম্সে ঈংন-চীক্ক পাম্ব ওইরক্কনি হায়্বসে মীওই ফূরূপ্ খূদীংমক্ক খঙ্নরব ব্লাফম্নি।

**খোঙ্কাপ্ ৩৬ ঃ** ঙসী মালেম্দ উংখৎনরিব অসী অতৈ অতোপ্প অমগী নত্তে,মালেম্দ লৈরিব মীওই খূদীংমক্কী ওইব ৱাফম্নী, মালেম্দ অমগ অমগ য়েংসিন্নবগী মওঙ্ অসী সাইন্টিষ্ট সিংগ তানদূন খন্নে, অদূন হীরম্ খূদীংমক্ত চান্ন চিন্নন লৈমিন্নব ওইরগদি ঙসী মীওইব ফূরূপ্ খূদীংমক্কী ঈংব তপ্প লাক্পদ অরায়্ব ওইন থোক্কদব ৱাফম্নী। কাংলোন্ন সেম্গৎলিব অমদী লাইনীংলোন্ অসীগ লোয়্নন অপূন্ব তান্ন নৈনরব মতম্ অদূদ তপ্য়াংব (শান্তি)গী থোঙ্দো লাওন হাংদোক্লগনি। অঙাঙ্গী ৱাখল্লোন্ থাদোক্প হায়্বদিঅহল্লোন্গী ৱাখল্ লৈব ঙম্রব,লৌসিং মপূঙ্ ফারব মতম্, তাইবঙ্ মপূ অমতনি খন্ব ঙম্রব, মপূ মহাক্কী লম্জীঙ্ মখাদ মতম্ লৈব থিবিক্ত চৎপ ঙম্রব,লাইনীংলোন্বু নীংহন্নব লৈতন থাজব মীওই খূদীং চপ্ মান্নে খল্লব,মীওইবগী ৱাখল্দ শেম্দোক্ সাদোক্প হায়্বসে মশা মশাগী থম্মোয়্দ খল্লীব ৱাখল্ অদূন ওইব মহৌশানী, মীওই খূদীংন অফব থবক্সিং কয়ামরূম্ তৌমিন্নদুন চপ্ মান্নব মওঙ্দ চৎমীন্নরব মতম্ অদূদ তিঙ্খংন থল্লব তাইবঙপান্ অসিদ সেংলব তপ্য়াংব (শান্তি)গী লমথূংফম অদূ শোয়্দন য়ৌন ঙম্গনি হায়্বসে শোয়্দ্রব ৱাফম্নি। মালেম্দ অরিব হক্চাঙ্ন মাঙ্খ্রবদ অনৌব হক্চাঙ্ন নৌন মথঙ্-মথঙ্ লেপ্প লৈতন চখরক্লিব নোংম-নোংমগী হেন্গৎলক্লীব লম্চৎ শাজৎ মীওইবগী পূন্ফম্ ওইব থিবীক্ অসী মীওইবগী চাওখৎ খোঙ্থাঙ্দ তত্তন পাউতাক্ পীফম্ ওইরবনি। লোইব খন্ব নইদ্রব মীওইবন পোক্লীব মপোক্ অসীদ মপূ মঙোন্দ থাজব থন্ব ঙম্রব মতম্দ মালেম্দ ঈংব তপ্প হায়্বদো পূরক্প ঙম্গনি। অৱাব কযাদগী অখাঙ্ কন্ব চাওখৎপগী খোঙ্থাঙ্দ অশোন্ অনাবু ঙাক্পীব, নহা অহল্ অচৌ পিশক্ খায়্দন মীওইববু ঙাক্পীব ঙম্রব মতম্ অদূদ ঈংব তপ্প ওইরগনি। মীওই খূদীংগী থম্মোয়্ সেংদোক্লব মপূ মহাক্পু ঐগী অশেংব ঈপানী খল্লব মতম্ অদূদ মালেম্দ ঈংব তপ্প লাক্কনি। মীওইব ফূরূপ্ হায়্রিব অসী মতম্ পূম্নমক্ত লৈবাক্ অমন লৈবাক্ অমগী মথক্ত অদুম্মক ওন্খৎনদুন লৈরগ থম্মোয়্দ থবক্ য়াম্ন চিল্হন্দুন অদুম্মক্ লৈথোক্ই। মীওইবগী পূন্সী অসী মতম্ খরতনি,হায়্বদি তেল্লব মতম্দ ঙাইঙম্দন অদুম্মক্ মপূ মহাক্কী মফম্দ চৎখি। ৱাখল্ লৌসিং লৈব হায়্ব পোৎশক্ অসী মপূ মহাক্কী মফম্দগী লাক্ই, হায়্বদী মপূ মহাক্ল ঙসী তাইবঙ্ মীওইব খূদীংমক্ত নুংসিন্নব খোম্থোক্ কয়ান তাইবঙ্পান্দ মতম্ খর লৈজবদ মিনুংসি খঙ্ন খৎন চৈনব য়াওদন তপ্য়াংব (শান্তি)গী লম্বেল্দ খূৎশম্নন পূন্সী লন্বী চৎমীন্নবদ য়াম্ন যাংন অকী-অখঙ্ লৈতন চৎমীন্ন,থম্মোয়্ হায়্রিব মপূ মহাক্কী মচি মচেৎ অম য়াওরিব অসী তাথরক্তনব,খূদোংথীবনসূ ঐবু লাঙ্তক্লহন্বিদব, মপূ মহাক্পু খঙ্জনব মহাক্পু ঈরাৎচনব, মহাক্ল শেন্বীবনি হায়্ন মতম্ খর তাইবঙ্দ লৈরিবসিদ হৱাও তয়াম্ন খূৎশম্নরগ চৎমীন্নরব মতম্ অদুদ মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) লাক্প হায়্বদো শোয়্দ্রব ৱাফম্নি।

**খোঙ্কাপ্ ৩৭ ঃ** মালেম্গী মনূঙ্দ চাওখৎপগী ঈহান্ হান্ব তৌরম্রিব

চাওখৎ থৌরম্‌সিং অসী কাইনথংদ চাওখৎলক্‌প মীওই ফুরূপ্ন মতৌ তম্ব হৌনসানি। চাওখৎ থৌরম্‌দ খূদীংমক্‌ খোঙ্‌দামিন্নগদবনি, কা হেন্ব থবক্‌ তৌবন মালেম্‌দ অৱাব ওইব তাবনি। চাওখৎলক্‌পগী থাক্ত ঐখোয়্‌ মশেল্‌ পুম্ন অফ ফত্ত লৈবাক্‌ অমগ লৈবাক্‌ অমগ তিন্নদুন তাথোক্‌ তাশিন্‌ তৌদুন, খূৎশম্নন চৎমীন্নবগী খোঙ্‌ থাংমিন্নদুন পূক্‌চেল্‌ তপ্‌থন মালেম অসী অমতনি, মপূ অমতনি, লাইনীংলোন্‌ অমতনি, মীওই ফুরূপ্‌ অমতনি, মালেম্‌ অসী লৈবাক্‌ অমতনি, মীওই খুন্নাই অসী লৈবাক্‌ অসীগী মীয়াম্‌সিংনি হায়্‌ব অসী ঐখোয়্‌ খূদীংমক্ত খন্‌মীন্নদুন হৌজীক্‌ মীওইবন হিংলিব মতম্‌ অসীগ চানব চৎনবী কয়ামরূম্‌ অদূগ লোয়্‌নন চৎমীন্নদুন চাওখৎ থৌরম্‌সিং তৌমিন্নব মতম্‌ অদুদ মালেম্‌দ ঈংব তপ্প অদুম্মক্‌ লাক্‌প হায়্‌বসী শোয়দবনি। কনাগুম্ব অমন অফব থবক্‌ থৌরম্‌ কয়া তৌরক্‌প অদূদ মহাক্কী থবক্‌ অসী মতম্‌গ চানদে হায়্‌দূন ময়াম্‌ চঙ্‌দুন হাত্তোক্‌পিব য়াওরবশু মহাক্ত সিখ্রব মতূংদ অদুম্মক্‌ মীওইবন চাওখৎ খোঙ্‌থাঙ্‌দ চৎনরক্‌তবশু নত্তে।

**খোঙ্‌কাপ্‌ ৩৮ :** তপ্‌য়াংব (শান্তি)গী খোঙ্‌চৎত য়ূম্বান্‌ কৈবাল্লিব য়ূম্‌ অমগী মীওইসিংন করম্‌ তৌরগ ফজন মওঙ্‌ তান লৈগনি, লৈরগন করম্ন অফব য়ূম্বান্‌ ওইরক্‌প, অফব য়ূম্বান্ন মালেম্‌গী অফব ওইরক্কুন হায়্‌বদি য়ূম্‌দুগী অঙাঙ্‌সিং ফজব মওঙ্‌দ শেম্‌দুন লৌসিং লৈহম্ব, মহৈ মসিংগী মঙাল্‌ ফংহল্লব মতূংদ মালেম্‌গী অফব ওইরক্কুন তপ্‌য়াংব (শান্তি)গী খোঙ্‌জঙ্‌দ লোইন চঙ্‌মিন্নরব মতম্‌দ মশান অফব পুবক্‌প হায়্‌বদো ওইব তাবনি।

তম্‌খিরব য়ূম্বান্ন মালেম্‌গী মাঙ্‌ তাক্লবগী মশক্তি, অসীগুম্ব চবক্‌ চহীং নাইব ফীভম্‌ অসী শীংনদুন মাযোক্লবদ মখোঙ্‌ সেম্ব মীওইসিং, ৱাখল্‌ হক্‌চাং ফহম্বসিং মপূং ফাহন্নব হোৎনব তাবনি। তোঙান্‌ তোঙান্ব খেন্নব লোন্‌চৎ, শিন্‌ফম্‌, খেন্নখ্রব থৌদোক্‌, মীৎয়েং কয়াদ সিন্‌ফম্‌ ওইদুন চিনাদগী কেরিবিয়ান্‌ ফাওবর্ণী মনূঙ্‌দ লৈবগী মীহুৎসিং য়াওদুন অমগ অমগ থাজনব ইকায়্‌খুম্নবগী ঈহৌ সাগৎপ অদূগ পূন্ন থবক্‌ তৌমিন্নখি। মখোয়্‌ মখোয়্‌গী ৱাখল্‌ ফোঙ্‌দোক্লখি। পূন্ন চপ্‌ য়ুংন খন্থমিন্নদুন মালেম্‌সিদ তম্‌খিদনব য়ুম্বাল্‌ মশীং হেন্‌গৎনব পূন্ন হোৎনমিন্নবগী যূম্ফম্‌ ফংখি। ইমূং খৎন চৈনবন, খুন্নাইগী যূম্ফম্‌দ অকায়্‌ব ওইহল্লি, মীওইবগী শেম্‌গৎ সাগৎপদ অয়েৎপ ওই, ইমূং মনূং খৎন চৈনবসিন খুন্নাইদ অকায়্‌ব য়াম্ন পী অমসূং ভম্‌খিব য়ূম্বান্‌ হায়্‌বদো ওইহন্দুন লৈবাক্কী অমাঙ্‌ব কয়া থোক্‌হন্দুন ফত্তব থৌদোক্‌ কয়া থোক্‌হল্লি। ইশৌ লাংবন খুন্নাইগী শেম্‌গৎ সাগৎপদ অপম্ব পী হায়্‌বসি য়াম্ন তোয়্‌ন হায়্‌নরব ৱাফম্লি। মাঙ্‌লম্‌চত্তগী মীওই কয়ামরুম্‌দগী লৈরক্লব মরাইবক্‌ থীরব অঙাঙ্‌সিংবু মীওই মীরেপ্‌ ফারক্লব মীওইসিংন তুহৎপীব, নম্‌থবীবগী লীচৎ অসী য়াম্ন ফত্তব মাঙ্‌নবগী মচাক্তি, অসীগুম্ব মাঙ্‌ তাক্লবগী থবক্‌ থৌরম্‌সিং অসী লৈরিবমখৈ অমাঙ্‌ব ওইব তাবনি। য়ূম্বান্‌ কয়া অম মহৈ য়াল্‌হন্‌গে, চাওখৎহন্‌গে হায়্‌রবদি নূপা নূপী খূৎশম্নব তঙায়্‌ফদে, খুন্নাইগী কাঙ্‌লূপ্‌ পূম্নমক্ত তেঙ্‌বাঙ্‌বিব ফৈ। ফনব পান্বৈ অমদি য়াইফ য়ূম্বাল্‌, অফব ওইহম্ব

হায়্বদি ইমূং মনূং মহী লাঙ্‌লবদি নূপা  নূপীদ নত্তে, মচা মশু ফাওব ফত্তব থোক্লক্লবগী মহৈ অদূ শেম্‌গৎ শাগৎপ ওইরক্‌ই। য়ুম্বাল্ অসী অনৌব মীৎয়েং অম থম্‌দুন ফন,মওঙ্ চান থম্নব হোৎনব ফৈ। ইকায়্‌খুম্নবগী মওঙ্‌দ য়ুম্ পান্ব ফৈ। নম্‌জা নম্‌থেক্লদুন ইফীং ফিংন মওঙ্ তাদন য়ুম্ পান্ব ওইরবদি য়াম্ন কায়্‌নিংঙাইহিনি। ইমূং মনূং মচীন্  মনাও ওইব য়াই, মচে মচল্ ওইব য়াই, চরক্ চহীং নাইব,খৎন-চৈনব য়াওদন ঈংন ইকায়্‌খুম্নন ফজন লৈমিন্নব মতম্‌দুদ মালেম্‌সে ঈংন চীক্ল লৈব ঙম্‌গনি। মমা মচা খৎনদুন মতম্  পূম্বদ লৈব তারবদি মচাসিং অদূ মমৈদ ব্লাখল্ সোইরোম্ব ওইরক্‌প হায়্‌বসে হায়্‌রুদ্রবসু অদুম্ ওইরগদবনি, মদূন য়ূম্বাম্ব মতম্‌দ য়াম্ন চেক্‌শীন্ন য়ূম্‌দুদ লৈরিব মীওই খূদীং খৎন-চৈনব য়াওদন চরাঙ্‌নব য়াওদন উংখৎনব য়াওদন  ঈংন-তপ্প চীং লেম্ব খোঙ্‌জঙ্‌দ অমগ অমগ তাথোক্ তাশীন্ তৌনদুন অমন অমবু ইকাইখুম্নবগ লোয়নন থক্‌শি খাশি নাইন ইংন তপ্প য়ুম্বাম্লোন্ খঙন মতম্ পুম্বদ চত্থরব মতম্ অদুদ অইংব য়ুম্বাল্ অম ওইন তাবনি। মতম্ অদূদ অদুগুম্নব য়ুম্ ঙাক্ত ঙাইরবদি লৌশিং লৈরবনিনা মালেম্‌দ অঈংব লাক্কনি। অমরোম্‌দ হায়রবদ ষ্টেট্ খুদিংমক্কী মাগী মাগী নুপী অঙাঙ্ ওৎপীব্রদগী ঙাক্‌থোক্‌পীনব হোৎনগদবনি,অমন অমবু নম্‌থবিবগী মহুত্ত অয়াম্ব  মতম্‌দ ইকাইখুম্নবিগদবনি। মীগী মমল্ খঙ্‌নব লাইনিংলোন্‌গী অমসুং লৈঙাক্লোন্‌গী মরম্‌দ খঙ্ হৈবশিং অমসূং লাইরিক্ হৈব অমসুং, আইনগী মরম্‌দ খঙ্ হৈবব অমদি আইনগী চুক্তি পায়রিবশিংন মীয়াম্‌দ অফব থবক্ থৌরম্ কয়া সাগৎপিগদবনি। তম্‌থিব খুন্নাইদ তম্‌থিব ঈহৌ থোক্‌ই, তম্‌থিব খুন্নাইন যুম্বাল্‌সিংবু ফত্তব থোক্‌হল্লি। নূপীন হানন সাগৎখ্রব অমসূং নুপীন অতোম্বনি খন্‌খ্রব য়ুম্বাল্‌শিংন য়াম্ন তোয়্‌ন থাক্ হহ্ন অমসূং সেল্ থুম্‌গী ফিভম্ ফত্তব নুপী অঙাঙ্‌দ ওৎ নৈবগী থৌদোক্ মরা তান লৈখ্রে। খুদম্ ওইন হায়রবদ নুপা য়ু থক্‌পন য়ু থক্‌চীম্লগ মচা মতূ ফূবদ য়াইফ য়ুম্বাল্‌গী মমি ফাওব তাহন্দন লোইনমক্ মশা শোক্‌হল্লি। করিগুম্বদ ব্লাখল্ চৌইখিব অঙাঙ্ য়াওখিদব নত্তে। থোইদোক্ল লুরিবদি নীংব কায়মন্‌খিদুন পূম্সী লম্‌ফৈ চৎখিদুন ইমুংগী য়েক্লবত নত্তন খুন্নাইগী য়েক্লব ওইখিব য়াম্ন য়াওই। সাউথ্ অফ্রিকাদ তম্‌থিব য়ুম্বাল্ ওইহম্বদ লৈবাক্ অদুনসু চাওখৎপ খোঙ্‌থাংদ অয়েৎপ ওইরম্মী। নূপীবু অল্লাংব থাক্ত য়ৌহন্দন নম্‌থদুন থম্লিবমখৈ নুপীশিংসু হান্ন য়ৌরম্ব য়াব অল্লাংব অচৌব থাক্ত অদুম্ য়ৌদন লৈখিনি। অল্লাব তারব তুহৎপিরবসিংবু  মখোয়্‌গী অল্লাব নুংঙাইতব,নুপীন মতীক্ চাদ্রবদি মীওই খুন্নাই খূদীং মীতক্ চাদ্রবনি মরম্‌দি মমান মচা য়োক্লিবনি, অফ ফত্ত খূদীংদ মমান য়েংসিন্দুন মচাবু অফব ওইহল্লি। মরম্ অসিন মমা  অসি খুন্নাই অম্‌দ ফত্তব য়াদে। মমা ফহন্‌গে হায়্‌রবদি নুপীবু  নম্‌থদুন থম্বীব হৌনদে। নুপী নম্‌থরবদি মমাদুসু অফব ওইরক্লোই।

ওজাসিংন চান্ন চিন্নন অমদি পূন্ন হিংমিন্নবগী পান্দম্ অসি মনুং হক্‌চিন্ন খঙ্‌দ্রিঙৈদ অঙাঙ্‌দ তম্‌বীগদৌরিব পরাসিং অদূ মূৎ তান খঙ্‌দ্রিঙৈদ মখোয়্‌বু ব্লাখল্ লৌশিম্ব ঙম্নব তাক্‌প ঙম্রোই। অখন্নব ত্রেনিং ফংলব ওজাসিংন মথক্কী

পান্দম্ অসি মনুং হক্ক খঙলদুন মহৈরোইসিংবু নিংথিন ৱাখল্ লৌশিন্ব ঙম্নব ত্রেনিংসি চাওখৎলক্লবগীদমক্ত অঙাঙশিংবু ত্রেনিং পীরি। নুপা নুপী চপ্ মান্নৈ হায়ন তম্বিগদবনি। নুপা নুপী খুদীং চপ্ মান্নৈ খন্ন থবক্ তৌরব মতম্ অদুদ মালেম্দ অঙৈংব লাক্কদবনি। নুপান উ পান্নী মরূ অদুনি,মসা মরেঙ্ সন্দোক্লিব অদূন নুপীনি হায়্ব অসী রবিন্দ্রনাথ থাকুর্ন হায়্বীখিবনি। উ পান্নী অসী তঙ্খায়্ অমন নূপা, তঙ্খায় অমন নুপীনি। মরম্ অসীন নূপা নূপী চপ্ মান্নৈ। নূপা নূপী চপ্ মান্নন চৎমীন্নরব মতম্দুদ মালেম্দ অফব থাক্ত অদুম্মক্ লাক্প ঙম্গনি।

নূপীবু নূপান ওৎলিবসে নূপীদুন ওৎহন্ননি। নূপান শীন্ন নূপীন য়াগদবনি,নূপীন হায়্ব নূপীন য়াগদবনি, তানবিগদবনি। নূপা নূপী নুংসিনদব তিন্নব য়াদব অসী লাইনীংলোন্দ পূন্ন চঙমিন্নরবদি শোয়্দন পূক্চেল্ তিন্নরক্কনি, তাথোক্ তাশিন্ য়ারক্কনি, অফ নুঙাই খূদীংমক্ত অফব ঙাক্ত তৌমিন্নব হায়্বসে শোয়্ফদ্রব ৱাহৈ অশেংবনি। নূপীন খর কখোক্ত্রবদি য়ুন্নাল্ নুংঙাইরোই।গান্ধীজিন হায়্রম্মী, নূপা নূপী অমতনি, নূপীন কখোক্প হেল্লি, নূপীন অহিংসানি, অহিংসা হায়বদি নূপীনি, নূপাগ পুনীগ মান্নৈ হায়্বসি গান্ধীন অহান্ননি। নূপী অশেংব ওইরবদি শোন্নদে,অশেংব নূপীদি মতম্ পূন্নদ ঙম্লোই হায়্ব শোন্নব অদূ লৈতে, অশেংব নূপীদি মহাক্কী মথূত্ত খুন্নাই লৈ,খুন্নাই অসীনূপীগী মথূত্ত লৈব মরম্ন নূপী চাওখৎহন্দব য়াদে, নূপী শেম্দব যাদে, মালেম্সিদ নূপীনদ খ্বাইদগী লুবনি। মালেম্ তুম্হন্গে হায়্রবসু,মাঙহন্লগে হায়বরসু নূপীদ লৈবে। নূপান মালেম্নি,নূপীন তাইবঙপান্গী লৈশেম্নি। নূপী নম্থবিবন অঙাঙ মাঙলক্কনি,অঙাঙন মালেম্ অসূ মকোক্ত হাপ্কত্তুন চহী চূপ্প পুদুন লৈগদৌরিবনি। মালেম্ মাঙহন্লোই হায়্রবদী নূপা নূপী চপ্ মান্নন চৎমিন্নগদবনি। মদূতদ মালেম্দ অঙৈংব লাক্কনি।

**খোঙকাপ্ ৩৯ :** স্পিরিচুএল্ নেলেজ্ মপূং ফারব মতূংদ হায়্বদি মসীগী শক্তম্ অসী ফংলব মতূংদ অৱাংব লৌসিং অসিদ ঐখোয়্ন হিংব ঙম্গনি। মফম্ খূদীংমক্ত থৌদোক্ খূদীংমক্ত লৈরুব, চৎলূব,পুথোক্প, নৈনব, চাওখৎপগী থাক্ত পুখৎপ, ইরম্ পূন্নমক্ত অদুম্ হায়নীংঙাই লৈতন নুংঙাইব ফংব ঙম্গনি। ঐখোয়্দী সিব নাইদব থৱায়্নী হায়্ন ঐখোয়্ন খন্ব তাবনি। মীওইবগী শক্তম্বু য়েংব তারবদি মতম্ চূপ্পদ নীং তম্ব,মতম্ পূন্নদ মপূঙ ফাব সিব নাইদ্রব মীওইবগী মপোক্নী। ফার্ষ্ট ব্রার্ন্ড করিসু খঙদন লৈরে, সেকেন্দ ব্রর্ন্ডদ পূম্নমক্ উরে। মসীগী মালেম্ অসিদ থৱায় মশক্ খঙন থবক্ চখন তারগদি মতূঙগী থার্দ ব্রার্ন্ড অদূদ শোয়্দন অফব মীওই হায়্বদী মপূ মহাক্কী মঙাল ফংলব মীওইসিংগ লৈমিন্নদুন কয়াম্ নুংঙাইব ওইরগনি।

মীওইব খূদীংমক্পু মাঙহন্ব ঙন্ব ন্যক্রিয়র খূৎশু খূৎলাইসিংগী চক্ অসীদ মফম্ খূদীংমক্ত অশিবগী অকী তুজুংবন থন্নখ্রে। লৌসিং লৈরে হায়্রিব মীওই অয়াম্বগী পোলিসীসিংন মীওইবগী নুংসিনদবগী ইথিন্ কয়া য়াওরি। মীয়াম্গী

রাখল্লোন্ ,পূন্সীগী মমল্ অমদি লম্চৎ শাজৎ য়েংলুরবদী চাওখৎ খোঙ্থাংদ নেম্থরক্প অম ওইন উনরে। অসীগুম্ব অরুব তান্ফম্ অসীদ লৈবাক্ কয়ান লম্জীং লম্তাক্পিনব অফব থবক্ থৌরম্ পায়খৎনব মফম্ মফম্খীদংদ এন্বার্নেস তৌনবসু হৌনরক্রি। মালেম্গী মফম্ খূদীংমক্ত কাচিন্ কোয়া থুংন স্পিরিচুএল্ ইন্সপাইরেসনবু সন্দোক্তুন মীপূম্ খূদীংমক্ লৌসিং লৈহন্ব হায়বসে য়াম্ন তঙায়ফদে। ঐখোয় মীওইবসী অমতনি,থম্মোয়সু অমতনি, চপ্ মান্নে খেন্নব লৈতে। অমত ওইব থরায়দো মীওইব খূদীংমক্ত লৈ। অমন অমবু নুংসি থৌজাম্ব মীৎয়েঙ্ য়াম্ন মরু ওই। পূম্নমক্ অসীদ চপ্ মান্নন খঙ্মীন্নরব মতম্দ মালেম্দ অঈংব পুরক্প ঙম্গনি। অঈংব লৈরব লৈবাক্তো কয়াদ নুংঙাইন মীপূম্ খূদীং লৈমিন্নগনি। করীনো কবীনো হাথু-হাথু মফম্ মরাঙ্ খঙ্দব মখৈ মথুম্ মরাঙ্ হৌদূন পোত্থাফম্ খঙ্দন লৈব পূন্সী মরেন্দো ওইদনবগীদমক্ত থরায়বু মশক্ খঙ্ব ঙম্নব স্পিরিচুএল্গী মীৎযেংদ মীওইব খূদীংমক্ অমতনি হায়বসী ঙসী মীওইবন তম্গদব তঙাইফদ্রব চাউরব পরা অমনি হায়নীংই। মীওইবগী মায়থোং খূদীংমক্ মপূ মহাক্নি খব্বীব, মীপূম্ খূদীংমক্পু থৌগম্বদ শোম্বব লৈতব, খূদীংমক্পু নুংসিব অসীন তপ্নয়াংব (শান্তি) পুরক্রুবগী চাউরব খুদম্নি। মীওইববু নুংসিবদি তসেংনমক্ মপূ মহাক্পু নুংসিবনি।।স্পিরিচুএল্ নোলেজবু মীওইব খূদীংমক্ত য়েম্বোক্কদবনি, য়ুনিভর্সেল লভ্ যোক্খৎনব হোৎনবন অঈংব লায়ন লাক্প ঙম্গনি। মীওইবন পোক্রক্পদগী চহী ১৪ ফাওবদী মফম্ খঙ্দন, করি তৌগনি খঙ্দন অদুম্ লেল্লক্ই। চহী ২৫ শুরক্প মতুম্দ লৌসিং লাক্প হৌরক্ই। চহি ৪০ শুরক্পদদি ইচেল্ অম হোংলক্পনিনা অনা অয়েক্ য়াওরক্ই। অয়ো নাহেদুন মপোক্ নুংঙাইফম্ খঙ্দন হৌখিদুন চাই ৬০ শুজিল্লক্ই। চহি ৬০ শুজিল্লক্রবদি অশিবগী মনাক্ নক্শিল্লক্ই। অসুম্ন নুংঙাইফম্ খঙ্দন মথঙ্-মথঙ্ চহী হৌজিন্খি। মদুদগীদি অরোয়ব লাক্রব মতম্দদি নীংসা অহুম্লক্তুং হোল্লম্রগ তাইবঙপান্সি থাদোক্রম্লগদব। মীওইব ঐখোয়গী পুন্সিগী হিবম্ কয়াদ চাওখৎনবগী লম্বীদ অকীবগী মশক্ ওইরব লৌসিং চাওখৎলক্লি অমদি মশীং থীঙম্দন অনৌ অনৌব কাঙ্লোন্গী পোত্থোক্ শীজিন্নবদ খূমাঙ্ য়াম্ন চাওশিল্লে। মীওইবন চাওখৎলক্পগী লম্দ অকী ব অমসুং অঙকপ খোঙ্থাঙ্ থাংলক্রে। মপান্গী মহৌশা অসীবু লায়ন খূদুম্ চন্শিল্লে। মীওইবন লাইবক্ থীবদি মপান্গী ওইব কান্নদবসিং অসীদ খূমাঙ্ চাওশিম্বদগী মালেম্গী লাঙ্গাউ অনিরক্ থোক্হল্লে। অহুম্শুব লাঙ্গাউ পুরক্রব অকন্ অথৌশিং কযাসু থোরক্রে। অদুন নুপী অঙাঙ্ কয়া লুম্বা ওইরক্রে,অঙাঙ্ কয়ামমা মপা কায়নখি অমদি সহর্ কয়া মাঙ্ তাক্হন্খি। মসীন মীওইব কদায়দনো হায়ব অম লাক্রে।

**খোঙ্কাপ্ ৪০ :** কাঙ্লোন্ন চাওখৎলক্প কাঙ্লোন্গী পোত্থোক্ কয়া শীজিন্নরক্পদগী লৈবাক্ কয়ামুক্র খুৎলায় সাব অসী অনৌব তৌদ্রব য়াদ্রব মখৌ অম ওইন তৌনরক্রে। খুৎলায় সাব অসী ঙাক্-সেন্নব,মশাবু কঞ্জনবগীদমক্ত সাব

নত্তন মী হাৎনব লান্গীদমক্ত খুৎলায় সাই। অদূন অতোপ্-অতোপ্প মফম্দ খুৎলায় য়োম্দুন খৎন চৈনবগী লান্গী মায়কৈদ মখোয়্বু চিংসিন্দুন অকায় অতোয় কয়া থোকহল্লি। খুৎলায় য়োল্লিব ফুক্লপ্সিং অদূন তপ্ন্যাংব (শান্তি) পাম্মী হায়্দূন লাউরি। মখোয়্ন তৌরিব থবক্ অদূন মখোয়্গী ব্লারোল্সিং অদূ য়ানিংদে। মদূন মীওইবদ মীনম্ব ওইরক্ই। মরক্ অসিদ অঙৈংব পাম্রবদি মীওই খুদীংমক্ অচূম্ব ব্লাখল্ খন্নব অমূক্ হন্ন মহৈ মসিং পীব তাবনি । ঐখোয়্ মীওইবন ব্লাখল্ অচূম্ব খন্মিন্নব তাবনি। তপ্ন্যাং(শান্তি) হায়্বদি নুংসিব, নুংসিব হায়্ব পরা অসী ফাব ঙম্রব মতম্দ মালেম্দ অশেঙ্বব পাম্দম্ব পুরক্প লায়্ন থোক্কনি তসেংনমক্ তপ্ন্যাংব (শান্তি) হায়্বসিদী ব্লাখল্তন সাগৎপ মখল্ অদূতনদী ওইব য়ারোইদব চীন্গ খূৎক মান্নগদব খোঙথাঙ অম ওইফম্ থোক্ই

**খোড়্কাপ্ -৪১:** বহাই ফেথ্ন হায়্বীরম্ব ''ব্লান্নেস্ ওফ্ গোদ্, ব্লান্নেস্ ওফ্ রিলিজন্, ব্লান্নেস্ ওফ্ মেন্কাইন্দ, আর্থ ইজ্ ব্লান্ কন্ত্রি, মেন্কাইন্দ ইজ্ ইট্স্ সিতিজন্'' হায়্রিব ব্লাহৈ অসী খঙ্ন চৎলব মতম্দুদ মালেম্দ তপ্ন্যাংব (শান্তি) লায়্ন পুরক্প ঙম্গনি। মহাক্ল হায়্বীরম্মী ঐখোয়্ মালেম্দ লৈরিব অসী উ পাম্বী অমত্তগী উসা লোঙ্থোক্পনি। উসা লোঙ্থোক্লিব অদু লৈবাক্ অমমম্লি ষ্টেট্ অমমম্লি। মসীবু খম্ব ঙম্রব মতম্দুদ অঙৈংবদি শোয্দন লাক্কনি। ঈং-চীক্পদি ইশান পুথোক্চগদবনি। ব্লাখল্ লৌসিং তান অমদি মীওইব খূদীংমক্পু নুংসিব ঙম্রব মতম্দ লায়্ন ঈং-চীক্প ফংব ঙম্গনি। স্বামী সিবানন্দন হাযরম্মী নুংসিব হায়্বসীদি তিন্সিন্নবনি। মসীন পূন্সি সাংহল্লি। অকীব, মিহৌব কল্লক্প অমদি হঙৈইব হায়্বসিন পূন্সি তেন্হল্লি। পুন্সিগী চাউরব পুব ঙম্দ্রব পোৎলূম্ অসীবু নুংসিবন য়াংহল্লি। ঈমা ঈপাবু মপূ মহাক্লুম্ন নুংসিয়ূ। নুংসিববু থম্মোয়্দ মমি তাব ঙম্রব মীওইন ঙসী তপ্ন্যাংব (শান্তি) হায়্ব অদু ইরায়্ লায্ন ফংব ঙম্মী হায়্বসে ঐখোয়্ন অখঙ্ অহৈসিংদগী লায়্ন খঙ্ব ঙম্মী। নুংসিব লৈতবদগী ঙসী তপ্ন্যাংববু (শান্তির)বু তুংওইনন থম্দুন মীহাৎপ, মীগী ব্লর্ড ট্রেড সেন্টর, পেন্টাগোন্দ মথোল্ চাম্ম হেন্ন ব্লাংব বিল্ডিং থুগাইব মাঙ্ তাক্লবগী মশক্পু পূন্সিগী হৈনবীনি খম্ব মসী করিদগী থোক্পনো হায়্বদ পরা ফাদব, নুংসিব হায়্বদুবু তুংওইনন থম্রগ চত্থরক্প অসীন তাক্পদি ঈং-চীক্প পুরক্প ঙম্দবদগী থোরক্প থৌদোক্নি। ঈং-চীক্পদি থয়ায়্নখ্রে। অমরোম্দ লমন্ খুম্লিংবগী ব্লাখল্দ ঙাক্পীব হায়্বদো য়াওদন মীওই কয়া লম্বী থোং থুগাইদুন অশিবগী খয়াত্ত তত্তন লংসিল্লিব, বোম্ কয়া থাদদুন মাঙ্ তাক্হল্লিব অসী করিদগীনো। নুংসিব হায়্ব পরাদু ফজন ফাব তারগদি করিগী মী হাৎপ, মাঙ্ তাক্লব থবক্ থৌরম্ ময়াম্ অসী তৌরুগনি। মালেম্দ ঈং-চীক্প পুরক্প তারবদি স্পিরিচুএল্ নোলেজ্ চঙ্খোম্ন নৈনব তাবনি,মদুতদ মালেম্দ ঈং-চীক্প লাক্কনি। তেন্ব্রব তাইবঙ্ মীওইবগী পুন্সি, নংহৌররোই হায়্বগী মতাগুম্ হাৎনব শুনব অসী লৈতনব নুংসিব হায়্ব পোৎশক্ অসীমক্ত মীওইবদ চেম্ব ঙম্লব হোৎনমিন্নব তঙায়্ফদে।

তাব ফংই করিগুম্ব মতম্দ মী অম ফারগ হাল্তোক্রগ সোইথব অদুদ, হান্তন মখোঙ্ অমুক্ থুদেক্, মখূৎ অমুক্ থুদেক্ অমুক্ মথক্ত, অমুক্ মখাদ থাদ তৌরগ অরোয়্বদ নোংমৈন কাম্লীব। মদুদি নুংসিবগীপরাদু ফানরম্রগদি অসূম্ন তৌরগ্রেইহি। ইজরেল্দ পোক্চব মপূ মহাক্কী মচা ওইব বহাউল্লাহন মালেম্গী লৈবাক্ খূদীংমক্ত ফাও্ন-চে অমমম্ থারম্মী হায়্ন বহাই ফেথ্কী লাইহিরিক্ অমদ ফংব ঙম্থি। "*টু দি প্রসিদেন্ট ওফ্ অমেরিকা, জপান্, রুসিয়া,* "মপূ মহাক্পু থাজম্রব লৈবাক্ অদুদি লৈখা তারবনি" হাহে অসী ঐখোয়্ মীওইবগীদমক্ ফজখ্রব মপূ মহাক্কী খুদোল্ অমনি।

**খোঙ্কাপ্ ৪২ :** মখা তাথরক্পদ ভারত্ অমদি মনিপুর্ হায়্ন কৌব লম্ অনীসিদি ঐখোয়্বু শেম্বীব মপূ অদু থাজদবদগী খুদোংথিব কয়া থোক্রক্রি। মালেম্ অসীদ লৈরিব লৈবাক্ কয়ান লান্গী অম্নাব কয়া মায়োক্নখ্রে। মালেম্গী অহাম্ব, অনীশুব লাঞ্জাওদ মীওই মশীং থিঙম্দন শিখ্রে। অমেরিকাগী নাপল্ন এটোম্ বোম্ থাদদুন মীওই কয়া হাৎখ্রে। লম্দম্ অদু ঙসীফাওব করিমত্ত শীজিন্নব য়াদন লৈরি। অচৌব অমদি পাঙ্গল্ কম্ব লৈবাক্সিংন অতৈ শোন্জব কয়াবু নম্থবিদুন থম্বদগী মনীং মখা তম্নব লান্ কয়া ঐখোয়্ন থেংনদুন, উদুন লৈরি। ঐখোয়্গী নীং-তম্ববু মুম্বীখিবগীদমক্তসু চহী কয়া লাম্বেংনদুন লাক্ই। ঐখোয়্গী থম্মোয়্দ উংদুন লৈরিব নীং তম্নিংবগী হাখল্ অসীবু নম্হৎপিদুন *আর্মদ্ ফোর্সেস্ স্পিসিয়েল্ পৱার্স এক্ট ১৯৫৮* থম্জিম্বীদুন নোংম কাংদন মী হাল্তোক্পিরি। নোংমগী মীওই খর খর থরায়্ পিখম্নহম্বীব অসীন খঙ্হৌদন নোংমদি মী লৈবক্ররোই।

লৈঙাক্রোন্ন মীযাম্ মথক্ত থম্রিব তম্থিরব লো-সিং অসী অমুক্ হন্ন পন্নদ্রবসু য়ারে। লো-সিং অসিগী চৈঙাক্ মখাদ সিফায়্ন মীয়াম্ মথক্ত চখব মীওৎ মীনৈগী চৈথেঙ্সিং ফংদব কংলৈপাক্কী মফম্ লৈত্রে। এক্ট অ॥ন মীচম্ কয়া হাৎখিব, ওইনাম্গী থৌদোক্, রিম্সকী মীহাৎ, মালোম্গী মীহাৎ, অহঞ্জাউবী, বীনা নূপী ওইবীগী ইকায়্খুম্নব মাঙ্হন্খিব হাবী কয়া, সনামচা, বিজয়্কুমার্ মাঙ্হন্খিবগী থৌদোক্ মনোরমাবু এরেষ্ট মেমো পীবম্রগ নূপী ওইবীগী ইকায়্খুম্নব মাঙ্হম্লগ হাল্তোক্পীদুন হন্দোক্পিরম্ব, চিত্তরঞ্জন্ মতোম্ত মৈ থাজদুন এক্টকী মায়োক্ত মীয়াম্গীদমক্ত পুন্সিবু কখোক্খিব, মেমিতা সিফায়্ন নুংসি হৈতন তম্থিন হাল্তোক্পিব, কংলৈপাক্ ইমাগীদমক্ত খম্বদ হাজরবী শর্মিলান (মেম্ঙৌবী) বাপূজী মহাত্মা গান্ধীগী তুংইন্নোয় অম ওইন "সত্য-গ্রহ" তৌদুন কপ্য়াংব (অহিংসা) লীক্রম্গী খোঙ্থাঙ্দ তম্থিব এক্ট অসী লৌথোক্ত্রিব ফাওব চরা হেন্দুন চহী কয়ামরুম্ অম্নাব খাঙলবীনি। মীয়াম্গী খোল্লাউ মীওৎ মীনৈগী মরক্ত লেম্ন লৈতন হৈন্গৎলক্রি হায়্বসি অশেঙ্ব হাফম্ ওইরি। নীং-তম্নবগী হাখল্লোন্দ খূৎলাই পায়্ব, খূৎলাই পায়্দব কয়ান মওঙ্-মওঙ্দ লাম্বেংনরি। মীওৎ মীনৈসিংদগী নাম্বোক্নব অমদি কোক্নব মীয়াম্গী ইহৌসিং কন্খৎলক্পগ ইরোয়্নন

মীয়াম্বু লৈখা তান মাঙ্ননব অমদি নম্থনব লম্বী ময়াম্ অম লৈঙাক্ লোয়্শঙ্ন শীজিন্নরক্লি।

তসেংনমক্তি মীগী মীগী লম্ অদু মনীং-তম্ন কনাগী মীওৎ মীনৈ য়াওদন হিংজসনু হায়্ন খম্ব ঙম্রব মতম্ অদুদ শোয়্দনমক্কী ঈং-তপ্প লাক্কনি। মালেম্দ লৈরিব মীওই খূদীংমক স্পিরিচুয়েল্ মোরেল্ন ব্লাংলব মতম্দ অমদি হৈনিংবগী ব্লাখল্ লাক্হম্ব ঙম্রব মতম্দ মীগী লৈবাক্ অমসু লাক্শীন্দূন লোয়্ন মাঙ্হন্গে হায়্ব ব্লাখল্লোন্ লৈররোইদবনি। মদু নক্তুবদি অঙৌ-অঙৌব হাৎনীংলনি, তুংদদি পূম্নমক্ অমাঙ্ব হায়্বদো লাক্লনি হায়্রিবসি অচূম্ব ব্লাফম্নি।

**খোঙ্কাপ্ ৪৩ :** ঐ অসী কনানো, করিগী পোক্লক্রিবনো হায়্ব ব্লাখল্লোন্ অদু মুম্ন মমুৎ তান খম্নব হায়্দুন লাইরিক্ তম্নরিবনি। অদুবু লাইরিক্ অদুদ য়াওরিব ফজব মপূ মহাক্কী পাউতাক্সিং অদুদি অদুম্ কাউথোক্লবদি নোংমদি মালেম্সি লৈররোই। মালেম্ হায়্বগী ব্লাহম্বোক্তি লৈরিব মালেম্গী মীয়াম্ অসীবুনি হায়্বদ অচূম্ব শোয়্দন ওইগনি। মসীগী অফব ময়াম্ অসী খন্নব মতম্ খব পীবীব ফৈ। ভারত্কী লৈঙাক্লোইসিংগী ব্লাখল্দসু খম্বীব মতম্দুদ শোয়্দন লৈবাক্সিং ব্লাং-চাউরব লৈবাক্সিংগ চাংদম্নবদ খর মখৈ মান্নব থাক্ত পূরক্পদ ঙম্ব ওইগনি হায়্ন থাজব পোক্লে। মীঙোন্দ য়েৎপীদন মাগী মাগী হিংনব হোৎনজবদ করি অকায়্ব লৈবগে। মতেঙ্ পাংনগনি অমগী অন্নাবদ,মীঙোন্দ থোইন ওৎপীদব অসুম্ন তৌনরব, নুংসিনরব মতম্দুদ শোয়্দন ঈং-তপ্প লাক্কনি। মালেম্ লৈমগী তম্পাক্ত পূম্ন নুংসিনন হিংমিন্নদুন অমদি মালেম্গী নাউসুম্দ পূম্ন তূম্খূন্ তান্মিন্নরিব কাঙ্লূপ্সিংগী মনূংদ মীওইবন মশাগী কোক্ শীজিন্নদুন হিংব ঙম্ব খ্বাইদগী সিংব থব্লায়্ পাম্বনি। চহি মিলিয়ন্ ৪,৮০০ মুক্কী মমাঙ্দ শেম্লব মালেম্ অসীদ ঐখোয়্ মীওইবন খুন্দাদুন লৈরক্প অসী চহি ৩,০০০,০০০ রোম্দ মঙায়্রি। মীওইবন চাওখৎলক্রিব অসী পংকূই কুইদ্রি অদুবু ঐখোয়্ খনম্নমিন্নসি, নুংসিনসি,পূম্ন লৈমিন্নসি , হাত্তোক্লগুম্সি, অঙম্ অঙম্ব হাত্তোক্লরবদি করম্ন মালেম্ লৈগনি। ঐ ইতোম্ত হিংব য়ারোই,ময়াম্ হিংমিন্নসি কংলৈপাক্ মূখৎনিংবগী ব্লাখল্ থাদোক্কবনি। ঐ মশক্ খঙনসি, মতম্ অদুদ মালেম্দ তপ্য়াংব (শান্তি) শোয়্দন লাক্কনি।

## খোঙ্কাপ্ ৪৬স্রক্পগী থেল্সিদ

সাংলব মতম্সিদ, তপ্য়াংব (শান্তি)গিদমক্ নুংনাংজবগ লোয়্নন পূক্নীংদ ফাওজরক্প ব্লাখল্ পরীংসিংদুবু অসুম্-অসুম্ খোৎচীন্জদুন লাক্চখিবদুন পূন্শিন্জরগ খোঙ্চৎ অমখক্কি মতৌ ওইন থম্মোয়্দ ফাওরক্কুন খোঙ্চৎতুগী খোঙ্থাঙ্ খোঙ্কাপ্ নাইবরোম্দ মপা লাক্শিন্জরিবসি তপ্য়াংব (শান্তি)বু খৌগংনজবগী চোইরোল্ ওইরম্বসু য়াই। ঈপা-ঈপূসিংন কংলৈপাক্ (মনিপুর)বু হনত্রে হন্ফম্নি হায়্বীরম্মী। হৌজীক্ লম্দম্সিদ লাইনীংলোন্ মখল্

অয়াম্ব থুংলদব য়াওদ্রে। মালেম্‌গি ফূরূপ্,নাৎ মখল্ অম্নাঃসূ য়ৌরক্তব
য়াওরক্তুরে। লৈঙাক্লোন্, সেন্মীৎলোন্,মহৈ মসিন্ কয়ামসু চাংহেংনরে
পূম্নমক্‌সিবু মহাও তংলিব কংলৈচা (মনিপুরি)সিংনি। হৌজিক্ তাইবঙ্ শেং
মপূগী অথন্নব থূদোল্ অম ওইহ্নিব লম্‌দম্‌সিগী লৈহাও, ঈশীং নুংশিৎ, লম্মীৎ
তুম্মীৎ, মহৌসা খূৎশেম্, পুম্সিরোল্, পূক্কে-লন্‌কৈরোল্, সিন্নম্-সিহ্বারোন
অসীনচিংব কয়াবু পূম্নৌ নৌহৌনহন্দুন মতম্‌গ চূনন হীরম্ পূৱদ ৱাত্ত পাদনব
মিপান্ তাংদনব, মফম্ মতম্ মরম্ খিবিক্‌পু মাঙহন্দন হোৎনফম্ থোক্‌ই। মতম্‌সি
চৈথেঙ্, নুংশিৎ নোংহুম্ লাংলিবসিসূ লম্‌দম্‌সিনী। মফম্‌সিগী ফজখ্রব হক্‌চাং
কয়াৎ, তেংবান্বগী কয়াৎ, মহৌশা লাইহরেম্বীগী কয়াৎক শাগোন্নব অহক্‌প লাইনী
লীক্রম্, নাৎকী লীক্রম্, ৱাংউলোন্‌গী লীক্রম্ কয়াবুসু ঈরৈচাসিংন থিদোক্‌মিন্নদুন
মহারাস্‌পু মণিপুর্‌দগী মহাও হাপ্‌চীন্দুন মণিপুরী রাস্ ওইন মালেম্‌দ শক্ তাক্‌তূং
মীয়াম্‌গী পূক্নীং হুম্ব ঙম্বগুম্ন তপ্‌য়াংব (শান্তি)গি খোঙ্‌জঙ্-খোঙ্‌চৎসূ কংলৈ
মহাও পীশিন্দুন ঈপা-ঈপূগী পাউরৌ ''হন্‌ত্রে-হুন্‌ফম্'' হায়্‌বদূমক্‌সু নোংদম্ব
কুবিদুন লাইবৈবাক্‌নি হায়্‌বিব চীংলৈবাক্-কংলৈপাক্‌সিদগী তপ্‌যাং
(শান্তি)গিসু হন্‌ত্রে হুন্‌ফম্ ওইহন্নসি মালেম্‌গিদমক্ ।।

-খৈরব--

# কলমগী ফোঙ্লব লাইরিক্সিং

| | | |
|---|---|---|
| ১ | অয়ুক্পী নাচোম্ | কলম বোর্ড |
| ২ | খল্লুবদ নোক্লীংই | ইহিলেন্ খা ঙাম্ব (১) |
| ৩ | অইংবী অতম্বী লাইরেম্বীগী তেংথাখোল্ | য়ুম্নাম্ চনু উতম্বলা(রাংলেম্বোইবী) |
| ৪ | এজ দ ড্রোপ ফেল | কিন্থুই জিনাং মারেম্মে |
| ৫ | মহম্ (রারী মচা খোম্জিম্ব) | কলম বোর্ড |
| ৬ | অচুম্ব লৈই | এম্:দি: রাজ খান্ |
| ৭ | সলাই শৈরেত্ | সনাহোংব মঙাঙ্ |
| ৮ | পীবারেল্ | থোক্চোম্ কিরন্ |
| ৯ | রাখল্গী উচেক্ | সোমানন্দ লৈশাংথেম্ |
| ১০ | ঈমাদি খোংদাই শেৎলরোই | ইরোম্ চনু শমিলা |
| ১১ | রাশক্তুগী চৈনা (১) | রাকেস নাওরেম্ (কোকিল্) |
| ১২ | শক্ফম্ ওল্লব মালেম্ খুন্দোংবম্ | ওংবী গুনমনি লৈম |
| ১৩ | চৈরাক্ (ড্রমা) | থোক্চোম্ মঙাল্ (কিরন্) |
| ১৪ | খল্লুবদ নোক্লীংই | ইহিলেন্ খা ঙাম্ব(২) |
| ১৫ | লিক্লাং পরেং | হৈক্রুজম্ (গোমতি) |
| ১৬ | লোয়ালম্গী শংবান্নবী | ময়েংবম্ উন্বী লৈম(জমুনা) |
| ১৭ | চৈথল্ | মাইবম্ নোংইন্ (প্রেমোজিৎ) |
| ১৮ | ইচাশা ঈমাদি খাঙ্ য়ৌরে | খুন্দোংবম্ ওংবী গুনমনি লৈম |
| ১৯ | ইঙেম্লে | থোক্চোম্ খোইরেল্ (মঙাল্) |
| ২০ | ঈশিং থিংবী অমদি মাগী ঈশৈ | ইহিলেন্ খা ঙাম্ব (ওকেন্দ্রো) |
| ২১ | রাশক্তুগী চৈনা (২সুব খুৎনম্) | নাওরেম্ রাকেস(কোকিল্) |
| ২২ | মহৌশা লাইরেম্বীগী মসাইগোন্দ য়াত্তারিবী অরুনাচল্ প্রদেশ্ | সগোল্সেম্ তরুনি |
| ২৩ | নাউয়োক্লোন্গী রারী | ও. কে. নিংথৌজ। |
| ২৪ | তপ্য়াংব (শাস্তি) গী খোঙ্জঙ্ | সগোল্সেম্ তরুনি |

# BIO-DATA



1. Name : Sagolsem Taruni Devi
2. Date of Birth : 01-02-1934
3. Father's Name : (Late) S. Indramani Singh
4. Mother's Name : S. (Ongbi) Gambhini Devi
5. Ednl. Qualification : UnderGraduate
6. Occupation : Teacher
7. Activities : Writer Poetry, Novel, Radio Drama, Life history of Manipuri Women, "Chayam Pokpi", (Drama) produced as a video film, "Heroin Mihatpi" a documentary film of 45 minutes produced be self, "Kuthi Yengba Doctor" an economic Audio Cassete pruduced by self, Renowned Columnist of Manipuri Dailies
8. Awards :
   (i) Dr. Ambedkar Fellowship Award in 2004
   (ii) Dr. Ambedkar International Award 2005
   (iii) Biranga Shabitri by Fully Fellowship Award 2006
   (iv) Department of Youth Affairs and Sport State Award
   (v) Certificate of Honour awarded Decathron Club Manipur
9. Others :
   (i) Member : Veteran Athletic A.n. (Regd. body) 1983-
   (ii) Executive Member : All Manipur Veteran Welfare Assn 19
   (iii) Founder Member : Sagolband Mabudhou Mantri Leikai Nupi Marup since 1992 till da
   (iv) Member : National Spiritual Assembly of the Baha' o India, Manipur Branch
   (v) Founder Member and President : All Manipur Veteran Sports Culture Organisation 199
   (vi) Founder : Sagolem Taruni Library of Knowledge, Sagolband Mabudhou Mantri Leikai 2006
   (vii) President : KLAM, (Leimarol)
10. Sports Award :
   (i) 1st Prize in 100m Run in Nagpur 1986,
   (ii) Gold Medal in 5km Marathon in Banglore,
   (iii) Gold Medal in 200m run in Hyderabad, 1990
   (iv) Participate in Turku, Finland, 1991
   (v) Silver Medal in Coalalumpur, Malasiya, 1992
   (vi) 20 Gold Medal in various events.

# BOOK PUBLISHED

1. Shaklage Taaro Eeshei, 1993
2. Manipurgi Mathouna Fabi Nupising,2002
3. Eekhenglakta Kanleipak, 2005
4. Saanna Khotnabada Taruni, 2005
5. A Brief Account of Dr. Ambedkar, 2005
6. Thamoi Amagi Paodam, 2006
7. Mahousa Lairembigi Masaigolda Yataribi Arunachal Pradesh, 2007
8. Shantigi Khongjang, 2007